# মণিপুর

## ( ইরোল্লুংগী মণি )

অহানবা শরুক

কংলৈ কংলা খুনসেম্বা রারি

শ্রীলাইশ্রম নিত্যাই সিংহ

সত্ম পূম্বা অইবগী                    মমল লুপা ৪০,০০

ফোংজবা ঃ

অইবা মশা,

শ্রীলাইশ্রম নিত্যাই সিংহ

খ্বাই নাগ মপাল, শিংজুবুং লৈবক,

ইম্ফাল।

ফংফম :— অইবা মশা

অহানবা খূৎনম ঃ— ফেব্রুযারী ১৯৮০

কোপী মশীং ঃ- ৫০০

---

নম্ফম .— সঙ্গীতা প্রিন্টিং ব্রাঞ্চ, থাংমৈবন্দ পোলেম লৈকাই।

# ৱাহৈদোক

ইংশোক ১৯৪১ দা ঐহাক্না তাখেলদা চহী ১ রোম লৈজরুই। মতম অদুদা লৈখিদ্রবী ইনেবেম্মা রানী লিলাপ্রভা দেবীনা ফাংখোং কোইবগী ৱারী অসি অশম্বা মওংদা লিদুনা তাহলবীখি। ঐহাক্না লাইরিক ছাপা নম্বা ওইনা লৈবরা হংজবদা লৈতে হায়না তাকপিরকখি অদুবু খুৎই লাইরিক ওইনা লৈ হায়বীখি। মতুংদা ৱারি অদু মপুং ফানা লিহল্লগা ইশিলজবনি। ইজবদসু খুদোং চাদবা, খংবদা ৱারা ৱাহৈ কয়াসু থেংনজখি। অরিবা খুৎইগী লাইরিক অদুদি উজবা ফংখিদ্রে। এনা ইম্ফাল থোরক্লগা খুৎই লাইরিক অদু ফংজগে হংজবদদি ইনেবেম্মনা থুপখিবনা হালখ্রে, লাইরিক্কি মফম খংখিদ্রে। মতুংদা অথং অহৈ কয়াদা হংজদুনা তাকপিকরপশিং অদু হাপচিন্দুনা খরা শেমদোকনে। ইংশোক ১৯৬১ দা অমুক হন্না লাইরিককি মওংদা ইথোকচবনি। মসিদা ওন্ন-তৈনবা, আরাল অহুই অমম্মুং হায়রোইদবা কয়া য়াওরম্লবসু অচুম্বা তাবা য়াবদা লৌখৎপীগনি। অখং অহৈ, মাইবা মাইবী, লৈপাক্কী তোবা ওম্বা অমস্তুং পণ্ডিৎশিংবুসু খুরুমজে। কনাগুম্বা চানবীবশিংনা অরিবা ময়েক্কা পুয়া লৈবা ওইদুনা তাকপীফম থোকপা, চুমথোকফম থোকপা মতাং য়াওরবসু খংহলবীরক্লবদি মথংগী ফোংজবদা শেমদোকচগনি।

মন্ত্রগী, পুজাগী শরুক খরা য়াওরিবা অসি ঐনা য়ামনা কিজনা মাংখিবা পাম্মুজবদগী হাপচবনি। খুৎই লাইরিক অতুদা য়াওরমগদ্রা খংজদে।

ঙমদাই লৈতাই লাংদাই পুয়া মৈহৌপদা য়াওবা খরস্তু লাইরিক অসিগী মতেং ওইজখি। কংলৈ কংলা সেমতুনা ফাংখোং কোইবা লাইরিক অসিমক অরিবা ময়েক্তা ইজবা পুয়া থিজবনি। অতুবু ঐহাক নিংবা কায়জখি।

ইজাতিগী মীওইনা লাইরিক অসি পাবীরগা ব্রারিদগী ইতিহাসগী মওং তা-নবা হোৎনবদা মতেং কয়াস্তু পীবীরক্রবা মতেং নিজরি।

ঙমদাই লৈতাই লাংদাই পুয়াদা ইবা এক্ষ নামগা খেননবস্তু ফংই। আরাবদি খেন্নবা ৎংনবা পুয়া ফংজদ্রে। কনাগুম্বা ওঝানা তাকপিবদি অসিনি অরিবা লাইরিক (পুয়) দি অসামদা মমাংঙৈগী লান্দা পুতুনা লৈখিবনি"। ঐনা ফনা কন্না থিবদা ফংবা ঙমজদ্রে। ঐনা থৌনা ফবা ঙমজদবা মরম অমনা অরিবা ময়েক্তা ইবা অতুগা য়াম্না খেন্নরমগদ্রা অসিনি। উতুনা ইবগা তাতুনা ইবগা শোইদনা খরদি খেন্নফম থোক্পনি।

লাইরিক অসিগী মথংদা ইতিহাসকি মওং ওইনা মখা তাজরক্কে। লাইরিক অসিদা লাইগী মমিংনচিংবা ইবদা, মফম থাবদা বেদা, পুরান, তন্ত্রগা মান্ননা থেংনবীবস্তু ফংবীগনি। মাসি পূম্নমক মুংলোল পুয়া, কয়া সদিং, সাকোক সদিং, চাংওলোল লাইহুই অনস্নং ইরেংপুরারিগুম্বা পুয়া কয়াবু পারগা বিজ্ঞালগী মতেংনা তৌতুনা য়েংবা, থানতুনা য়েংলগা খরদং মতেং পাংগনি খঞ্জে।

মতমগী নুংশিংনা মফম খুদিংমক য়োরক্কবা নত্তে। মানা পুরকপা মনম খরদংদা ওইরবস্তু লৈহৌদবা নত্তে। ইথোক্কনা, পুথোক্কনা লৈরবদি খন্নফম লৈতবনা ইথোকচবনি। য়াম্না খংলে হৈরে হায়বগী মওংদা উচ্চবা লৈজদে। অপংবা মথরাইনদি য়াম্না পামজবা মীওইনি খনর্বা্তুনা ইরাল কয়াবু ওাকপীগনি।

অরিবা অনৌবা ইচেল অনিমক পুনশিনখ্রবা মণিপুর, ঐগী পংলবা রাখন্না থাইদোকপগী পাঙ্গল লৈজদে। অতুমকপু হৌজিক্কী চাওখংলবা বিজ্ঞালগী য়ুগনিনা রারি ওইনা লৌবনা রারি ওইনা, লৌবীবা নত্রবদি য়েৎননিঙঙাইগী মচাক কয়া য়াওদবা নত্তে। খুদম ওইনা লৈনারোনপুয়াদা মন্ত্রগা রসায়নগা রারিগা পুনবশুম্বনি।

পূম্নমক অসি ইতিহাসকি পন্দুপ লাকপদা খরদং ওইরবস্তু শেংদোক্লবা হোৎনজগে।

স্না কৈথেল পোৎফমগী মতাংদা হাপচ্চরিবা ফোটো অসে খ্বাইরাবন কৈথেন্দা কৈথেল লাইরেম্বী—আশাবা অখন্নবা মওং অতু উচচবনি। ফোটো অসি য়ামদ্রবদা চহী ৭৫ গী মমাংগীনি ( চৈথারোল কুম্বাবা লাইাই ৫৩৭ )। ময়াইগী মশক অসিদি হৌজিক উবা ফংনদ্রে।

ঙমদাই লৈতাই পুয়া মৈহৌবদা ইবা মতাং অমগী মতেক অমা লৌখৎচরি। মসি খৃষ্টাব্দ ১৭৯৫, শকাব্দ ১৭১৭ চৈথাবা লাইরেনজাম্বা কাঙগ্রাগী কুমশোক্কী মন্নুংদা শ্রীপঞ্চযুক্তা কার্ত্তা মহারাজদা লাইনিংথৌ স্নামহিনা মংলান্দা তাকপিখিবনি। মসিনা স্নামহি ইবুঙেঙাগী শকলোল কয়াবু ফোংদোকলি।

"কাত্তর্া নংনা ঐগী মরমগীদমক চাদ-থক্তনা ঐবু নিংহ্না ঐগী মরম হংবসে, নং মুন্না তাও, ঐবুস্থ মুন্না য়েংউ, নংদি ঐবু কাউরমাল্লে তাইবং মপোক্তা চঙহ্না পোকপা অসিদা। নংবু ঐনা তাইবং মপোক্তা পোকহলবদি মতমগী ধর্ম্মগী খোঙচৎ ইন্দুনা লৈপাক অসিদা ঐগী মশকপু মথন মিংলেন শন্দোকনা থমনবা হায়বগীদমক নংবু তাইবং মীগী মপোক্তা পোকহনবনি। ঐ অসি কনানো মুন্না য়েংউ। হয়িচক কৌবা মতমদা অসিবা, কোনজিন তুংথোকপা হায়না লৈবাক অসিদা পাল্লি। কৈলাস কৌবা চীংথক্তা শিবা ( দুর্গা ) হায়না কৌদনা পল্লম্লগা, লৈবাক লৈবাক্তা লৈরিবা অচৎ চত্তা পূম্নমকপু অসিবা অচংবা হায়না হৌদোক্তুনা, লাইথুং ১০৮ মতিন মকাং ১০৮ পুথোক্তুনা জীব পূম্নমক্তা য়েন্দুনা খঙহল্লমই। লৈবাক অসিদা অতিংঙা য়াইবিরেন শিদবনা চিঙঙু লাইগী খুবম শেমলল্লগে, তাইং মশক ৭ থমহনগে খন্দুনা, মহাক্কী য়েৎথংবা লেংবান্দা ঙক্লাংলৈনা নিৎয়েং তাবদা, ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেন শিদবগী স্বরনা য়ৈবদগী ঐ অসিবু থোকলকই হায়হ্না স্বরনা মহি থোল্লে। ঐসে তোঁঙম থোঙম, লাংওল ফালম য়েংহ্না তাইবং মপোকনা স্নামহি হায়না মিং থোনবি। ঐগী ইমিং মিংহুন্না ক্লীং শরনা মহিরেল হোরং হেরি ওহোচি কৌই।

হয়াচক ( ত্রেতা ) কৌবা যুগতা লৈপাক অসিদনা কুপত্রেং হায়না মিংহুল্লে। অযোধ্যা কৌবা লৈবাক্তা কৌশিল্যাগী গর্ভদা চঙহ্না রাম হায়না কৌহ্না পোকই। মিংহুলবু ক্লীং শরনা

মহিরেল হোরং হেরি ওহোচি কৌই। খুন্নুংচক ( দ্বাপুর ) কৌবা যুগতা লাইশিদবা হায়না থোরক্লুনা লৈবাক অসিদা লৈরমই। বৃন্দাবন্দা যশোদাগী গর্ভদা চঙহুনা ইমিংবু কৃষ্ণ হায়না মখল মখা অয়াম্বা রাসনচিংবা শান্নে মতুংদা মহাভারতকী রস চুপ্তুনা শান্নে। মশক অমনা গোপেশ্বর কৌহুনা শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা লৈ। মিংহুনবু ক্লীং শরনা মহিরেল হোরং হেরি ওহোচি, হরে হরে রাম রাম, রাধা কৃষ্ণ রাম মঞ্জুরী রি রি রিং ক্লীং স্বহা কৌই।

লাংবচক (কলি) কৌবা যুগ অসিদা লাইশিদবা পোইনাউতা কৌনা লাক্লুনা লৈবাক অসিদা নিংথৌ পান্নবা, মীতিং প্রজা লৈঙম্নবা শেম্নম্নগা তাইবং মশক্লা পোংতগী অথোইবা মশক্তি মশক অসিনা মরোইরে খঙজবা পামজবা মশক ওইবদি সনা হায়বা অসিতনি হায়দনা সনামহি হায়না মিংহুন্দুনা লৈবাক অসিদা লৈরিবা অসিনি"।

শ্রীশ্রীনিত্যাইনন্দগা মরি অতুম্সু তাকপিরম্মী।

"ব্যাধ হৃদিগী শ্লীঁ নিত্যানন্দ মনসিদ্ধি পোকই। নাম্বু— ওঁ মীয়াল্লেন মীয়ানতিং আফং অফা ওঁ কৃষ্ণনেং রামেতিং হরি হর বিশ্বম্ভর ক্লীং শ্বরনা মহিরেল হোরং হেরি ওহোচি কৌই।"

বানান্দা মান্নদবা কয়াম্সু য়াওরি। পুম্নমক অসি চুমথোকপা তারবদি হকচাংগী ফিবমনা ফোংদোকপা ঙম্নরোই খনজহুনা থুনা ফেংদোকচবনি। পাবিরিবশিংনা ঙাকপিগনি।

—অইবা—

# "কচ্চবা"

তাকপিরকপা, লিবিরকপা অমসুং মতেং পিবিরকপা

ওঝাশিংদা—মতিক চাদ্রবসু খূদল অসি
খূরমজরি

অখং অহৈ, পণ্ডিৎ, মাইচৌশিং অমসুং থিজিল্লিবা

পূন্নমক্কী মফমদা—অরাল অহুই কয়াবু নুংশিনা
তাকপিরকনবা

# হীরম লামাই

অহানবা শরুক

# মণিপুর

## ( ইরোনন্নুংগী মণি )

ওঁ হুঁ হয়ি হয়াহে উঁলৌ য়াইবীরেল সিদবা, য়াবা কোংখা খাগি নমুপোংথোক মথংলেংনা থেংতম্ববু মোদমবিবা নখোং থম্বাল লৈভাংলৈবান! তমজববু পুরুম লৈপাইজনবু, হুঁ খোংনাং থাবা সিদ্ধান্তা, হুঁ গুরু গন্নোক থেক্কু জ্যোতিষার, পণ্ডিত অনিগী মখোং থুম্নারেলবু সোক্না পুরুম লৈপাইজনবু, কংলৈ কংলা খুনসেম্বা মাউ লাইকম চামা নিপানবু মথং লেংনা ইজরক্কে। হে গুরু তেংপান্নবা সেম্বা মপু য়াইবীরেল সিদবা! হয়িহে নারায়ন, রাম কৃষ্ণ নারায়ন, হরি হরি, রাম রাম, রাম কৃষ্ণ রাম রাম।

হয়ি হয়াহে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ সিদবা উঁ গুরুগী লাইনিংফম হৈক্রু মখোং লৌরেম পুংদা গুরু অনিনা লাইনিং ফম্বাল লাওলিভৈদা ; পণ্ডিত লাঙ্গোল লুখোই, য়াঙ্গোই খেমা, নঙ্গোল থোংহি হিন্নাইবা, মাকলং য়ুম্নাল, শামুরৌ চিগোং, কমেং ফদিবা অমসুং য়াওড বাজি পণ্ডিত ৭ না লাক্লুনা গুরু অনিবু পুরুন লৈপাইজহনা হংজখি।

"হন্দক শাস্ত্রদাসনা পুয়া লৈবা খিবিক খোমগত্তুনা মৈ কৌবা লাইদা কৎখিবা মতম অসিদা যজ্ঞগী মৈবু হৌরক্লবাদা নোংলৈ নুংশিং লাক্লনা মফম খংহৌদনা পুয়া লৈবা কুন্দা মঙ্গুংদা নোংলৈ অত্তুনা লৈশিল্লকুনা পুকোক পুয়া শংলেন পুবা লৈথক লৈখারোল, ঙমদাই কাইবিরেল লাংতাই পুয়া (ভবিসৎ পুয়া) অদু মৈনুংদগী নোংথৌ তান্না পুখৎখিত্তুনা গুরুগী লাইনিংপুং তান্না পুখি। পুয়া অদুনা তাকঙম্বীবা পাওতাক পাওজেনবু গুরু অনি লৈরি হায়বদগী মরম অমত্তম্ব য়েংসন-থিজন হৌদ্রে। মরম অদুদগী পাওতাক থোরম অমত্তম্ব খংজহৌদ্রি। করম তৌত্তুনা পুয়াগী পাওতাকপু খংঙমজগদগে থন্নবদা পণ্ডিত লুখোইনা তাকঙম্বী "হন্দক পুয়ানা পাংখিবা মাইকৈ অসিনদি গুরুগী খুত্তা লৈঙম্ননি, নখোই ঐখোই চত্তুনা গুরুগী মফমদা পুরুম লৈপাইজরুসি হায়ঙম্বীদনা গুরু অনিগী নফমলাংদা লাকঙমজত্তুনা চঙঙমজরক্লি। নোংদমগী নয়াথংবু ফিগাওসানা য়াজরি।"

মাত্তুদা গুরু খোংনাংথাবা রাঙাংদে, তাংজলুকনা রাখল্লি।

গুরু থেঙ্গা — গুরু! তাংজলুকনবু খনবিরি অত্তুবু নচাসিং অসিবু তাইবংলক্কা মমিৎ ইরাচেল মিৎসনা পাংঙমদনা করম্নবু থনমবিগদগে; লম্বী থোরম খুদিংদা মমিৎ লকা ফন্না পাংজত্তুনা উজ খংজবা ওইবা মরমবু নোংদম্বীবনা চুমগদ্রা ?

গুরু খোংনাংথাবা—মাহুদা গুরু আঙাংসিং অসি থৌডমদে, পাওতাক লেম্না মাংগবরা ! মখোই খ্বাইনা শংলেল পূববু ঈপোং ঈরন মসক খংডমদনা, পূয়াবু মৈ থানি হায়রবদা কনবা ঙমদবা, খোঞ্জেল য়ারা থোকডমদনা লৈডম্লম্বা অসিনা ইরৈবাক্কী ঈপোং ঈরন অসি অমুক হন্না খংনবা থনম্ববু ইপূক অসি পাম্মৃ-নুংসি ওইডমলে। অহুবু গুরুনা নচাশিংগী মথুং খুৎলাই পিডম্বীবা ওইডম্রমালে। ইচা কনাদা পিডমগদগে খনবদা গুরু ! পিডমগদবা নচা মসক খংডমদরে। ইচানদি ভরেং সুবনিনা। মরম অহুনা পূয়া অসিদি নখোইদা পিডম্লরোই। মতিক চাবা পণ্ডিত ওইবনা মতম চানা ফংহুনা খংজবা ওইহুনা লৈতাই ঙমদাইজবা ওইজসনু। খংদনা অখংসাবা হৈতনা অহৈসাবা মরক্তা অখংবা মাতনা থৌডমজবা ওইননবা মচিন ময়াথংনা লেডদবা পাম্বী ওইনা হৌহুনা কংলা লোংবী মারাল য়াইগী সিদবা উপাল মাখোংদা চহি কুমজা মুংসাংনা পানজহুনা লৈবাক্কী অরা অনা থৌকাই থৌকোকনবা থামং পামেল মখাদা মাঙদনবা থনমগে। পূয়া অসিগী পাওতাক পাওজেল পূম্নমক নখোই খ্বাই খংনবা গুরু থেঙ্গ্রাবু পাহনসি, পূয়া অসিদি নখোয় খ্বাইনা ফংলনু।

গুরুগী ৱা অসি তাকডম্লরুবদা পণ্ডিত ৭ না পূকনীং হরাও মুংঙাইনা পূয়াবু থেঙ্গ্রানা পাহুনা পূকনীংচংনা তাজরে॥

অনিশুবা শরুক

# কংলৈ থুনসেম্বা

## কংলৈ—কংলা সেম্বা মরম অহান্নবা থোদোক।

উঁ য়াইবিরেল সিদবা মহাক্কী মহাক ওইবা পুন্নমক্কী মসক ওইবা, লৈসেম্বুগী মমাংদগী লৈংঙম্লবা মপুনা, পুয়া মরিনা কৈদোন মরি সেম্লগা পিসাতাও (বিশ্বকর্ম্মা) কৌবা শক্তি অমা মহাক্কী পুথোক্কুনা পুয়া মরিবু খুৎসিন্ননা সিন্নদুনা লৈসেম্বগী মবল্লু নোংদম্লে। মপুগী নোংদম পুয়া মরিগী মরম্লু থিদুনা তাইবং সেম্বা লাইনা (ব্রহ্মানা) পুয়া মরিগী কৈদোম মরিদা মথংলেংনা পানুঙম্লবা হায়দুনা লৈসেম মুংসেম লৈতাই মুংদাইদনা লাই, হিংচাবা, গুহ, থৌরাম্লিচাক, তাইরংমী, শা উচেক, লেংলি পাল্লিবা অচৎ চত্তা পুম্বু সেম সাদনা মথংলেংনা সমথনা পানুঙমহৌনবা নোংদমদনা লৈসেম্বা (সৃষ্টি) হায়না সেমগত্তুনা পানুঙমম্লে।

হৃয়িচক্কা হৌরকলবদা নোংদমগী মতুংইন্না সেমখ্রবা জীব অয়াম্বনা লৈসেম্বা (সৃষ্টি ব্রহ্মা) গী মফমদা লাক্কুনা হংঙি "হে লৈসেম্বা! ঐখোই পুম্বা অসি নহাক্কা সেম সাদুনা পানবা ওম্বা নোংদম্বীদনা সেম্বীরি হায়বা অসিবু অচুম্বা মক্কা?"

"মানি নখোই পূম্নমকপু সেমগত্তুনা ফৈদোম মরিমক্তা পানঙম্নবা হায়বগীদমক নোংদমত্থুনা নখোইবু সেম্মী হায়বগী ঐবু লৈসেম্বা (সৃস্তি ব্রহ্মা) হায়না খংলিবা অসিনি।"

ব্রা অসি তাবদা জীব পূম্নমক্তা হায়—

"ঐখোই খ্বাইবু সেম্বীবা, নোংদম্বীবা, চংজ হায়জফম হংয়বা মফম অসি লৈসেম্বা নহাক্তা ওইবী হায়বা নয়াথং তাজবদা জীব ঐখোইগী নুংঙাইবা শরুক অমদি ওইজরে। মসিদা হংজনিংবা রাফম খংজনিংবা অমত্তগা হংজগে! লম্বা অসিমতদি সেম্বীবগী সেম্বীবা তাকঙম্বীয় নয়াথং — ঐখোই খ্বাইবু নোংদম্বীবা লৈসেম্বা (সৃস্তি ব্রহ্মা) কৌবা নহাক অসিনা কনানা নোংদমত্থুনা মফম কদাইদগী লাকঙমলিবা মরম অসিতবু জীবা ঐখোইগী নোংদম মপু ওইবা নহাক্তা তাকঙম্বীদনা খংহনবীয়ু।" লৈসেম্বা লাইনা—"জীবসা লম্বী অত্থুদি হংগদবা, খংগদবা নখোই

খ্বাইগী মতম খরা রাংলি। মতমচানা ঐনা খংহল্লক্কনি। হৌজিক্তি নখোই পূম্নমক হল্লো।"

অস্তুম হায়না তাকঙমত্থুনা জীবা পূম্নমক মাগী মাগী মফম লাংদা হনহনখি।

জীবসিংনা হনখ্রবদা লৈসেম্বা লাইনা মথং মথং খল্লকই—
"মখোইনা হংলিবা রাফম অসি অচুম্বা মরমনি। মখোই খ্বাইবুদি ঐনা সেম্মী। অত্থুগা ঐ অসিনা কনানা নোংদম্বীত্থুনা মফম কদাইদগী লাকলিবা।"

( কংলৈ পুংমাইয়োল লৈসেম্নবা য়াইবীরেল সিদবনা খনখিবা) মফম খংবা লৈতনা মতম মুংশাংনা খল্লক্লবদা লৈসেম্বগী লাইনিং পরৈনা চেৎমনখিবনা তাক্কবা খংহন্দবা য়াদ্রন্থনা উঁলৌ য়াইবি-রেল সিদবা মপুনা অমুক হন্না খন্থখি—

"লৈসেম্বা ( ব্রহ্মা ) না তাল্লিবা লম্বী অসি মহাক মক্তদা খংহনখ্রবদি সংসারা অসিদা মাগা পান্দম্নবা লৈররোই। সৃষ্টিগী শক্তিবু মহাক্তা হাপখরে। মরম অসিগা হাপণমখ্রবদি সংসার অসিদা মাগা কনাগা পান্দম্নগনি। অদুনদি লম্বী অসি লৈসেম্বা সৃষ্টি ব্রহ্মাগী মফমদা করি তৌবা তাই!"

রাখল অসি উঁলৌ য়াইবিরেল সিদবানা হেক খলবগা তাইবং-পানবু শুম্মাৎনবগী মসক ওইবী লাইরেম্বী অমগা মহাক্না তৌণমদবা লৈত্রবা লাইপাখং অমগা মসক অনিবু মহাক্তগী হেক্তা চোংথোকলক্লে। মসক অনিবু য়েংলগা নোংদম্মী—

"নখোই অনিনা চত্তুনা লৈসেম্বা ( সৃষ্টি ব্রহ্মানা ) সেমখিবা লাই হিংচাবা তাইবংনা লৈতবা লমদমদা থোকণমদুনা মফম অদুবু পানণম্নবা লৈসেমদুনা মখল মখা অয়াম্বা লাংওলবু সেমদুনা ব্রহ্মানা নিংজরিবা লম্বী অসি তাকণম্বীদুনা মাবু খংনবা থৌরাঙণ্ড।"

অসুম্ন নোংদমদুনা মসক অনিবু থারকলে।

অহুমশুবা শরুক

# পুংমাইয়োল নৈসেমবা লাকপা

হৈসিং থৌয়াম্বী অসিগা লোইননা লাই পাথংগী মশক ওইবা মহাক্কী মহাক ওইবা মসক অনিনা উঁলৌ য়াইবিরেল সিদবগী ময়াথংবু মকোক লুরাইলেন্দা থোংনা হান্দুনা নৈবাক নৈবাক কোইনা চন্তুনা জীব পানবনা নৈতাখোংদাগ্রিবা লম্বু কোইনা থিন্থুনা কোইজাইনদনা সনা ফম্বাল্লাংবু থিওম্লকপদা লম অমগী মন্নুংদা অকংবা, অতোংবা লম মচেৎ থরা ফংলে।

কংলৈ খুম্ছোকপা

মফম অহুদা লাই অনিনা কোইনা চন্তুনা য়েংলকই। মফম অহুবু (১) "অকোইপুং" হায়না থমথি। মফম অসি কোইনা য়েংলগা লাইরেম্বী লাইরেম্বা অনিনা খন্নখি—

"নোংদমগী মপুনা এথোইবু লৈওম্মু হায়না নোংদমহুনা থাম্বিরকপা অসি মফম অসি ওইরবোইরে, অহুনদি অকংবা লমদম অসিদা লৈছুনা লাংওন লিরোল সান্নবা তৌওমসি।"

অসুমনা খন্নহুনা অকংবা লমদম অহুগী মন্নুংদা খুদোং থোংরাই চাগদবা য়েংহুনা মসক অনিমক্না খুম্ছোক খুন্দারসি হায়না লেপনহুনা মফম অহুদা লৈবা হৌরে। মফম অথুবু ২ "খুম্ছোক" হায়না মিংহুল্লে।

## সঙ্গাই য়ুম্ফম লিংবা

ককই ইরাং তাবা লম খরগী মমুংদা অকংবা লমদম খরা অহানবদা ফংবা লমনি হায়তুনা "কংলৈ পুংমাইয়োল" হায়না মিংহুল্লে। মফম অসিদা মসক অনি অসিনা মতম কয়ামুকপু খুম্থোক খুনসেম্বনি হায়না য়ুম অমা সাতুনা য়ুমলিংবনি হায়না মবানিদা সান্নতুনা লৈঙম্লকই। অনিমক্না লৈনবা হায়দনা সেম সাতুনা লৈবা মফম অতুব (.) "সঙ্গাই য়ুম্ফম" হায়না মিংহুন্দুনা লৈঙম্লকই। মতম খরা লৈরগা সিল্লম থৌয়াংবী অসিনা হায়জরকই "ঐখোইনা তৌঙমলিবা থৌরম অসিবু ওইঙমদ্রবমাল্লে। তাঙম্লকপনা থৌরম অমা, তৌঙম্বনা লম্বী অমা, মরম তাইওন্নবনা থৌঙন থৌয়াংবা পাংথোক্লবা থোকঙমদ্রবমাল্লে। লৈসেম খুনসেমগনি হায়তুনা লৈঙম্লকপা অসি মতম ফনবু নুংসাংলক্রে। মসিদা ঐখোইনা সেমঙমসাঙম্লিবা অসি কনানশু খংঙম তাঙমদে। মসিনবু থৌঙম্লনি হায়বা ঐবু নিংঙমজদ্রে।"

রা অসি তাবদা লাই পাখংনা হায়রকই—

"মাতু অচুম্বা মক্নি। নংগা ঐগতা লৈঙম্বা অসিনদি মরম অতু ওইঙম্লরোই। হৌজিক ইবানি করি তৌঙম্লসিগে?"

## লাই পাখং ৮, লাইরেম্বী ৮ পুথোকপা

লাইরেম্বীবা হায়জরকই "মপুগী নোংদশু য়াঙমললক্লবা নংনা খল্লুনা তৌঙম্বা লম্বী থৌরাং মতুংইন্না ঐসু তৌঙমজগদবনি। থৌরম পূম্বা পাংথোকবা তৌঙম্লীরো।"

ব্রা অসি তাবদা তৌভমত্রবা লৈত্রবা লাইপাখং, নহাক্কী মহাক ওইবনা করি থৌরম তৌবা তাই হায়না হেক খনবদা মফম ইথং খংহৌদনা নুংসিৎলম পাংবা মাইকৈদগী লাইপাখং ৮ থক থোকওম্লক্কুনা মফম অদু তান্না লাক্কুনা কংলৈ পুংমাইয়োন্দা চংলক্কুনা নহাক্কী মহাক ওইবা লাই পাখংগা খুম্হোক য়াইপুংদা উনরে। মখোই লাই পাখং ৮ না ওক্লহুনা হংভি—

"কনা লৈভমত্রবা মফম অসিদা লৈভম্লীবা মপু নংবু কনানো? মফম অসিদনা করি তৌভম্বীরিবা?"

মাহুদা মহাক ওইবনা হায়রকই—

"ঐ অসে মফম অসিদা খুম্হোক্কুনা নখোইগী সান্নফম সেম্বীহুনা নুংভাই য়াইফ নোংদম্বীগে হায়বগী লৈভম্লীবনি। নখোইদি মফম অসিদা করিগী লাকওম্লীবা?"

"ঐখোই ৮ অসে লৈফম লৈতহুনা কোইজাইনরক্লবনি, নয়াথং তাকওম্বীবা অদু তাজবদা পুক্লীংগী অরাবা পুম্বা লোইনা কোকখ্রে। ঐখোইবু সেম্বীবা মপু ওইওম্বীহুনা নকালাংদা থম্বীবদো তাকপিবা নয়াথং মতুংইন্না নোংদম্বীয়ু।" হায়না লাই পাখং ৮ মক তাংজ মরায়লুক্লা পুরুম লৈপাইনহুনা হায়জরকই;

মখোই নিপালগী মরা তাবদা লাইপাখং নহাক্কী মহাক ওইবনা লাই ৮ মকপু কৌসিন্দুনা রারি রাতাই সানহুনা কোলোই মমিং মিংহুল তমহুনা লৈমিন্নবা ওইওম্লে।

মমিংবু—

১। উকোংলেন।

২। কোংতিংলেন।

৩। থোংঙাইবা।
৪। লাঙাইবা।
৫। য়ুহা।
৬। য়ুচেং।
৭। থৱাই।
৮। চেংঙা।

হায়না মিংথুল তনজুনা লোইনবা মপিক্তা ওইনা লৈবে।

※ লাইরেম্বী ৮ পুথোকপা ※

মতৌ অসি উবদা থৌওম থৌয়াংবী লাইরেম্বী অমুনা মাগী মচু লোইনবী মপিজা থরদং পাম্মীদা অত্তুবু করম্না ওইওমসিবা রাখল অসি হেক থনবদা মফম ইথং থংহৌদনা শন্থোং পাংবা মাইকৈ- থোমদগী লাইরেম্বী ৮ থক মপাংমনাও কায়দনা লাকুনা কংলে পুংমাইয়োন্দা চংলকুনা থৌওম থৌয়াংবী লাইরেম্বীগী মনাক্তা চংলকুনা লৈখি। মথোই ৮ বু উবদা ইবেম্মনা হংখি।

"নথোই ৮ অসিবু মফম কদাইদগী কদাইদা চৎলমগে লাকলিবা, নমিংনা করি করি কৌবা, নথোই থ্বাইবু উবদা এগী পুক্নিংসি ওনথোকনা মুংঙাইবা মসক অমা ওইওয়ে।"

লাইরেম্বী ৮ মখা হায়জরকই—

"ঐথোই অসি মফম অসিদগী লাকপনি হায়বা মরম অদু ঐথোইনা পাওখুমজবা ওনজদ্রে। ঐথোইগী লৈফম তুংজফম লৈওমদনা কোয়না চত্তুনা সান্নফম তুংফম থিওম্লকপনি। অদুগা কনাগুম্বা জীবা অমত্তা লৈখিদ্রবা মফম অসিদা ইবেম্মা নহাক্না নথম্মু লৈওম্লিবা অসিনা করম্বা মরমগীদমক লৈওমলিবা?"

"নখোই খ্বাইনা কোয়না সান্নফম থিবা কোইজাইনরকপদা নখোইগী সান্নফম নোংদমতুনা মুংঙাই য়াইফনবা সেম্বীগে হায়তুনা ঐ মফম অসিদা লৈঙম্লীবনি। নখোই ৮ মক ঐগা মফম অসিদা লৈঙম্লসি। নখোইগী মুংঙাইনবা লম্বী পুগা ঐনা সেম সাবিনি।"
লাইরেম্বী নিপালগী মমিংশি—

১। পুকশিখোম্বী।

২। আঙাইবী।

৩। থোংঙাইবী।

৪। থিংবা রোইখোম্বী।

৫। থারৈমা।

৬। কোংতিংরৈমা।

৭। চেংরৈমা।

৮। য়ুচেংলৈমা।

হায়রিবা লাইরেম্মা ৮ মক্না লোইনতুনা ৱারি ৱাতাই শাতুনা লৈমিন্নতুনা মুংঙাই য়াইবী মরা তপ্না লৈরকলে। লাইনুরা লাইপাখং মখোই ১৮ মকনা কংলৈ পুংখাইয়োন্দা লৈতুনা অমুক নৌনা খুম্থোক খুনসেম্বনি হায়তুনা লাংগুন য়ুম্বাললোলবু হৌদোকতুনা মতম মুংশাংনা শান্নরকলে।

## * লাইপাখং ৮, লাইরেম্বী ৮ রা ভান্নবা *

লাইপাখং ৮ গা লাইরেম্বী ৮ গা মখোই ১৬ না কোরৌ নোংমা লেন্না ফমতুনা ৱারম খরা থন্নে।

"মফম অসিদা লৈঙম্বা ঐখোইগী লুচিংবা ওইবীবা মসক অসিবু কোলোই মিংহুনস্থু খংদে। মফম কদাইদগী লাকঙমহুনা মফম অসিদা লৈঙমলম্বা মরমস্থু খংদে। মহাক্কগী হেন্না মফম অসিদা কনা অমা লৈঙম্বস্থু লৈতে অহুনদি ঐখোই খ্বাইগী ফনবা মরম খিবিক্কা অন্না পোখা খংদনা সেম্বীসাবীবনা মথৌ মঙম ওইহুনতা হোৎনহুনা লৈঙল্লি। মহাক অসি কোল্লোই মিংহুল তমহুনা লৈবাক অসিগী ঐখোইগী নিংনফম, চংজ হায়জফম, হংনফম ওইনা, পী, পা হায়বা মসক অহু ওইনা থম্লসি। মহাক অসিনা মফম অসিদা লৈরম্বা অসি অঙকপা ঙমখৈ খংদনা নোংথৌ অতিংঙাগী মসক কুমখ্রে। সিংথাক্কমস্থু খংদে, মতিক মঙালস্থু পম্হেং পম্থুংফম খংদে, মতিক অহুনদি অঙকপা মসক্কি খংনবা "অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা" মিংহুল তমহুনা মফম অসিদা থম্মসি।"

লাইরেম্বী ৮না হায়—

"মাহু অচুম্বনি। অহুগা লোয়নবী লাইরেম্মা অসিস্থু হৌরকফম মফম ঐখোইনা ঙসি ফাওবা খংবা ঙমদ্রে লৈবাক অসিদা লৈঙম্লবা জীব পুম্বগীদমক লৈবাক অসিগা লোয়ননা য়াইফ্ক মুংঙাই নোংদম সেম্বীগে লৈঙল্লি হায়নতা মহাই অহুগা মসাদা করি থোইনা লৈতে মশক অমত্তস্থু য়াওদে, ময়ুম মরান য়াইদস্থু মশক করি থোইনা লৈবস্থু উদে। হংঙুবা নিরুবা মশক মখৈদি অন্নাৎপা লৈতনা পুথোক পুথোক্কুনা হেক হেক্কা মপি। চাবস্থু ন্নাৎহন্দে শেৎপা ইনবস্থু ন্নাৎহন্দে। হংঙুবা মরম মখৈস্থু খংদবা

উদবা লৈতে। লৈবাক অসিবু সেমগদবগী লৈঙম্লবী লাইরেম্বী মহাক অসি লৈশিরেল লৈপ্নবী, ইমোইনু অহোং অচাওবী আকোংতত্তা কারাই কংদবী হায়না মিংহুন্দুনা লৈপাক্কী ঐখোইগী হায়জ চংজফম পাগী পি ওইবী নহাক্কী মহাক ওইবী মশক অদু ওইনা কংলে পুংমায়োল অসিদা থম্লসি।"

লাইপাখংশিং—"মাতুম্ম অচুম্বনি থম্বা তাই"

অম্সুম হায়না লেপ্লদুনা মফম অদুদা থবক মরম অসিগী রা লেপ্খি কোরৌ নোংমা চংনা। কোরৌ নোংমা চংলে হায়দুনা মফম অদুবু "নোংলেনপুং" হায়না মিংহুনখি।

লাই মুপা মুপী ১৬ না তান্নদুনা কোলোই মিংহুন তমখ্রে।

উঁ অতিংঙা য়াইবিরেল শিদবা।

য়াইবিরেল মেরুবনা—সনা লৈহিং শঁং শঁ লৈপ্নবা।

য়াকৈ মিংহুন্না—পপ্ পপ্, হুঁ হুঁপ্, হং ও।

লৈফা লৈতাই তাইওম্বা বীজনা—সনাহিং মীকোনবা, হিং হিং তম্ফা য়াই অহন্নবা, তম্ফা য়াই শিদবা উঁ ক্লীঁ স-মনিক লৌতারে।

মিংহুন য়াইবিরেল মেরুবা তমদুনা ইবেম্মনা—

হুঁ লৈসিরেন লৈপ্নবী ইমোইনু অহোং অচাওবী অকোংতত্তা আরাই কংদবী, সনা লনগৈ লুপা লনগৈ খোংনেং খোংখাংনরিবী রায়েল রাওম থৌয়াংবী, হুয়েল লাংজেং শাফাবী উঁ (ওঁ) পোকপী উঁ (ওঁ) পোকপী তু তাকুপ তাকুপ হাওকুপ হাওকুপ" হায়না ফম্বাল মিংহুন থোন্দুনা তাই ওমজবা বীজনা "তারৈ

হং শং ক্লী তারৈ হং শং রাঁ” হায়না তাইডমতুনা মৈ পুবা স্বর, মুংশিং থোকপা, ঈশিং পুবা মুংশিং থোকপা মুংশিংপুং হায়বা মফম ও সেমতুনা লৈপাক্কী মমিংবু কংলৈ পুংময়োল মেনস্বরপুবা পপ্ পপ, হুঁ হুঁপ্ হংও হায়না থেম নৌনা কৌথোক্লা লাই নুপী নিপা ১৬ না পুখ্রম নোংথোল অসাই অসম ওইতুনা চোংসেকপিন খান্দুনা লৈপাক্কী নিংথৌ মহারানী হাপ্তুনা ফম্বাল মেন সেমতুনা থুল্লিং রায়েলবা হৌরে।

ফম্বাল মেনস্বর মরনদি মৈ ঈশিং মুংশিং মসকও না পুই।

---

পুংময়োল, পুংমায়োল, পুংমাইয়োল — বনাল খেন্নরবস্ত্র মান্নবা ওইনা লৌবিগনি।

# মরিশুবা শরুক

উঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা কংলে পুংমায়োল নিংথৌনা কংলে পুংমায়োল লৈপাকপু সেম্নগে হায়বগী রাখল হেক ভৌদুনা মহাক্কী য়েৎথংবা লোংজুম্বু তম্না ওক্লাং লৈনা স্বরনা হেক কাম্বদা মহাক্তগী মহাক ওইবা মসক অমা চোংথোক্কুনা তাংজলুক্লা ময়াখংবু ঙাইদুনা হেক লৈঙম্মি।

শক্তি অসিগী বীজ মেকবনা "গ্লৌঁ শ্লৌঁ গ্লৌঁ শ্লৌঁ ক্লৌঁ গ্লৌঁ গ্লৌঁ শ্লৌঁ" হায়না কৈঙমবা লৈতবা অমাং অতা লৈত্রবা মচান্না লোইতাম থাজ লথানা ঙানবগুম্লবা মসকপু ওইনা লৈঙম্মী।

উঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা অমুক মহাক্কী খোইদৌ শানা য়েংদুনা রাখল অমুক ভৌই। মাদুদা মালেম থক্তা কায়াং চৈশুনা তাবগুম উঁ অতিংঙ' সিদবা লাইগী মখোং থম্বাল লৈঙাং লৈকানা তমজংদু তম্না পুকুম লৈপাইবগী মওংনা ওমজনা মসা পুম্বা তিংখোক্লা সনা চিংদুনা তাবগুম মঙান্না থুনিং লথা থোকপগুম্না মালেম থক্তা শক্তি অমা তাইবং মশক্কুম চোংথোক্কুনা লৈরে। শক্তি অসগী য়াইবিরেল মেরুবা থুপতি "হ র স" হায়না নিংলেনদু সনা কোনজন তুথৌকপা মিংহুল্লে।

উ য়াইবিরেল সিদবনা মসক অনিবু পুথোক্কুনা লৈখিবা মফম্বু শিদবা মউ নিংনেফম শিদবা উপাল হৌনফম কৌরে।

য়েৎথংবা লেংবান্দা স্বরনা কাম্বদা থোরকপা মশক অতুনা লেপ্তুনা লৈবা মফম্না থাপুং হায়না কৌরে। অতিংঙ্গা সিদবা নিংথৌগী মাংদা পুরুম লৈপাইনা লৈঙম্বা শক্তিনা লৈবা মফম্ন্ নুমিৎপুং হায়না কৌরে।

য়েক্তা লৈবা শক্তিবু য়েংতুনা য়াইবিরেল সিদবনা হায়কই "পারি চরৈ অহনবা অসিবা নংনা ননাও কোন্দে তনৌবা সনা কোনজন তুথোকপবু ইচাগী লোইইন তুংইন শিন্দাবা শিন্দম্বীদনা নচিন ননাও অনিনা লৈবাক অসিদা লাইগী খুবম শেমদানা তাইবং মউ লিংতুনা খুন্দা লৈতাবা য়াওম্নবা শেমঙমউ।"

ব্রা অসি তাবদা গ্লীঁ শ্লীঁ ক্লীঁ গ্রীঁ গ্লীঁ শ্লীঁ অসিবা কৌবা শক্তিনা মশানৌ কোন্দে তনৌবা থুপ্তি হ র স সনা কোনজন তুথোকপবু খুজেং পালোইনদুনা কংলৈ পুংমাইয়োন্দগী মমাই নোংপোক পাংনা চৎঙমখিতুনা মচিন মনাওনা নোং-কোরৌ অমা চুপনা খন্নদুনা নোং-কোরৌ অতুদা কংলৈ লৈপাক্কী লাইগী খুবম অয়াম্বা সেম্বগী মচাক মউ লৌনফমগী মশক ওইনা খুবম অমা শেম্লে।

মণ্ডাশুবা শরুক

# অসিবা লাইনা খুবম শেমবা

খুবম অহুবু নোংলেনচিং, নোংপোক নোংছৌ, নোংমাইজিং নোংপোক চিংখৈরোন, মুবা লোকচিংকোন, সেল্লোই নোংমাইজিং, শেল্লোই নিক্কা মীনিকতা চিং, লংমাই হাগ্রী হাদাচিং সেনজিং চিংনুংপোক, সেলোই হারাইচিং হায়বা খুবম অমা শেম্লে। য়াইবিরেল মেরুবনা নোংলেনচিং ঙাহুরুংবা মিংহল্লম্লগা মচিন মনাও অরাং পাংনা চংখংলক্তুনা খুবম কয়া শেম্লক্লে। মাহুদা সনা কোনজন তুথোকপা মনাও অসিনা ময়াম্বা অসিবনা লাইগী খুবম কয়া মখল মম্বা নাইনা শেম্বা হোৎনহুনা খুবম কয়া লিংঙিবা অহুবু মাগী মনিং থুংদ্রগা হোগাই থুগাইহুনা মাংহন্নবা থৌরাংঙি। অম্মুম তৌনা তৌনা অসিবা লাই অসিনা খুবম থরা শেম্বা লোইহুনা মনাওগী মতৌ মওং য়েংহুনা অরা পোথাহুনা লৈ। খুদক অহুদা সনা কোনজন তুথোকপনা খুবম অমনা নমতাই ওই, খুবম অমনা শান্নফম ওইনা ফম্বাল লাংহুনা মখোং নামনা কংলৈ পুংমাইয়োন্দা নেৎ নামনা নোংলেনচিংদা নেৎ মমাই নোংপোক মৈরম তম্না ওন্দুনা থেক্লা নোক্তুনা শান্নহুনা লৈঙম্মী। মনাওগী মতৌ উবদা নুংঙাইরহুনা লোইবী চীংদোন্দা লেপ্তুনা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা লৈঙম্বা মাইকৈদা ওন্দুনা অসিবনা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবু কৌরকই।

মচানা কৌবা তাবদা, মচিন মনাও কদৌরবনো হায়দুনা মচা অসিবগী মনাক্তা লাক্লুনা "পারি চবৈ অহনবা ইপাবু কৌঙম্ববু করি হায়ঙম্নীংবা ?" হায়না হংলকই। অসিবানা—"অতিংঙা সিদবা নপারি কোন্দে তনৌবগী মতৌ লাংওন অসিবু সনা মিৎয়েং তাহনজনিংদুনা কৌঙমজবনি।"

অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা—মরম অসিগী ইপাবু নংনা কৌঙম্নবনিনা ইচানা নিংজবা লম্বী অসি নোংদম্লগে। চক ৪ চুপনা লৈঙম্নবা ইচানা লেপ্পুনা ইপাবু কৌবা মফম অসি, মফম অসিদা মচানা মপাবু কৌদুনা উনখি খংনবা কৌক্রু অচিবা মিংলেন য়াইবিরেল মেরুবনা উং চিং রিং অরাং থেংগ্রুংচীং হায়না লৈঙমদুনা মউ চারি লিংনবা মফম, মতম অমদা ওইসম্লু।
(নপারি কোন্দে তনৌববু য়েংদুনা)

সনা কোনজন তুথোকপা, ইচাদি থবক শিল্লমদি থৌঙমদ্রগা অতোংবনা ইচাগী ওইঙমজনিংবা মশকপু ফোংদোক্লম্মিদা। নয়াম্বনা হোৎনরগা নপুক চাদ্রে, থুগাইদুনা মাংহন্নবা থৌরাংবা নপুক, রাখল অসি ওন্থোকনা পুক্লৌং পিঙম্মীদা? নয়াম্বনা তৌবা মরমদা করিগী অদুক খোংলৌ খুৎলৌনবা তৌঙমলিবা, নং অসিগী নপুকচেল অসি চক ৪ মক্তা খংহৌরসম্লু নমিং কোলোই অসিনা, ঙসিদগী নংবু ইপানা কোংলৌতোন লৌথিবা থোনগে। নংনা ফম্বাল লাংডিবা খুবম অসিনা নংগা ঐগা উনদুনা তিল্লুক ওইদুনা কোল্লোই থোনখিবা মফমনি খংনবা লাংওন কুরুমচিং মেরুবা য়াইবিরেলনা উঁ রিং কৌনা মফম অসি নংগী য়াথোক য়াকা

লময়েংফম ওইনা তম্বীরগে। নয়াম্বনা শেমজবা খুবম্ হনগাই থিনগাই-হুনা মাংনবা থৌরাংখিবা নশক নরমচৎ অহু খংনবা চক অমদা লাংওন তুবী য়াথোকপা হায়না থোকঙমহুনা লৈবাক লৈবাক অপুম্বদা শিম্না লৈঙম্বা মশক ওইরু অহুগা নংগী নমিৎনা য়েংবদা তাম্না লোমনা উবা মফম অহুদা নংগী নশক লাংওন অমা থমহুনা কংলৈ লৈবাক অসিগী অরোইবা লমগী ঙমখৈ ওইনা নয়াম্বগী মফমদা লৌয়েৎলি, মফম খুদিংদা খংনবা লৈবাক লৈবাক্তা লৈঙম্বা পামেল খুদিংদা হৌবা উদা য়েৎপা উরি উয়েৎকা লৈবাক অসিদা য়েৎপা উয়েৎকা মান্নদবা ওইসনু। কংলৈ পুংমায়োন্দা য়েৎপা খুৎয়েৎনা য়েৎনা লৈবা, মীরম পুংদা য়েৎপনা ওইনা লেবা মশকওইনা য়েৎনহুনা অমাইবা অমাইবীনা য়েৎনা লৈবা পাইরবু ওইনা হল্লবনি হায়বা ব্রাহৈনা ঙমদাই লৈতাই তে-নসনু।"

## অসিবা লাইনা মতুংগী খুবম সেম্বা

অম্তুম্না নোংদম্লগা মপারী অসিবা লাইগী মথমদা কংলৈ খুবম অয়াম্বা শেম্নবা সিন্নহুনা মপারি কোন্দে তনৌবা য়াওরবদি খুবম সেম্বা থিনঙম্লনি হায়হুনা কোংলৌতোন লৌথিববু মফম অসিদগী কংলৈ পুংমাইয়োন্দা পুরক্তুনা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগা লৈমিন্নখি। অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগী ময়াথংবু অসিবা লাইনা মকোক লুরাইসেন্দা হাপ্পা কোইনা চত্তুনা কংলৈ পুংমাই-য়োনগী খুবম শেমলকলে। শম্থোং পাংনা কুমহুনা থোংহি ভাঙোইচিং হায়না খুবম অমা শেমলে; য়াইবিরেল মেরুবনা ওঁ হিং স সংহিং হায়না মিংহুন্দুনা থমলে, মুংশিৎ পুংগা সম্ননা।

মখা হারমদা শুগনু ফম্বালথোং ; য়াইবিরেল ঙমদাই মেরুবর্ ওঁ ফেৎ ফাও কংলৈ পুংমাই ( য়োল ) হায়না শেমলে। মেন ফম্বাল শুরুং থোংগা শমনৈ। নোংচুপ হারম পাংনা চথত্নুনা ঙাপ্রম চিংজেন শেম্মী। মিংলেন মেরুবনা ওঁ নোঁ হেঁাৎ ফা মহিচিং ওঁ হামুপা খমনিংপা হঙ, ওঁ সনাকোন মীতরংপা চিং হায়না কংলৈ পূম্বগী ঙমদাই চুকফা য়াইবী হাপ্নুনা শেমলে। ইসিং পুংগা মরম ওইনা শেমখি। মেন্দে খুবম চাংসাং ফম্বাল্লাং শেম্মী। নোংপোক নিংথৌ ( মহাদেব ) পুং কংলা মন্নুং মৈরম চিরা থংবগা সম্লনা থম্মী। হিথাংচৌং হায়বদি হিয়াংথাং চাংগোন ঈপূং ফম্বালগা ফাওনা ফম্বাল থোং শেমলে।

ক্বারোক ফম্বানচীংসেম্মী খাবা পুংগা সম্লনা থমলে। হৈপোক লাংথ ফম্বানথোং চীংগোল হায়বদি লংথবানচীংগা হুয়েংপুংগা তুনা থমত্নুনা শেমখি। কংলৈ পুংমাইয়োল সনা কোন্নুংগা মরম তুনা লোইবী ফম্বালথোং চাংসাং ১০৮ চামনিপালব্ সেমসাবা লোইত্নুনা অমুক হন্না অসিবা লাইনা কোইনা মফম খুদিং চত্নুনা সনা মীৎয়েং তারগা মফম কয়ামুক্তা তুংদ খংজ ফংজনবা খিজন্নবা স্না পেরে, লুপা পেরে, কোরি পেরে, শেল, য়োৎ, পিথাই, নুংনচিংবা কান্নগদবা তুংগী লম্বী থনবীত্নুনা শেমলকলে। ইসিংগী ইচেল মরু, মতিক মঙাল নাইবা তিনকোক লাইকোকচনবা, ৱায়েল নোংদম য়েংনবা তীর্থগী মরু ১০৮ ইরেন লখা অমগা মফম মফম খুদিংদা থমত্নুনা কংলৈ পুংমাইয়োন্দা লৈবা ইসিং পুংগা মরম থমত্নুনা লৈবাক অসিগী মুংঙাইনবা মরম পূম্বা

থিজন্দুনা সেমলম্লগা কংলৈ পুংমাইয়োন্দা হল্লকুনা ঙ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগী মফমদা চংহুনা "কংলৈ খুবম য়াথোক খোংদাফম সনা ফম্বালথোং সেম্বা লোইজরে মফম খুদিং অমুক্তা খোংদাবীদনা সনা মিংয়েং তাঙম্বীবা নচা নাব্রা ব্রাখল থেনবনা নিজরি।"

মচাগী ব্রা তাবদা ঙ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা চিংঙ ময়াম পুহুনা কংলৈ খুদিং, তুমরু ইরেল মফম খুদিং চক্তুনা য়েংঙমলে। মচানা সেম্লবা খুবমশিং অহু উহুনা হায়রকই— "পারি চরৈ অহলবা! ইচাদি ব্রাখল চাও-ইদা মাংগী তুংগী থোকতরিঙৈদা লম্বী পুম্বা সেম সাদনা থম্বীরেদনা। ইচানা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈপাক অসিগী মম্নুংদা সেমলিবা খুবম পুম্বসি মতম মতমগী ব্রাহৌদোক মরম য়েংহুনা কোলোই মিংহুল তম্বা ওইহুনা চক ৪ মক্তা অমাং আতা লৈতনা লৈঙম্বা মসক ওইসনু। লৈসেম্বনা (ব্রহ্মানা) লৈপাক পূম্বগী মফম অসিনা মরু লেমফূ লৈতাইঙমদাইফম ওইনা মফম অসিদা পুরুন লৈপাইজদনা থেমজসনু। লৈসেম্বনা মফম পূম্বদা মসক মথন মওং নাইনা থমবা খুবমদগী হেন্না কংলৈ পুংমাইয়োল অসিদা মফম খুদিং চিংসিন্দুনা সেম সাহুনা থম্বীবসি ইপানা মুংঙাইবা ঙমখৈ লোমখ্রে। হৌজিক নচিল ননাও অনিদা ইপা পাওতাক অমা হায়গে—লাইয়িংথৌ নোংথোং অহালবা পুনসিবানা (ব্রহ্মানা) মসক অয়াম্বা সেমহুনা সংসার অসিদা লৈঙমহুনা পালঙমলি। মহুদা লাইয়িংথৌ নোংখোং অহালবা, লৈসেম্বনচিংবা লাই, হিংচাবা,

থৌরালমিচাক, অপকমা অচৎ চত্ত লেংঙি পাল্লিবা পুন্নমক অসিবু মফম কদাইদগী কমদৌনা লাকওম হৌওম্লকইবা মরম অসি খংদবা জীবসিংবু খংহন্দুনা মরম অদু ইপাদা পাওদমল্লো। পাওদম পাওতাক অসি ইপাবু খংহলবা হালবা ইচা অদুগী মফমদা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈপাক অসি সিন্নবমগে। মরম অসি খংনবা নচিল্ল ননাও থৌরাংউ।”

তরুকশুবা শরুক

# অসিবা লাইনা ফাংখোং কোইবা

য়া অসি তাবদা অসিবা লাইনা মনাওবু য়েংহনা হায়খি "ইশানৌ সনা কোনজন তুথোকপা ! কোংলৌতোন লৌথিবা তাকওম্বীবা ময়াথংবু পুহনা খংদববু খংহন্নবা তৌঙমলুসিদনা ।"

কোংলৌতোন লৌথিবনা খুমজখি—"মরম পৃম্বা ফনবা অতুম য়াম্বু'না তৌওম্বীয়ু। ননাও পাঙ্গল সোনবদি কোইনা হৈনা থোগনজ্রহনা পাওজেন পাংতাক লৌজবা ইতিক থোঙম চাজ্রি ।"

অসিবনা—"অতুদি ইশানৌ লৈঙমহৌরো, ময়াথংবু পুহনা য়াম্বা অতুক চংওয়ুগে ।"

য়া অসি হায়রয়গা কংলৈ পুংমাইয়োলদগী নোংচুপ হারম পাংনা থোকলক্লুনা পুং অমগী মনাক্তা লেপ্পুনা "ঐনা তাইবং মালং পৃম্বা অসি কোইনা থুংনা চংকদবা অসি মফম কদাইদগী ভমদাই পন্দোম লোমসিবনো" য়াশল ভাইহাক তৌরগা "ফরে মফম অসি মক্তদগী হৌনফম লোইনফম ওইহনা কোইনা চংপা হৌরগে।" হায়হনা মফম অতুবু খংনবনি হায়হনা পুং অতুদগী লৈপাক খরা ফক্তুনা পুরগা তাইবং মালং কোইবা হৌরকলে। সংসার অসি সিনবা থুংনা কোইরুরগা হল্লক্তুনা কোইনা পুরুবা লৈপাক মতুম অতু মফম হান্নগী পুং অতুদা হল্লিন্দুনা থনম্নগা

অমুক লৈতুম অমা ফক্তুনা পুজমত্নুা কোইনা চৎপা কোইবা অসি থুংদবা মফম য়াওঙমহৌরিবরা হায়ত্নুা অমুকস্থ কোইরুরগা মফম অদুদা অমুক হঙ্গ্রিন্দুনা লৈতুম অদু থমলগা অনৌরা অমা পুত্নুা সংসার অসিবু সিনবা থুংনা কোইত্নুা লাকপা অদু তরুকলক হৌখ্রবদা লৈতুম কুক্রুবি ৭ স্থবা অসি পাইত্নুা কোইরকপা অসিনা নোংখোংথকলোন ( ব্রহ্মলোক ) দা চংলক্লে। লাইয়িংথৌ নোংখোং অহানবা পুন্সিবনা লাইনিং পরৈ চেৎলম্বদগী মমিৎ পাংথোক্তুনা অসিবা লাইগী মফমদা চংলকই।

অসিবনা—থকলোন অসিদা লাকলিবা নহাক অসিবু কনানো ?
মফম অসিদা তরুকলক হন্না চংঙম্বদদি নোংমতা উনদে। হন্দক্তি সংসার অসি কোইবা লোইত্নুা হৌনফমদা হঙ্গিল্লগে থৌরাংবা মতমদা নহাকপু ঐনা উবা ফংঙি। মফম অসিদনা করি তৌবীরমলিবা ?

পুন্সিবনা—মহাশক্তি ! সংসার অসিদা অচৎ চত্তা লেংঙি পাল্লিবা, লাই ছিংচাবানচিংবা মরম পুম্বা অসিবু সেন সাত্নুা পুথোকপা নোংখোং অহানবা পুনসিবা ( সৃস্তি ব্রহ্মা ) হায়বা নোং-খোং থকলোন ( ব্রহ্মলোক ) অসিদা লৈঙমজবা ঐহাক্নী।

অসিবা—নোংখোং অহানবা পুনসিবা হায়বা লাই অদু নংওইরে। নহাকপু উনজবা অসি য়াম্না লুংঙাইজরে। নংঙোন্দা রাহং অমত্তা হংজগে। লেংঙি পাল্লিবা অচৎচত্তা পুম্বসি নহাক্না সেম্বা সাবনি, মখোই পুম্বসি নংনা নোংদম্মী হায়রে অদুগা নংগী নখুত্তা লাইরিক পুয়া কৈদোম ৪ অত্নুা কদাইদগী ফংঙম্বা ঐঙোন্দা হায়ঙম তাকঙম্মু।

নোংখোং অহালবনা মহাক্তি মরম অতু ফংজগদ্রা হায়বগী মতম কুমসিং খংদনা পুরুম লৈপাই লাইনিং পরৈ তমজরমলিবনি। "মাতুবু ঐনা খংজবা ঙমজদ্রি। মফম অসিদা মহাশক্তিনা খোংদাপীরকপা অসিদা ঐগী মসক খংহনবায়ু।" হায়না নোল্লুকপা রাহৈনা পুরুম লৈপাইজরকই। অসিবনা হায়খি—"হে লাই-য়িংথৌ নোংখোং অহালবা মরম অতু অঙকপা মসক অমনি। মফম খুদিংমক্তা সিনথুংনা লৈঙম্বা মসক পূম্নমকপু মহাক্তনা ওইবিবা য়াইবিরেল সিদবা নোংদম পূম্বগী মপু ওইবা, মসক্না অরেম্বা নাইঙমদ্রবা নহাক্কী মহাক ওইবা মহাক্কী নহাক ওইবা লেংদবা মসক্না শুমহৎনবগী মসক ওইবা অঙানবা খিবাক্কী মরক্তা সনা চুমথাং খন্দূনা অমম্বা অমুবা কুয়োমনা য়োম্লগা অঙৌবা সাংথাংনবা মঙান্না মসাগী মচু মঙাল ফুদোংতুনা খিরেল নুংদা থিয়াং তম্না লৈঙম্বা উবদা মসক খংদ্রবা মা নত্তনা লৈত্রবা, পোকপা সিবা নাইদবা য়াইবিরেল সিদবা মপুনা সংসার ফৈদোম ৪ থোকনা খাইতুনা মপুগী রাখলদগী পুয়া ৪ বু সেমতুনা মহাক্তগী নহাক ওইবা মসক অসি পুথোক্তুনা পুয়া ফৈদোম ৪ গী মরম য়েংতুনা লাইয়িংথৌ নোংখোং অহালবা নংনা সেম্বগী থবক তৌরি। মহাক নহাক্তগী সংসার পুম্বা অসি থোকঙমলিবনি। মহাক হায়বা মসক অতুদি নং ঐনা নিংজবা মসক মওং অতু ওইতুনা মহাকনা মহাককী মসক মচু মঙাল তাকঙম উহলবী। ঐনা তাইবং মালং অসি ৭ লক হন্না কোইঙমলবদা মরম অসিবু হঙউম্বা ঙাংনবা নোং কোরৌ অমত্তা তাঙমলক্তে। মরম অসি হৌদোক্লকপা

অসিদা ঐ অসিবু কনানা কদৌরিবনো, কদোবা লাকলিবা ঐ মফম খংদ্রে। মফম অসিদা নং ঐ মতম খরা লৈমিন্নহুনা মরম অসি সন্দোক্লা খংজনবা পুরুম লৈপাই তম্নসি" অস্সুমনা মরম অয়াম্বা ঙাংনহুনা লৈরকলে। মহাশক্তি অসিবনা সংসার পূম্বা কোইবা অসি ৭ লক স্নুবা মতম অসিদা কোনজিন তুথোকপা কোংলৌতোন লৌথিবা অসি ব্রাখল অস্সুম তৌবদা ময়াম্বনা কংলৈ খুবম ফংখিগদবা অহুবু মপুক্তা তাথিবা নুংঙাইতবা ওইহুনা মথৱাই হ্নুংঙাইতবদগী চানি থক্কনি খংদনা নুংস্নুক হ্নুংজা-নহুনা মিৎস্না তরং চেন্দূনা কংলৈ পুংমায়োল্ল মনুংদা ওনথোইনা খাংহুনা লৈরকই।

মতৌ অসি উৱহুনা লৈসিরেন লৈপুনবী ওঁ পোকপীনা হায়রকই—"পারি কোন্দে তানৌবা করি মতৌ লাংওন্নো তৌঙমলিবা অদো করি ননিং থুংদবা—হায়য়ু ইমাদা।"

মমাগী ৱাহং তাবদা—"নচানা খংঙমদবা লম্বী অমা খংজবা ঙমদবা মরমদগী নচাগী পুক্নীং অৱা লৈখম তানবনি।"

"করি মরমদা খংত্রবগে, ইমা তাক্কে হায়য়ু।"

"কদাই! ইমা, মরম অসি ইমানা খংঙম্বা লম্বী থোকঙমলোই।"

"করিগী! ইমানা খংদবা উরোইদবা সংসার অসিদা লৈতবনি।"

মমাগী ৱা অসি তাবদা সংসার অসিগী হৌৱকফম লম্বী অহু পাওহংলক্লবদা মমানা তাকপিরকই—

"পারি কোন্দে তনৌবা মরম অতুদগীদমক মফম অসিদা ইমানা লাক্কুনা লাংঙন সান্নররিবনি। মাতুগী পাওদমদি অতিংঙা য়াইবী সিদবনা কংলৈ ব্রায়েন সংদা সনাফম্বাল লাংবা মতমদা ব্রাহৈ অসি পাওদমজৌ, পূম্নমক অসি নহাক মহাক হায়বা অসিদগী থোকওম্বা ঙাক্কনি হায়না পাওদমজৌ।" অম্মুম্না তাকপীরম্লগা অতিংঙা সিদবগী থৌগল লাংববু লৈসিরেন লৈপুনবী চংখ্রে। মমা মচা উনতুনা অচৎচত্তা লেংঙি পাল্লিবগী হৌরকফম মউ তাকনখিবা মফম্বু কংলৈ পুংমাইয়োল অওই ওইদা চাংদমনফম হায়না খুবম থমখি।

কংলৈ ফম্বাল ব্রায়েন সংলেন্দা ওঁ অতিংঙা সিদবনা লৈসিরেন লৈপুনবীগা সনা ফম্বাল লাং, লাই পাখং অমস্তুং লাইরেম্বী পূম্বনা থৌগল লাংদনা লৈবা মতমদা চংলক্লনা কোলজিন তুথোকপনা সনা ফম্বাল লাংবু ৭ লক কোইরগা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদববু পাকুম লৈপাইজে।

তরেৎশুবা শরুক

# সনা ফমবাল ফংবা---পাখংবা মিংহুলবা

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা—"পারি কোন্দে তনৌবা ইপাগী ইফমলাংদা লাকউম্ববু হায়নিংবা কন্নি রাবু লৈবগে হায়ম্নু ?"

কোঙ্জিন তুথোকপা কোংলৌতোন লৌথিবা—"ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা তাকউম্বা নয়াথংবু ইকোক লুব্রাইলেন্দা হাপনা থীজ হংজবদা খংউমজবা পাওখুম্ন নকালেন্দা নাওয়েজগে চংজরকলি।"

য়াইবিরেল সিদবনা—"কদাই জীবগী মপী মপা মউ মসক অদু রায়েল সংদা ফম্বাল লাউিউবা লাই পূন্নমকস্থ তা-নবা নপাও নিংথিজবা কোলোইবু তনলোলাও। লম্বী অদু তানিংবনা হুংথিল পোপ্তা হুনবদা লাইজ ইখৌ লাংবনা তমজনফম ওইউম্না ইপানা ঙাইহুনা লৈউমলক্লবনি।"

কোংলৌতোন লৌথিবা—হয়ি হয়া হে, খোইমোম লাইনিংথৌ উঁলৌ য়াইবিরেল সিদবা য়ারা খোংসাদগী নমু পোংথোক মথংলেন্না থেনদম্বীবা, য়োইরেল তোমপোকপা, লাংবন তৌসনা তৌরিক লাইবু ইমু মচেৎ খোমনা থবি সেংগোইরেন

পুংম্নাইয়োল লৈবাক অসিগী নিংথৌ খুবম নংনা ফংত্রুনা লৈবাক লৈবাক খুদিংগী নিংথৌ তাংবন ফম, চোংসেকপিন খান, অসাই অসম থৌগন লাংনা জীব পূম্বগী ব্বায়েল থৌদা নোংদম্বা সেম্বী সাবিনবা ওইত্রুনা চক ৪ মক্তা পানঙমজবা ওইরো, ইপাদি নসাই কোন্দা নরুম থুপনা লৈরগে। ইচানা ইপাবু নিংসিংলকপা মতম মতমদা উনবা ওইঙমসি।" হায়ত্রুনা তাকলগা অসাই অসম নিংথৌ পোৎলোই সিন্নত্রুনা মচাবু লৈমাই থক্তগী ফৈরাথক্তা পম্লগা তংবল থক্তা ফমহল্লগা মচাগী মতৌ মওং য়েংগদবগী কংলৈ পুংদা থুপ্তুনা লৈঙমখি।

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা থুপনফম ওইনবা মফম্বু গুরু সিদপুং কৌরে। ওঁ পোকপী লৈসিরেন লৈপুনবীস্নু থুপঙম্লগে ব্বাখল্লত্রুনা মহাক্তগী মহাক্তম্বী থৌরম থৌরাং থৌঙম্বী ব্বায়েন কারা ব্বাফাওবী, হুয়েন লাংজেং সাফবী জীবা পূম্বগী সুক্ষ্মংনবগী তুংনফম ওইবী মসক অমা কোলোই নিংহুন্না সনা খোংনাংলৈমা মিংহুন্দুনা পুথোকলকলে। মফম অত্তুদগী ইবেম্মা অসিবু নোংপোক হারম পালফবা অঙাইবা লাইগী মফমদা মতুংগী লম্বী ওইরগদবা তাক্তুনা সিন্নত্রুনা পুহনখি। লৈসিরেন্না সক্তি মশক অমা পুথোকলম্লগা থুপখিবা মফম অত্তুবু লাংলেন লাংওন ৭ কী থুপনা থোক্লফম পুং হায়না থমখি।

কংলৈ পুংমাইয়োন্দা পাখংবা লৈন্নুংলোনজা অরিবনা নিংথৌ ওইনা পাল্লক্লবদা লৈবাক অসিবু সেমসাবা খুনথোকপদগী য়াওরক্লবা লাই উকোংলেন, অঙাইবা, থোংঙাইবা, কোংতিংলেন,

থরাই চেংঙা, য়ুহা অমস্নং য়ুচেং লাই ৮বু মাইকৈগী সাই অঙম্বা লুচিংবা ওইদুনা মাইকৈ ৮ ঙাকপা লমপ্ নিংথৌ হাপ্তুনা প্খ্রম নোংথোল অসাই অসম ওইহন্দুনা লৈপাকপ্ মুংঙাইনবা পাথংবা নিংথৌনা মাইকৈ ৮ দা থম্লক্লে।

পাথংবা লৈম্নুংলোনজা অরিবা নিংথৌনা চিংয়া তময়া কোইনা চত্তুনা মথল মখা লাংওল সান্নদুনা লম অফ ফত্তা কোইনা য়েংলকই। নোংপোক খোংদারকপদা অঙাইবা নোংপোক নিংথৌনা ইবেম্মা সনা খোংনাং লৈমবু পাথংবা নিংথৌগী মফমদা থুংসিন্ননা সিন্নদুনা লৈকৎলি। পাথংবা নিংথৌনা মফম অসিদগী কংলৈ পুং-মাইয়োন্দা লাক্তুনা সনা খোংনাং লৈমবু মহারানী হাপ্তুনা নিংথৌ পানবা ঙম্নবা থৌরাংখি। ইবেম্মা সনা খোংনাংলৈমবু থুংসিন্নবা মফম্বু মহা লাইকোন হায়না মিংহুল্লম্মী। মকম থুদিং কোইঙম্লকপা অদুদা মথল মখা অয়াম্বা তুখোং সেমদুনা কংলৈস্বর খোংলম মরি তম্না সেমগৎলি। চক ৪ চুপনা লেংদনবা মফম থুদিংদা মহাক্কী মহাক লাংওল মসকপ্ প্থোক্তুনা লাইকোল থুদিং থুবম তম তমদুনা সেমগত্তুনা চক ৪ বু পন্দোম লোম্না পানঙম্বা থৌরম্বু সিন্দুনা থম্মুই হায়বগী মমিংবু চাখা লোনজা পাথংবা ওঁ ভঁ হ্রীঁ ক্লীঁ স্লীঁ খাবা লৌচাচি হাইবা হায়না কৌনখি।

অপানবদা য়াইহিপ্পা নখোং থম্বাল লৈঙাং লৈকানা তমজববু পুক্রম লৈপাইজদনা নিংসিংজরক্কে। হয়ি হয়াহে য়াইবি সিদবা লম্বী রায়েল ফম্বাল্লীবা লাইয়াম পূম্নমকম্ব তাঙম থংঙমবীহৌরে। মরম অসি অমুক হন্না থিঙম তাঙম্বা খংঙমজবা অতাংবা পাওতাক পাওরৌ ওইঙমখ্রবনি। লেংঙি পাল্লিবা লাই হিংচাবা, গ্রহ নক্ষত্র অচৎ চক্ত সংসার পূম্নমক অসিগী মসক পূম্নমক মহাকনা ওইবা, মহাক্কা মসক পূম্নমকপু ওইরিবা মহাক্কী ঐহাক ওইবা, ঐহাক্কী মহাক ওইবা তাকওম্বা মসক অরেপ্পা হায়ডমদবা নং ঐনা পামজবা নিংজবা মসক মওং অচু মহাক্কা ওইরিবা মিংহুন্না ( শেনবা ) ঐহাক, য়াহাক, মহাক অহুম-মক্কা অমত্তা ওইবা য়াইবিরেল মেরুবনা সনা অহিংবা মচুনা অঙৌবা ওইবা ( গৌরমঞ্জুরী ), মনুংদা অহিংবা সনা লৈহাও মচুনা তমজবা সুমহৎনবগী মসক্কা জীবগী তুংনফম ওইবা মহাক্কা ঐহাক্কী রাখল ওইরিবী, রাখল অচুগী মসক্কা সনা অহিংবা লৈহাও মচুনা মসেক মঙান ওইদনা মনুং মপাল তুনা ঙালবা, মফম মসক পুম্নমক্তা থা-নবা লৈতনা সিম্বুংনা লৈরিবা য়াহাক হায়বা উঁলৌ য়াইবিরেল সিদবা মপুনা ঐহাক হায়বা ওঁ অতিংঙা সিদবা মহাক হায়বা মনুং মপাল তুনা লৈঙম্বী ওঁ পোকপী লৈসিরেন লৈপুনবীগা অনিমকপু পুথোক্তনা লেংঙি পাল্লিবা পূম্নমকসিবু থোকঙম সেমঙম পোকঙমথি, পুয়ানা য়াইবিরেল সিদবগী মসক য়াহাক

হায়বা থিয়াংথোক লমহৌবা সিদবা মপুগীময়াথংদগী ঙ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা নহাক্কা অচৎ চত্তা লেংলি পাল্লিবা পূম্নমক অসিগী মউ উরাংনা নহাক্কী। উরাং মাগী মরু লেমফূ মউনা ঙ য়াইবিরেল সিদবা য়াহাক হায়বা মসক্কা ওইরি। ঐহাক, য়াহাক, মহাক মসক অহুম্না অমত্তা ওইরগা ঙানথোইবা অঙৌবা মচুনা তমজবা মুরৈ সংথাংনবা মঙান্না সনা অহিংবা মচুনা তমজবা অনৌবা নোংগী মরক্তা চুমথাং খানবা মওংনা লৈবাক লৈবাক তুনা ঙাল্লবা সনা অহিংবা কৌবা (গৌরমঞ্জুরী) মিংলেন মসক্তগী থোকঙম পোকঙমখিবা মসক ঙাক্কনি। পূন্মক্কী মপা মমা হৌরকফম, মউ উরাং লেনফু, ঐহাক, য়াহাক, মহাক—ঙ অতিংঙা সিদবা ঙ য়াইবিরেল সিদবা, ঙ পোকপী লৈসিরেন লৈপুনবী অহুমমক্কা অমত্তা ওইবা মসক্তগী পোকঙম থোকঙমখি। মসক ৩ মক্তগী থোকখিবা সেমখিবা পোকখিবা ঙাক্কনি।”

## পাখংবা মিঙ্হুনবা নিংথৌ খুবম সিন্নবা

মচাগী মরা তাবদা—“পারি নংদি জীবা পানবা অচৎ চত্তা, লেঙিঙ পাল্লিবা জীব পূম্নমক্কী মপাল, মউ উরাং লেনফূ খংবা হানবা অতু ইচানা ওইঙমলে মরম অসিনা চক মরি চুপ্না খংনহৌনবা ইচাগী কোল্লোই মিংহুনবু ঙসিদগী হৌনা পাখংবা লৈন্নুং লোনজা অরিবা উঁ ঙ টুঙঁ য়াইবিরেল মেরুবনা ভ্রীঁ হ্রীঁ তোংলৈরা মীঁ হীঁ তোংনানিক টে টে হায়না থোল্লগে। কংলৈ

নিপালশুবা শরুক

# অসিবা লাইনা নোংখোং থকলোনদগী (ব্রহ্মলোক্তগী) কংলৈদা হল্লক্নুনা খুবম লাংওল সেম্বা

ওঁ লাইসিদবা অসিবা লাইনা নোংখোং থকলোনদা লৈদুনা মউ মপাল লেনফু উরাং মখল মখা নাইনা পুনসিবদা লিদনা পুয়া কৈদোম মরিবু অহুম্লক হন্না য়েংহন্দুনা খংহল্লম্লগা কংলৈ পুংমাইয়োন্দা হনজিল্লগে হায়দুনা হৌনফম পুংদা থুংলরে। মফম অদুদা ঙাইহাক লেপ্পুনা "ইমা নংগী মফম অসিদা ঐনা সংসার অসিবু কোইনা চৎপা মতমদা মফম অসিদগী হৌদুনা চৎলি লোইরবসু ইমা নংগী মফম অসিদা লোইজরবসি ঙসিগা ৭ লক সুরে। অহৌবগা অরোইবগা অনিগী ঙমদাইফসু নচানা নফম লাংদা ওইঙমজরি। নচানা সংসার কোইজরুবা গুরুগী ময়াথং পুদুনা মরম অসে গুরুনা নিংবা লম্বীদু থুংবা ওইবা পীঙম্বীয়ু। অতিংঙা য়াইবী সিদবগী নিংবা লম্বী থুংনবা সংসার কোইবা হৌবা পন্দোল লোইবা ওইবা ইমা নংগী নফম অসিদা কংলৈ লৈবাকসি অরাবা ঙমখৈ তারকলবা, লৈবাক লৈবাক পুম্বনা অরা পোপতা হুন্নরবা মতমদা ইমা নংগী নফমদা লৈতাই ঙমদাইজদুনা অরা লৈখম তানবা পুম্বা কোকঙমজবা ওইনবা ইমা নংনা পিনবিবা

ওইগদবীয়ু। নচাস্তু অতিংঙা গুরু সিদবগী মকা য়েৌনা চংজরগে।" হায়না কংলৈ প ুংমাইয়োল পাংনা চংলক্লে। মফম অতুবু ঙমদাই লৈতাইপ ুং তাইনা থেম্লপ ুং কৌই। মেরুবনা 'তরৈ হং সং তরৈ সং রাঁ কৌই।

কংলৈ প ুংমাইয়োন্দা চংলক্লগা লেপ্তুনা—"ঙসি এৌনা কংলৈদা চংজরকপা অসিবু ওঁ অতিঙঙা সিদবা গুরুগী য়াৱা খোনবু তাঙমদে, গুরুবু লৈঙমদবরা ?" হায়না কোইনা য়েঙঙকপদা মাসানৌ কোন্দে তনৌবানা সনা খোংনাং লৈমগা লোইননা "গুরুগী তাংবন্দা মঙম চাদনা ফম্মী এৌগী ইমাংদা" হায়না তাথিবা ওইদুনা মিৎতবেং প্যাংসোইনাইবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা লৈঙম্লক্লে। ময়াম্বগী মিৎয়েং উবদা পাখংবা নিংথৌনা ময়াম্ববু কিদুনা তাংবন থক্তগী কুমদুনা চেনগে হায়না তৌঙম্মী।

## কৈ য়েন সান্নবগী মরম।

পাখংবগী মতৌ উবদা লাইরেম্বী ৮ না খুৎসম্নদুনা "নিংথৌনা তাংবন থাদোক্ত ুনা চৎপা হৌনদে। এৌখোই খ্বাইনা নতু তুবুম তৎহল্লোই, পাম্বা খোংগুন তাহল্লোই" হায়দুনা মখুৎ পরেং খুৎসম্নদুনা নিংথৌ পাখংববু কোইসিন্দুনা থম্লগা ইসৈ লিরোল সক্ত ুনা ময়াইদা থম্লক্লে।

কেক্রেক কেক মো মো,
য়াঙ্গোই সম্বা স্যাও স্যাও,
তোকপগা কনবগা
কৈগা য়েনগা চাইনবা,
য়েনখোং ফন্তে চাসল্লো,
লাইগী য়েম্নি চাফদে,
ব্রাইনৌসে ব্রাইনৌসে,
চরা লাংমৈ ব্রাইনৌসে,
কেক্রেক কেক মো মো
য়াঙ্গোই সম্বা স্যাও স্যাও।

ইসৈ লিরোল অসি তাবদা অসিবা লাইনা "ঙসি ঐনা থৌরাংবা অসি মাখোই ৮ মক্লা উত্নুনা কোঞ্জিন তুথোকপপু কনখ্রে। মফম অসিদদি মকল্লো! নখোই ৮ না লৈবা মফমদদি ঐনা চংবা য়াদবনিনা! অদু ওইদুনসু ঙসি ঐনা থৌরাংখ্রবা অসিদি তোকঙম্বদি তৌররোই। কংলৈ লৈপাক অসি মথক মথা ওম্থোকলগা অমুক নৌনা খুবম অপুম্বা সেমদুনা খুন্দা লৈতাহলগে" হায়না সাওদুনা লৈপাক্কী সেক্লিং পাংনা চোংথোক্লক্লে। অসিবা লাইনা লেপ্তুনা য়েংবদা মনাওগী মতৌ তৌঙমদবা থৌওইদবগুম উরুবদগী সাওথিবা মফম্সু ঙসিপুং হায়না কৌনখি। মফম অসিগা ঙমদাইপুংগা মরমনি। অনি অসি তুনা লাংএন ঙমদাইনক্কম ওইনগনি।

## অসিবা লাইনা লাংওন মসক ওইবা।

ওঁ অসিবা লাইনা সাওখিবদগী সেকনিং থাংহি ঙাংঙোই চিংদা মখোং ওইনা নেৎ, কংলৈ তাংখমপুংদা য়েৎনা নেত্তুনা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈপাকপু মথক মখা ওম্থোক্কুনা থম্লগে হায়দুনা মহাক্কগী তৌঙমদ্রবা লৈত্রবা লাংওন মখল মখা পুথোক্কুনা মথক মখা ওলগদবগী তৌঙম্লকলে। মরম অসি মসানৌ লৈম্নুং-লোঞ্জানা উরদুনা ময়াম্বগী মফমদা হায়জগে খন্দুনা কংলৈ পুংগী সেক্লিং নুংকেদা থোক্কুনা মাখোং নামা থাঙ্গত্তুনা মমিৎ পাংমা উইদুনা ময়াম্বগী মফম লাংবু য়েংদুনা " হে বিসাকর্ম্মা লাইনা তমজফম ওইবা লৈপাক অসিবু নংনা সেমঙম্বীবা নত্তরা ; অমুক করম্না মাংননবা তৌঙম্বীবনো ? অসাওথোইমন য়াংবা পূম্বা তে-নবীদুনা সেম্বীবগী সেম্বীবা সেমঙম্বীদনা লৈপাকপু মাংহনবা তৌঙমবীগম্নু। ননাওনা লংজ অরান পূম্বা ঙাকপিদুনা, ননাওবু ইতিকচাবা ইঙম থৌদা নোংদম্বা ওইবিদুনা নয়াংথং কোল্লোই নিংথিবদো লুরাইলেন্দা হাপচদুনা মতম পূম্বা চৎঙনজবা ওইজগে। নখোং লৈঙাং থম্বাল লৈকানা তমজববু খুয়ারেন্দা রাকমা সৈদম সৈকোক খংজদবা ননাওনা চংজফমনি চংজরি, হায়জফমনি হায়জরি। মিৎতরেং মঙম পাংসোই নাইদবা মিৎয়েংনা অমুক্তদি য়েংবিখো, নখোং খুয়ারেনগী থৌদা নোংদমবু ফিগাওসানা নিজরি নারা সৈদম পান্দ্রিবা ননাওনা।"

ৱা অসি তাবদা অসিবা লাইনা মনাওবু লুংসিনহুনা কনবীরগে খন্দুনা মালেম তম্না য়েংলকই। মাহুদা মনাও পাখংবনা ময়াম্বনা তৌঙমন্ত্রবা লৈত্রবা মসক ময়াম পুথোক্নুনা লৈঙম্বা অতুদা মগিং পাংসোই নাইদনা ময়াম্ববু য়েংঙমজবা ওনদনা মাখোং নামা থাংগৎনা খুনিং লৈগা কাহুনা লৈঙবা মতৌ উবদা অমুক হেন্না সাওঙমখ্রে।

"মাদি ৱাক্রেম হাক্রেম লানক্রেম্নবিবোবে। মৱাহৈদি লিপ্নন লিফানৈ, মপুক ৱাখল থৌরমদি করেম হায়গ্রেননবা ৱাওই থৌওইদবা খুদমনা মসক ওইঙম্মী"।

ফাগী ফারাং সাওংনা ময়াম্বদবু পুরুম লৈপাই তেংথা নাওই হায়হুনা খুরাইকাংবা সেংবু চিরাই তাংবা মিংহুন তনখি। মফম্বু কোনয়াইফম হায়না মিংহুল্লে।

খুদক অতুদা থুনমক অসিবনা মাংহন-নবা অকনবা শক্তি থৌরাংহুনা মখাপাংনা কংলৈ লৈপাক চেপলক্লে। পাখংবগী হায়জ্ঞ চংজফম লৈরক্লরদা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদববু নিংসিংজহুনা কৌজরক্লে "অতিংঙা য়াইবিরেল হে গুরুসিদবা, কংলৈ লৈপাক অসি অমুক্কদি কনবিরো, মথক মখা ওনখিবা তাখ্রে"।

ৱা অসি তাবদা অতিংঙা গুরুসিদবনা য়েংঙকপদা তৌঙমন্ত্রবা মসক অয়াম্বনা চোংথোক্নুনা লৈপাক মথক মখা ওনগদবগী তৌরম্বা মতৌ উবদা, "হিঃ করি মতৌনো। মাংখিবা তারেনা থুনমক খুদক অসিদা" খন্দুনা মচা পাখংবগী মমাংথানা থোকঙম

চোংথোক্লুনা গুরুগী মথুৎস্থ থাংনা হাইদুনা শক্তি পূম্ববু খোমজিন্দুনা থাংকক ৭ থোক্লা কক্লুনা মতুপ ৭ না মালেমথক্তা তাদুনা লৈখ্রে। শক্তি তৌঙমদ্রবা মসকনা মাংখ্রবা অদুদা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা ৱাখল তৌই— "তৌঙমলিবা মরম অসি করিনো, কনানা থৌরাংলিবা ইচা অসিবনা সেমজবা লৈপাকপু মাংনবা" ৱাখল তৌনা য়েংবদা মপারি চরৈহন্না মনাওবু সাওদুনা তৌঙম্লম্বা মবমনি হায়বা অদু উরক্লে।

অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা "ওম্লোকপনিদা ৱাখল অমত্তা তৌদনা কংলৈ কনামতা তাকঙমদনা ইচাবু মাংনবা তৌঙম্মীদা ঐ অসি অচান মিরাইনাইবা য়োংলৈ মেলৈ নাইবা লম্বী থৌরাংবগুম থোকঙম চৎঙমখিদা। অদুনদি থোকখিবানা থোকখ্রে। হৌজিক ইচাবু থেম নৌনা কৌথোক্লুনা ইচাগী অথোইবা কম্বাল লম্বী কংলৈ পুংমাইয়োল অমা নোংদমদুনা লৈপাক অসিদা অমুক হন্না থনমদ্রবদি চক ৪ মক্কী ফালম লাংওন সিন্নবা মসক অমুক থোকঙমলরোই। অদুনদি কংলৈ অসিদা লৈদুনদি থেম নৌবনসু থোকঙম্মু হায়বা য়ানি নিংদ্রে। অচিকপা মফম অমদা চৎলগা থেম নৌনা হায়দুনা ইচাবু মালেম লৈদা থোকঙম্নবা থম্বা তাই" খন্দুনা কনা তাহন্দনা খা পাংনা চৎঙমখি। কংলৈ লৈপাক কন্নবগী অমুক হন্না থোকঙমখি। মফম অদুদা থোকঙম্বদগী মতুংগী থৌরমপূম্বা অমুক হন্না সিন্নদুনা থোকঙমখি হায়দুনা থোকপুং কৌরে। পাখংববু কনগদবগী মফম থুদিংদা সংদুনা লৈ হায়বগী মিংলেনবু শঁ হায়না থমখি।

# লাইকোন্নুং নোংদমবা।

## লাংবা চক্তা ওইগদবা ফালম তাকপা।

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা গুরুনা মচা অসিববু কৌথ কৌঙমগদবগী থোকঙম চৎঙমখিবা অসি লৈন্নুং লোনজা অরিবা পাখংবা নিংথৌনা তাংজ মরাইলুক্তা গুরুবু কদোমদা চৎঙমখিবনো হায়না রাখল তৌদুনা য়েংলকপদা ময়াম্বা অসিবা লাইগা তিল্লুক মাইয়োক্তফম অচিকপা লম খিদুনা চৎথখিবা অদু উরক্লে। লৈন্নুং লোনজা অরিবনা গুরুগী হৈনা তুংইন থৌগন ওইদুনা ময়াম্ববু পুক্রুম লৈপাইজহৌগে খন্দুনা য়ারৌ সজি সঙাইনা মপী মপা কাইনবা খাম্বীনদি লমলৈমা কোইনা চাকসক্তুনা য়াংলৌ লম্বী মফম খংদনা কোইনা কোইনা, মাইকৈ সিন্না চেন্দুনা য়াংলৌ লম্বী খিবগুম খোংকাপ নারৈ কন্না চৎথরক্তুনা য়াংলৌ লমখাংদা সম্ মাংওইননা থক্তুনা ওঁম অতিংঙা গুরু সিদবগী মখোং খুয়াবেলবু সোকনা পায়জনা লৈসি লৈথোনবা, চিরোল লোনহাইনবা হৌরকলে। রাঙাং মতৌ মওং উবদা গুরুনা "কোনদে তনৌবা পাখংবা নংগীদমক ইপানা নয়াম্ববু থেম নৌনা কৌথোক কৌঙমলম্লুগে চৎলিবনি। পাইমা মরিংজেন খাঙম্বা নয়াম্বনি; পারি নংবু য়াওরবদি নয়াম্ববু থোকঙমলকউ য়াঙম্লরোই। ঐগা অদুক হান্না উনদুনা থেম নৌনা নয়াম্বগী অসাওববু ফাঙম্লগা য়াঙম্বীবীরবা মতমদা নংনা পুক্রুম লৈপাইজদুনা হায়জ হংজ ওইঙম জৌ; ঐগা নংগা লোইনদুনা চৎলবদি থোকঙমমুস্থ য়াররোই; ইপাবু মচা ঙাক্তগী মফমদা অচান নুংসি মীরাই সঙ্গন নাইবা লম্বীবু তুংদা

থোকঙমহৌরনি। নংগী নচৎ নওংসে ইপানা অস্নুম য়েংবদা নংগী কান-নগদবা মরমদদি হায়জ নোনজ-নপচ তাংজহৈঙ্মা মরমপূম্বদা ইপানা উই। মফম অসিদা নংগা ঐগা মতৌ মওং অস্নুম্না উনহুনা ৱাঙাংনৈ হায়বা মরম অসি চক ৪ মক্তা খংনবা মফম অসিদা চিরোং চিঙ্খাইবা হায়না ইপাবু ঙাইদনা লৈরম্মু। লমদম অসিনা সামুরৌ হায়না খংনবা ওইঙম হৌরসনু" হায়না থনম্নগা গুরুদি মখাপাংনা কুমথরক্লে।

ককই ইরাংতাবা অয়িংবা মফম কুত্তক তৌবা অমদা ফনহুনা তাংজলুকনা পুক্লিং অৱাবগা লোইননা ৱাখল তৌরক্লে—"অসিবা হায়বা ঐগী ইচা ঐহাক মহাক্কী মসক ওইবা চক ৪ মক্কী ফালম সিন্নবা উঁলৌ য়াইবিরেল সিদবনা অতাওবা লাংওল শক্তি, তত্তগী মরু খোংলম পূম্বা হাপ্তুনা থোকঙম্লক্লবা মহাকনি। কমদোনা মাবু য়া-নবা ৱাহৈ করি হায়ঙমহুনা থোকঙম্নবা কৌসিবা?" মফম অদুবু তাংঙম্বা মহাক্না ওইবা মচাগী কৌথোক্নবা মরম্বু ৱাখল তৌহুনা লৈ হায়হুনা তাংপাৎ হায়না নাওরোইনরে।

মাপলগুবা শরুক

## লাইকোন্নুং সেম্বগী মরম লৈসিরেন্না থোকওমদুনা অতিংঙা সিদবগী তেংবাংনবা থৌরাংবা

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা মচা অসিববু কৌথোক্লবগী রাহৈ নাতৈ করম হায়না তৌওমসিগে হায়বা ৱাখল্লা অৱাবা ওইদুনা তাংপাক্তা লৈবা মরম অসি উরদুনা লৈসিরেল লৈপুনবী ইমোইনু অহোং অচাওবী পোংলম পোংথাংনবীনা গুরুগী হৈনা তুংইল থোগল ওইদুনা মচাবু কৌথোক্নবা মরম্মু তেংবাওঙুগে হায়দুনা মথা পাংনা লাক্লুনা থোকওম্লক্লে। মফম অদুবু নিংথৌ পোকপীপুং হায়না লৈখি।

লৈসিরেন লৈপুনবীনা, লাকপা অসি অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা উরদুনা, লৈসিরেন্না উদনবগীদমক নোংথৌ পাংবদগী মালেম ফাওবা লৈচিন্না সাংথ লেংথনা সিন্না কুপহন্দুনা নাথৈদুনা লোত্তুনা চৎখি। মফম অদুবু থায়াই হায়না কৌনখি। মফম থংনবা হায়দুনা প্যামেল অমা মফম অদুদা থারম্মী, মমিংবু থৈবোং হায়না কৌনখি।

লৈসিরেন লৈপুনবীনা কোইখি থিজিল্লক্লবা অদুদা থাংফম লোৎফম থংওক্লদুনা পামেল অমগী মখোংদা নোংকোরৌ অমা চুপ্লবা লোত্তুনা লৈরকই। পামেল অদুবু নোংনাং কোরি হায়না মিংহুল তমখি।

গুরুবু নোং কোরৌ অমা চুপনা থিবদা খংঙম উঙমলক্লবদা মাইকৈ ৪ সুংদাই ৪ চত্তুনা লৈনা কোয়না য়েংবদসু উঙমখিদ্রে। মতুদা লৈসিরেন লৈপুনবীনা "করিনো করিনো কদাই য়োঙমখিবনো" হায়না তাংজলুকনা মালেম পাংনা য়েংবদা লাংওইনা লমহুম থগাইগী মনুংদা গুরুবু লৈঙমলকলে। মফম অতুবু উনপুং হায়না খংনখি। লাই অনিমকনা তিল্লুক মায়ওক্লনা উনবা মফমনি হায়দনা তুথোকপী হায়নসু কৌনৈ। মাতুদা গুরুনা সামু অঙৌবগী মসক ওন্দুনা লৈরম্মী, মতুবু ইবেম্মনা খংতুনা পাইমা থম্মোইনুংগী রাখল লৈসি লৈথোনবা রাহৈনা থৌবি কোঙ্গোই ওইতুনা য়াঙ্গোই সামু অঙৌবগী মথোং খুতুং তম্না চংতুনা তিল্লুক রাহৈনা পুনখ্রে।

হায়রিবা অসিগী লিবোন পাওরৌদি গুরুনা মালেম লৈমাই থক্তা খুকউ খুদক কুন্দুনা লোত্তুনা লৈরম্বা অতুদা মথোং লকা সোক্লা চংতুনা হায়জে, তিল্লুক রানা নাওথেম্বী ইবেম্মা থেম্বা চন্নুনা অতুম তৌনা হায়জরবা মক্তদা গুরুগী খুমাং অনি হায়বদি খুৎ অনিনা ঈরাংমদা থম্মগা খুতুং অনিনা হায়বদি খোং অনিনা লাইজ তুংরাংমদা থমতুনা খুকউ লৈনা ষনসানা লৈরম্বা অতুদা ইবেম্মনা গুরুবু সাওই খংদতুনা কেনা নৌনা গুরুগী তিল্লুক থোগন্নবা থৌরাংঙি। ইবেম্মগী থৌরাং অতু উবদা সাওসি সাওঙমদা "কদাইনো তৌঙমলিবা অসিবু" হায়না খন্না খন্না অনিমক তিল্লুক মাইয়োকনখ্রে। গুরুগী খুৎ অনিনা কেনা নৌনা ওইনবা মওংগুম সৌতুনা নম্বা মফম্সু কেহু খুবম হায়না খংনখি। মফম অতুদা ইবেম্মনা মহাক্তগী জীবনা চাজহৌনবা খন্দুনা মথেন লুকোই সেম্নবা পুথোক্তুনা থাঙমখি। মসক অতুবু গুরুগা ইবেম্মগা কেনা নৌনাখিবা মফমদা থাখিবনি হায়তুনা কেহু তমলেন হায়না মিংহুনখি। *

গুরুগী খুৎনা সৌদুনা নম্বা মফম অদুদি মালেম অঙানবগী মঙান ফনা লৈবা মতমদা নোংথৌথক্তা য়েংবদা থব্রানমিচাক সিদবা হায়বা অদুগী মসক উজবা ফংঙে, লফোইগী মসক ওইনা। মফম অদুবু অচানচান্দবা অনিগী পুং হায়নস্তু খংনৈ।

মফম অসিদগী চথোক্তুনা মপারি অসিবগী মরমদা ব্রাখল তৌনা তৌনা থোকওল্লক্তুনা মচা কায়নবগী অব্রা মৈসানা থম্মোই লকানুংদা মুংসি মৈনা চাকসিল্লক্তুনা গুরুবু হাইনা হুম্না থবাক মৈবাচিং খৌনাওমৈবু হৌনা স্বর নাহুই ইপোম চাওনা কায়না মৈচাকনা থম্মোইসিন্না চাকথেক্তুনা ঙাওনা ওনথোইনা খাংদুনা লৈরকলে। মফম অদুবু ঙাংলৌ হায়না খংনরি। মৈচাক থাংঙমলক্তুদুনা অতিংঙা গুরুসিদবনা পোম্বী চেকলাগী মসক ওইনা সাইওন্দুনা কোইনা নোংথৌ পাংনা পাইদুনা মচা অসিবু থিরকই। গুরুনা চৎখিবা উবদা লৈসিরেন লৈপুনবীনা চেক্লা খুন্নু খরংগী মসক ওইনা সাইওন্দুনা তান্নরকই।

লৈসিরেন্না তান্নরকপা অদু উবদা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা মালেম তম্না হাইখরক্তুনা লোইবী চিংদোল অমদা লোত্তুনা লৈরক্লে। মরম অসি ইবেম্মস্তু খংদুনা চীং অদুদা হাইথদুনা মখোংনা হোত্তুনা মচিন্না তুদুনা গুরুবু খিঙম্মী। ইবেম্মগী মথৌনা তৌঙমদবা অদুদা লোৎপা খাংবা য়াদ্রদুনা অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা থোকলক্তুনা ইবেম্মা থেম্বা চদু লৈসিরেন লৈপুনবীগা লাকমিন্নরে। গুরুনা লৈরম্বা চীং অদুগী মথক্তা অঙৌবা লৈ অমা সাৎলি। লৈ অদু হেক্তুনা নাদা চিনবা য়ারোই, মালেম থক্তা মথম্তা তাঙমগনি। মফম অদুবু থিনা

তান্না খংনচীং কৌই। তেনা চান্নচীং হায়নস্থু কৌনে মফম অসিদা নিংবা থুংনখি। মফম অসিদগী লাক্কুনা অনিমক্কা তান্নহুনা হৌনহুনা তিল্লুক জগোই সাহুনা রাইনখি, নোইনখি হায়হুনা মহৌচীং হায়না কৌনখি। মফম অসি পোৎকৎ লৈকৎনরবদি নিংবা থুংনৈয়ে।

মফম অসিদা লৈহুনা নোংথৌপাংনা য়েংহুনা অসিবা মচাবু "ইপাগা তিল্লুক্লখিসি" কৌঙ্গকই। অসিবা লাইনা গুরুবু মপক্কা তাথিবা মওংগুম্না কৌগম্বহু তাঙম খুমঙমদ্রে। মপক্কনা "গুরুনা মুংসিবা মচা পাখংবনা নোংদম ফালম সিন্দূনা পানঙমহৌরসন্নু" খনখ্রে।

মচানা থোকঙম খুম্মনখিদ্রবা অহুদা গুরুগী পুকিং অরাবা মসক ওইহুনা "ইচাবু করি হায়না হায়ঙল্লগা থোকঙল্লকবা" হায়না রাখল তৌনা তাংজ লুকনা খোংবী লৈদা তক্কুনা লৈঙমখি। গুরুগী মতৌ অসি উবদা পোংলম পোংখাংনবী থেম্বা চন্নু রাঙম্বী লৈসিরেন লৈপুনবীনা অসিবা মচানা লৈঙম্বা নোংথৌ পাংবদা য়েংহুনা মিংলেন অহুম্না লৈসি লৈথোন্দুনা "পারি চরৈহল অসিবা গুরুনা ইচাগা ফমলেন লুচিং ফম্বাল্লাংবু নোদমবিরগে লাকঙমলি। পারি নংবু অমুক্কদি থোকঙমহুনা গুরুগী নোংদম ফমলেন লুচিংববু লৌঙল্লবা তৌঙমসি, পারি লৌসিং থৌয়াংবা ইচাবু মপোক লিহুন নোংদমখিবা মুমিত্তগী কৌরৌ নোংমতবু ইমাগী ফৈরাথক্তা ফমহুনা সামু মাইওক্লহুনা তিল্লাং খোইজং খোইদানা ইমাগী অমৃততিল্লুক ইনখিদ্রিবা ইচানি

ঙসি কোরৌ মুমিত্তা ইমাগী ফৈরাথক্তা ফমলগা তিল্লুক ৱাবু তানহুনা ইচাগী খৌবোম থন্নবু ইমানা অমুক্তা অমৃত খোয়াং ইল্লমগে; পারি চেংলৌ সকহেনবা নুমিৎনা খুদা ওইঙস্বা থাজনা থাকল ওইনবু নফম ফম্বাল লাংলিবা অমুক্তা কুম্লক্কুনা ইমাগী ফৈরাথক্তা ফম্লখো। ইমানা সনাগী কৈরাক থাঙম্মী; কৈরাক খোংফৈ খুদিংদা ইচাগী খোংগুন খোংনেৎ ওইহুনা পারি চরৈ অহলবা ইমাগী নাক্তা কুম্লকখো, তিল্লাংখোইজং খোইদানা ইচাগী চেংলৌ নিংথিবা লোইদাম থাজনা তমজববু ইনানা পেন্না য়েংঙ্গহৌখিগে।" হায়না মিৎসনা ইরা চেন্না মপারিবু কৌঙমখি।

মমাগী ৱা তাবদা থোকঙম খুমঙমদনা ঙাইহুনা লৈখ্রবা মপারিনা খুম্লকই "পলেম ইমা ইবেম্মা! অরাই কংদবী পোংলম পোংখাংনবী তাইবং মউলিংদ্রিডৈদবু লৌনম নমথাক্লবা ৱারস্থ গুরুনা ঙাংঙম হায়ঙস্বা হৌঙম্লবা অসিদা নচাবু থোকঙমহুনা গুরুগা উনবা মতম নত্রমালে; গুরুগী পুক্লিং থুংনববু ইসানৌ কোনজল তুথোকপা কোংলৌতোন লৌথিবনা তাইবং ফালম সিন্দূনা তুরৈ ইরৈ থাংদনা পানঙমজবা ওইরসনু।"

## গুরু সিদবনা অসিবা মচাদা পাওখুম্বা

মচাগী মরা তাবদা অতিংঙা য়াইবিরেল গুরু সিদবনা—

"পারি চরৈ অহলবা সনাহল অসিবা! লৌনম নমথাক ৱাবু ইপাদি হৌঙম ঙাংঙস্বা তৌঙমখিদ্রি নচিন ননাও অনিগী

মফমদা হায়খিবা মরম কাইদনা ইপাদি চৎঙমলিবনি অতুবু ইচানা কায়ঙম্মী পাওতাকনে, ইপানা খনবদা খংঙম্বা ঙমদ্রে, মরম করি থৌরমদা কায়ঙম্বা থৌরম হৌখ্রবা ?"

অসিবা লাইনা—"য়াইবিরেল সিদবা নয়াথংবু পুক্তুনা লেঙিঙ পাল্লিবা অচৎ চক্তা পুম্বু তাজ খংজনবা মরমগীনি হায়তুনা তাইবংপান অসিগী মফম পূম্নমক্তা নচাবু সিনথুংনা কোইচৎ চৎহল্লগা ঐনা লৈঙমদবা মতমদা ইসানৌ কোংলৌতোনবু কৌসিন্দুনা কংলৈ খুবম পিতুনা ইসানৌগী হৈনা মতুং গুরুনা কোইনা লাল্লুম্লগা পালঙম্বা ঙম্নবা ফালম লম্বী সিনবিবা অসিবু নমথাক লৌনম হোঙম্বীবা ওইঙমবিদ্রবরা ? তাকঙম্বীবদা নচানা য়া-ঙম্লোইদবা থৌরম করি লৈজবনো ; কংলৈ লৈপাক অসিগী নিংথৌ তাংবল ফম্বদি ননাওনা ফম্বা ওইঙমসন্নু হায়ঙম্বীরগা মরোইরে। ঐনা লৌয়েৎলগনি হায়ঙম্বা মতৌ-গুম্না ঐবু কোইনা চৎখিনবা ফালম লম্বী তাকপিরগা ইসানৌদা খুবম পীঙমতুনা নচা ঐবু তাকঙম্বীদনা গুরুবু করম্না থুপঙম্বীবনো ?"

অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা—"মরম অতু চুম্বদি চুম্মী হায়ববু ইপানা ননাওগী মফমদা কংলৈ খুবম পিবদি জীব পানবা অচৎ চক্ত পূম্বগী হৌরকফম মরূমখোং পাওদম্বু ননাওনা ইপাদা পাওদম হানখিবা মরমনা ইপানা হায়খিবা থৌরমগী মতুংইন্না লেংদবা মসক ওইনা কংলৈ লৈপাক্কী নিংথৌ খুবম পীঙমখিবনি।"

অসিবনা—" খংঙমদনা লৈঙনহৌবা ইনাওনা করম্নবু খংঙম্বা হানওম্নমত্নুনা পাওতাক পাওদম হানখ্রিবা মরম ফালম অসিদি অঙকপনি "।

মাংশিরেল সিদবনা—"মাত্নুগী মরমদি, পারি চরৈ অহলবা ননাও কোন্দে তনৌবনা অহল মনাক ফমজবা পুকহং প্যাওহংজবা কনজবা মরমদগী নমা লৈসিরেন লৈপুনবীগী মফমদগী মরম পূম্বা খংজত্নুনা ইপাগী ইফমদা পাওতাক পাওদমলবনা ননাওবু ইপানা জীবপানবা অচৎচত্তা পূম্বগী মউ উরাং মপী মপা খংঙম্মী হায়ত্নুনা পাখংবা মিংহুল অসিগা লোইনত্নুনা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈপাক্কী নিংথৌ পোৎলোই সমপোৎকা লোইননা ইপানা ননাও কোন্দে তনৌবদা পিঙমখি"।

## অসিবা লাইনা সাওত্নুনা নোংথৌ-থক্কুগী। গালেম লৈতারকপা

গুরুগী ব্রাহৈ অসি তাবদা মমাবু মপুক্তা তাথিবগা লোইননা

"থৌরম পূম্বা কাইহল্লিবা ঐবু তৌঙমদবা ওইহলবা থোকহল্লিবা মরম অসি ইমানা সিনবা লম্বী ঙাক্তা ওইরবোইরে, ইমানা ঐবু করিগী অত্নুক তাথিবা মরম ওইবিবা মচা মচা ঙাক্তদা অচান মিরাই থাইনা নাওকোনবা হৌঙম্লবদি তুংদা করম্না অচুম্বা লম্বীদা খুন্দা লৈতাহৌগনি ; মীচং মীথাই নাইবা

পুকচেলনা থৌরম থৌরাংনবা হোৎনব। মরাল লৈতবা মীবু মাংননবা সাওননবা ফালম লম্বী সিনর্বাহৈবগী মহৈনা হৌজিক করি ওইঙম্বগে ইমাগী মিৎস্না থিৎনা মুন্না য়েংনবা থৌরাং অত্থু তৌবীরমও !”

হায়না নোংথৌথক্তগী কুমদম নোংনা খাক লাওনা মাইকৈ মমনা হৌরকপগুম নোংথৌথক্তগী মালেম পাংনা চোংথরক্লে ।

## অসিবা লাইগী নোংদম মিংহুল ছৈহৌবা ।
## মরম ফালম লম্বী নোংদম্বা।

মচাগী আসাওবা খোল্লাও তাবদা ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা “হিঃ করিনো ! তৌঙমখ্রিবা অসিদি মাংবা তারে,” হায়তুনা মাচানা মালেম লৈদা হেক তাবগা চোংসিন্দুনা মচাবু কোন্দুনা তিম্রুক ওইঙয়ে। “পারি সনাহল, ইচাদি নমাবু তাথি তাইওন্নবোইনা, হয়িচকনি কাওঙম্লবোই ইচাদি !”

গুরুগী সনাহকচাংগা হেক থেংনবা অত্থুদা সাওঙমলম্বা অসিবা লাই, পুক্লিং অৱা পোপ্পা হুন্দুনা মিৎস্না ইরাচেন্না মালেমথক্তা ওনথোইনা খাংতুনা ‘‘করি মতৌ লাংওল্লো, ঐনা খনঙম তৌঙমখ্রিবা লম্বী অসিবু ! ঐবু কনানা সন্না তিন্নবীগনি মফম কৈদা লৈগনি, ঐগী লৈফম চংজফম মরোল অহুম অসিদা লামবা থিবদা ফংঙম্লরোই, ইমাগী মতিক মঙালবু মাংহলগে হায়না থৌরাংলুবা ঐ অসিবু তুকচবা হঙ্গোইরোইদব। জীব কনা লৈগদগে, ঐগী মপোক নোংদম লাংওলসে ওম্থোক্না নোংদম

ৱাখল ফত্তনা পোকইদা, মরম অসিদা ইমাদি অৱান-কারন ফালন অমত্তসু সিল্লমদ্রে! মৱাল লৈক্তদ্রবী ইমাদা ঐনা নত্তবা মৱাল পিওল্লুবনা অৱাবগী ইপাকথক লানওমদ্রবা ঈথক ঈরেন্দা তাওম্রহুনা পুক্নিং ৱাখল ফত্তবগী ঈরৈনা লৈখা তানা লুপহন্দুনা মপোক অসিমগী পনদোম লোম্না ইমাদা লংজরুবা ওইওম্ববু থোক্লরে! ওম্হোক্লা তোনখ্রবা অসিবা ঐগী মপোক্লীদা!" অৱাবা ৱাখন্না মসা পূম্বা কুপ্তুনা মুংবংননা লৈখ্রে।

মতৌ অসি উবদা ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা গুরুনা মচাবু মালেম থক্তগী কোনখত্তুনা "পারি চরৈ অহলবা জীবগী মউ মসক খংওম্বা নংনা খল্লিবা ৱাখলদো অচুম্বা ওাক্তনি, অতুম্মদি ওইরগা পারি নংদি মরম অতুগী দমক্তি করি নৱাল লৈঙমদে, ইমা হায়বা অসিগী মতিক মঙান্না লুম্বা চাওবদি অশুক ঙমখে লৈতনা চাওঙম্মী হায়বা তাইবং ফালম সিনবদা মতুংদা খংজ-হৌনবা ইচানা অৱাবা ৱাখন্দা খন্দুনা নমাগী মতিক মঙাল ফোংদোকলি, ৱাখল চাওবা ইচানা; পারি চরৈহল ইচাদি চক ৪ অসিগী লাংওল ফালম সিল্লগদববু নহাক্লী। অতুবু ইচানা অৱাবা লম্বীদা খল্লুরবনিনা মরম অসি কোকওম্লবা মতমদি লাংবচক্তা কোকওম্মু। তাইবং খুন্দা খুল্লিংলবা মতমদা তাইবং য়ুমথোং খুদিংদা ফমলেল লুচিং ফমহুনা ফম্বাল ফমলেল খুদিংগী কোল্লোই মিংহুন নাইনবু য়ুমথোং নিংথৌ ওইহুনা পোংলম পোংখাংনবী নমা লৈসিরেন লৈপুনবীনা ইচাগী হৈনা তুংইন্ননা থোকওমহুনা নমা-নচা সমু মাইয়োক্লহুনা নকা ফম্বাল অমমমদা ফমহুনা তাইবং

পোংখাংনবগী নুংঙাই য়াইফ পানগম্বা ফালম্বু নমা-নচানা সিনগম্মু ; নিংথৌ মাইবা চিরাই কাংবা লৈপাক মাইবা হৈসিংবা অহল মনাক থৌখনদবনা নকালাংদা হায়জ-নোনজ পুরুম লৈপাইনবদা নমাবু কারল রাহৈ নাওথেম নাওকোন লৈপাইরবা অমাইবনা, ইচানা থৌরাঙঙ্বা নমাবু মাংহনগে লৈঙমহল্লরোই খল্লুবা অত্নগী নরাল অত্নু নহুৎ নবেং সিন্দুনা পুঙম ফংঙমখ্রসন্নু অত্নগা ইচাবু থোক-ঙম্নবা মপা মমানা থেম নৌনা কৌখদা থোকঙমদে, ফালম কারন রাহৈনা কৌবদা অসাওবগা লোইননা নোংশোংবগুম লাওদনা থোকঙমখি চক ৪ মক্তা খংজহৌনবা ইচাগী মিংহুনদি "লাইনিংথৌ খাবা" থোনঙমসি। ইচানা নোংথৌদগী চোংথারকপদা তাবা মফম অসিবু খাবা নিংথৌপুং হায়না খংনসন্নু। ইপা ইচা তিল্লুক ওইহুনা অচুম্বা রানা ফাৎলৌ লম্বা ওইখিবা ইচাগী অরাবা রাখলগী লম্বীবু কোক্করিবা মফম অসিনা অরা লৈথম কোক্কপুং ওইঙম্নসন্নু" হায়না মচাগী মফমদা তাকঙম্নগা মচাগী খুজেং পায়হুনা মফম অত্নদগী লৈসিরেন লৈপুনবীগা লোইননা "পারি চরৈ অহনবা, ইচাগী ফমঙেন লুচিং ফালম্বু ঙসি ইপানা তমমম্নগে। পামেল মখোং অসিদা ঙাইহাক পুঙ্গোই ফম্বাল লাংঙমসি" হায়হুনা থোকঙম্নক্লে।

## ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা ওঁ অসিবা লাইগী মফমদা মতিক মগুণ হাপ্পা।

গুরুগী সনা পুক্লিংদা মচাগী মফমদা লৈবা খিবিক পূম্বা হৈতবা, খংদবা, উদবা লৈতনা তৌঙম হৈঙম্বা খিবিকপু পিঙম্লগে খন্দুনা পামেল উ অতুগী মখোংদা ফম্বাল লাংঙি খংনবা হায়দুনা পামেল অতুবু "হৈবোং" হায়না মিংহুনখি। মসক ৩ মক্লা স্না ফম্বাল লাংবদি গুরু মখোং চুক ৩ হায়না কৌনৈয়ে। ❀

তরাশুবা

## গুরু অতিংঙা সিদবা, লৈসিরেন লৈপুনবী, লাইসিদবা-অসিবা স্না ফম্বাল লাংবা।

চক ৪ মক্তা লাংওল ফালম সিন্নবা তাংঙম্বা সক্তি পূম্বা হাপ্তুনা পুথোকখিবা মচানি হায়না ব্রাখল তৌদুনা লৈঙমখিবা মফম তাংপাং হায়বগী খা থংবদা হৌঙম্বা পামেল হৈবোং মখোংদা লৈসিরেন লৈপুনবী পোংলম পোংথাংনবী থেম্বা চন্নুনা ময়াইদা সকয়েল মিংসেল খানবগুম্মা সক্তি অনিগী মরক্তা থাক্কন খানবগুম স্না ফম্বাল লাংনা মিংস্না পুম্ববু মঙাল লৈনা তারদনা গুরুনা মচাগী মফমদা পিঙমগদবা তাকঙমগদবা থৌরাং লম্বী সিন্নরে।

"পারি সনাহল অসিবা নহাক্তি মঙাং লুরাং খুমমী গুরু অহুম্না তিল্লবা নোংদোল মরোল ৭ লৈখারোল ৬ অসি নফমলাংদা সিন্নরবনি, ইপানা খাবা সাদোংঙম্বসে নহাক্না ঙসিদগী তোংজমহুনা রায়েল থৌদা নোংদম পূম্বা, থৌঙম ওইঙম্নবা সিন্নরবা অসিনি! লাইগী মীগী অচৎ চত্তা লেংঙি পাল্লিবা পূম্নমক্কী মপু ওইবা নহাকনি। মপানা মমানা মচাগী মফমদা অরান কারন রাঙাংনা লংজবা মরম্মু ইচানা কোকঙম্বীয়ু। নহাক্কুগী রায়েন নোংলেন ৮ পু থোকউ। মাইকৈ ৮ গী মপুবু পারি নংনা পুথোকউ। য়োকপী ঙাকপী সেম্বীগদবা নহাক্কী। ইপাগী নিংজবা খিবিক থুংহন্নবস্তু পারি নংনা ওইঙম্মু, অমাইবা কোকলেন লুচিংবা, জীবগী লম্বী তাকপিবা ওইঙম্মু। তাইবং পোংলম ফালম সিলম্বা নহাক্কী. ইপানা পাখংবা মিংহুন তম্বীবা ননাওদি তাইবং পোংখাংনবনি। তাংবনথক্তা রায়েল থৌদা নোংদম পূম্বা তাকঙম্বীবা ওইঙম্মু। তাইবং নিংথৌদি ননাওনা ওইসনু। থাজ কুমজা কুমজা খুদিংগী অনৌ অপেল, অথুম অহাও মাইয়োকথেনবু নকালাংদা কত্তুনা লৈপাক্কী থৌদা রায়েন নোংদম্মু ননাওনা পুকহং পাওহংজরগা তাকঙমখিবা নয়াথং, নোংদম ফালম ইন্নবু রায়েল থৌদা তমজবস্তু ওইসনু, মতিক মঙাল চাদনা পুকহং পাওহং লৈতনা, য়াম্বা থৌগল খুল্লিং সাইদনা মনিং মথা তমহুনা লৈবাকপু নমথেক নমজানবা রায়েন্না থৌদা নোংদম ওইঙম্ববু থোকঙম্নবদি পুন্সি মুংসাংদনা লৈবাক মরা তপ্তবা মন্ড খুবম চেত্তবা ওইঙম ফংঙম্বা ওইসনু। তাকঙম্বা নোংদম থৌরম-

ভুংইম্না চংঙমজবা নিংথৌদি শ্ংজি কুংসাংনা পানডঙ্বা, মউ খুবম চেংনা লৈবাক মরা তপ্নবু পানঙমজবা মহৈ য়ানজবদো ফংসনু। নিংথৌ নিংথৌ খুদিংগী মাইয়োক লোইহা চাহুনা নোংদম রায়েল ফালম সিন্দুনা লৈঙম্বদু ওইঙম্মু। হয়িচক, হয়াচক্কী সাংওন লাকপা মতমদা ওঁ চং ওঁ চং ওঁ চং ওঁ চং নেঁং নেঁং নেঁং নেঁং হায়না থোকঙম্মু। খুন্নংচক্কী লাংওন্দা "মহি সনারেল হরে কৃষ্ণ রাম মনজুরী রাধে কৃষ্ণ রাম রাম রি রি রি রি ক্লীঁ হরে" হায়বা মসক ওইনা থোকঙম্মু। লাংবচক (কলিযুগ) মন্নুংদা তাইবং পোংখাং সাবনা নতিক নঙম থংজনবা মসক্তগীদি অথোইবা তাইবং থরাই মাঙঙনবা মসক ওইঙম্বা পুক্নীং খোইদানহুনা তিল্লাং খোইজংনফম্বু ওইঙম্না মতম অতুদা থোকঙম লৈঙমগদবা সনা হায়বা অতুনা পান্দম মতিক মঙমদি থোকঙমদেদি হায়ববু মঙোন্দা ইচাবু পান্দম ওইনা থম্মগে, সনা হায়বা মসক লখা থোকঙম সাঙম্বা মগুন থরদং অতুগা ইচাগা পান্দম্মী হায়হুনা তাথিতাওইখিবা তৌগনু, পান্দম থমদবা মসক্তি অরেপ্পা মসক খঙঙমদে! ইচাগী মরম থরদং পোংলম পোখাংনবনা থংনবা রাহৌদোক ওইঙম্নবা শারি কোলোই মিংহুনববু "সনা মহিরেল মহি সনারেল রায়েল থৌদা নোংদম্বা, ওঁ মীম্নারেন মীয়ানাতিং আকং অফা ওঁ কৃষ্ণনেং রাবেতিং হরি হর বিশ্বহর পাখংবা সনামহি লাই সিদবা" হায়না মিংহুন্দুনা মতম অদুগী পানঙম্নবা তাইবং পৃম্বগী লানজ–নবা মিংলেন অশিনা লম তাকপিবা ওইঙম্মীয়ু। নফম নকালেন্দা পোংকং লৈকচনবা "হয়িরিহো হরি রিং"

বীজ অসিনা কৎনসন্নু। পাফল থক্তা তোংতুনা চিঙঙু লাইওইবা নহাক্লা তাইবংসিংবু সেম্বী সাবিতুনা ফম্বাল ১০৮-দা ফমতুনা লৈঙম্মু, নমা লৈসিরেন লৈপুনবীনা তাইবংলেন্দা লৈস্রেন সিদবী হায়না থোকঙমতুনা য়াইবিরেল মেরুববু "ওঁ পোকপী ওঁ পোকপী তু শ্রী আনঙ্গ তানঙ্গঁ তরঙ্গঁ তাবঙ্গঁ শ্রীঁ দ্রীঁ ত্রীঁ ওঁ পোকপী তু পীঁ আনঙ্গঁ ওঁ শ্রীঁ বীজ হরে" হায়না ফম্বাল লাংদনা মপারি চেংলৌ য়েংঙনতুনা মপারি হৈনা তুংইল থোঙ্গ্রল লিঙম্ববু ওইসন্নু।"

গুরুগী য়াথংপূম্বা তাঙম্বা পন্দোম লোম্লগা অসিবনা হায়জৈ— "তাকপিবা নয়াখং ফিগাও সানা য়াজরি লরাইলেন্দ হাপ্তুনা মরমপূম্বা কাইদনা চৎচগনি থৌঙম্লবা হোৎনজতুনা; অতুম্নদি ওইরবদা ইমাগা সমু মাইয়োক ফম্বালবা অসিতদি ঙাকপিবা, নখোং খাদা নিজরি ইচিন ইপাও থোক্লবু নখোং থুয়ারেল পাইতুনা।"

"পারি লৌসিং চাওবা নুংঙাইদা, ইচাগী পাউরৌ রাহৈ তাবদা তাইবং পোংখাংনববু নহাক ঐহাক মসকপু মকাফোংনা খংহনবিগে থৌরাংবা পারি ননিং থুংজরো; ইচাগী ফম্বাল মাংসোক্তা ইপানা মাংওইনতুনা মতম পূম্বদা নমাগী মাইয়োক্লতুনা ফমখ্রগে; ঐহাক্কী নহাক ওইবা নহাক্কী ঐহাক ওইবা ঐহাক নহাক্কী মহাক ওইবা নমানা মরক খন্না লৈঙম্বা মসক অতুদি অমুক ফম্বাল হোংবা য়াঙম্লরোই অতুম অতুম ওইনমকপ, তাইবং য়ুমথোং থুদিংমক্কী রায়েল নোংদম নিংথৌ ওইতুনা ফম্বাল লাংবা

মতমদদি ইপাগী ইরুম লাংদা ফমদুনা লৈঙম্মু; ইপানা নকা সংবা পাওদম পাওতাক্লবা ওইদুনা ইচাগী নাক্তা লৈরগে অতুগা ঐখোই অহুমকনা মফম অসিদা তিল্লুক রাবু ঙাংনবসি খংনবা পামেল হৈবোং অসিনা সাক্ষি ওইনা হৌসন্নু: ঐখোই অহুমগী মিংলেল মেরুবনা গ্রীঁ গ্রোঁ রাহৈনা সনা তাংগা, লুপা তাংগা থাদুনা চংথোকপা (অওমপোৎ ওর্পোৎ)* কর্পোৎ লফোই, হৈনম্পা মোনখাং চাহাও য়াম-মকুপ্পা সাজা অনৈ য়ুমকৌদুনা খাগী ফরাংজি খাবা নমিং লৌবা ফিরোন, চরৈ নমখাং অঙৌবা লরাং লাংথ্রে মতোন ৭ থাঙমদুনা চুঙৌ মহি অনৌবা, সঙ্গোম অফম্বা খোইহিনা অনৈ য়ুমকৌজদুনা বীজ অসিনা ঐখোই অহুম্নু মফম অসিদা পুরু লৈকৎ ইরাৎ থৌনিজরবদি ঐখোই মসক অহুম্না নুংঙাই তিল্লুক ওইবগুম নুংঙাইজবা :নোংদম্নু পারি নংনা নোংদম্বীবা ওইবীয়ু, ফংঙম্বা খুদম খংজবনা অহনবা চরৈ মকোক্তা য়েৎঙমলিবদো ফিদা হৌগৎপা মতমদা চম্পা চিনি নমসন্নু; ওমপোৎ লফোই হৈনম্বা মনম নম্লবদি নিংজবা ফংঙমজরে খংনবা চাংদম ওইজরো।"

* রাহৈ খোনথোক অসি হন্না হংবদা অম্নুম তাকপিখি।

তরামাথোইশুবা শরুক

## রাংবন (রাংব্রেন) লাইকোন্নুং সেম্বা

"পারি নংনা ইপানা কৌথোকপা মতমদা নোংথৌদগী লাওখোংনা চোংথোরক্তুনা তাঙমখিবা মফম অসিদা ইচাগী কংলৈ পুংমাইয়োল লাইকোন্নুং মিংথোন্দুনা সেম্মসি" হায়না গুরুনা নোংদমলে।

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগী ময়াথংবু মকোক লেন্দা হাপ্তুনা অসিবা মচানা গুরুগী হুকচাং কায়াৎ ৯ য়েংলগা থম্মোই লকান্নুংবু তম্না লাইখোং মরোংখোং খাখোং হায়না চুক সাহুনা খোং অহুম্বু থোক্তুনা সেমলে। থৌরম পুগদবা লাইফম ৬ সেমহুনা মউ ১০ থাঙম্লে, মসা ১০৮ লোংহন্দুনা তুরম খোংলম লাইরম তিল্লম ৭০৭ সেমহুনা চিঙঙ্ সাইওল ওইরক্কদবা মতুংগী লম্বী সেমহুনা মফম অহুদা থুবম সাবা মউ চারি লিংখৎপা হৌওম্লে। সেম্বা পূম্বা লোইহুনা অসিবা লাইনা গুরুগী মফমদা সেম্বা লোইরে পাওতাকলে। গুরুনা কোইনা চত্তুনা মিৎয়েং তারুরগা পুক্লিংদা পেনবীরহুনা হায়রকই—

"পারি নংনা সেম সাবসে নিংথিজনা চেকন্সিন্না সেম্মিদা, মফম পূম্বদা ইপাবু নংনা থাঙম্বা সুকলৈ লৈঙমদে, ইচানা থৌরাংবা লম্বী মতুংইন্না নমা লৈসিরেন লৈপুনবীপা লোইননা মফম অসিদা লাক্তুনা লৈঙমহুনা থুপওম্লগে। গুরুখোং হায়বা

অসিনা লাইয়ামগা, খাবাখোং অসিনা নমা থেমপা চন্নু পোংল
পোংখাংনবীগী থুপ্পফম খুবম ওইঙমসন্নু। পামেল মসা লিলাখে
হায়বা অসিনা ইচাগী লাংওল হৌনফম, থুপ্পফম ওইঙমলো
পামেল মসা তেরা তেনবংনবা হৌঙম্বা মফম অসিনা চিঙং
লাইয়ামগা ইচাগা তিন্নহুনা লাংওল ফালম রা তান্নফম ওইঙম্লো
থাবা খুবম নোংচুপ অরাং হারম পাংবা পুংলেন মফম অসিদ
ইচাগী সঙ্গায় সাঙম্মু। সঙ্গায়গী অরাংথংবা পুংলেন্না—ইচা
য়াথোক য়াকাফম ওইঙমজৌ। কংলৈ অসিগী নিংথৌদি পা
নংনা ওইঙমজৌ, চিংঙু লাইয়াম পূম্বগী রায়েল থৌদা নোংদমহু
চিংঙু লাইয়াম পূম্বনা ইচাগী লোইয়িন থৌগল লাল্লোই ওইসন্নু
কংলৈ অসিগী মিংহুন্না ইচানা কোরৌ অরাংবদগী পাইমা নরি
খানা চোংথারকপদগী সেমথিব। কংলৈনি খংনবা রাংবন লাইনিংথে
কোন্নুং হায়না কৌঙমসি। রাংগোই লাইকোন্নুং মফম অসি
লৈবাক অসিগী মুংঙাই য়াইফনবা লম্বীদা অরা থৌরম লাকঙমগদব
মতমদা চাংদম য়েংনফম ওইসন্নু।” হান্ননা মচাগী মফমদা সিন্নরে।

ৱাখল থেনবা ননাওনা নখোং থম্বাল সোক্নুনা অমুক্কা হন্না নিজরি সেম্বীবগী সেম্বীবা ননাওগী কংলৈদা অমুক্কা হন্না খোংদাবীবা ওইবীছুনা সনা ফম্বাল লিংদনা লৈঙম্বীবা ওইবিরগা ননাও ৱাখল খেলবনা নখোং সেবা তৌজবা মরম অসিতদি নিজরি। সেম্বীবগী সেম্বীবা কংলৈ পুংমাইয়োল কোম্নুংবু ননাওনা পানজবা ওমজনবা কোয়না মিৎয়েং তাবিছুনা অৱাৎ অপা চিংথা নাম্বা মরম্বু হন্না অমুক্কা সেম্বীনবা নিজরি।" ৱারম অসি হায়ছুনা পামেল অমগী মখোংদা মচিন মনাও তিল্লুক মাইওক্লছুনা ফম্লেন লুচিং তানথৎনবা মরম্বু ময়াম্বগী মফমদা মনাওনা হন্না নিজরে। ময়াম্বনা মনাওবু পুসিন্দুনা ফম্মিন্নখিবা পামেল উনি খংনবা পুংতোল হায়না মিংছল্লে। মফম অদুবু সনা কোনজম থাবা ফম্বাল তিল্লুক শুরুং তানফৎনফম পুংলেন পুংতোন মখোং হায়না ফম্বাল তিল্লুক ওইনখি। মচিল মনাও অনিনা তিলাং খোইজং খোইদানা ঙাংনবা ৱাবু তাবদা অতিংঙা য়াইবী-সিদবনা সনা পুক্লিং মুংঙাইছুনা "পারি অনিমক ইপাগী নাক্কা চংলকউ লাও! ইপানা ওসি তাকওম্বা লম্বীসি নচিন ননাও ফাওনম্নু, চক ৪ মক্কা পারি কোন্দে তনৌবা তাইবং নিংথৌ নহাক্কা থাজ কুমজা খুদিংদা য়াম্বা থৌগল্লু. নয়াম্বগী নোংদম থৌদা লৌছুনা তাইবং নিংথৌ নংনা ৱায়েল নোংদম তৌগদবনি, ননিং নথা তমছুনা য়াম্বা য়াথং নত্তনা নমথেক নমজানছুনা ৱায়েল নোংদম তমলবদি পুন্সি মুংসাংনা পানঙমদবা লৈপাক মরা তপ্তবা থুবম পন্দোক লোমদবমু ওইঙম্মু." অদুগা পারি চরৈহল লাইগী নিংথৌ ওইথা লাইগী

ময়েল কাইদনা তাইবং নিংথৌ ওইবনা নকমগাংদা চংহুনা মকাম্বুদা পুক্রুম ইরাং খৌনিহুনা পুকচং পাংহংজেংবদি মুংডাই য়াইকনা পাজবা চিংঙ্ নংনা নোংদমবা বা ওইবীয়ু। কুমগী লাকয়েল খৌরম খৌদোকপুম্বম্ব তাকিডম্বীবা ওইবায়ু। হায়জ লংজ মতুংইন্না, লাইকোক তিনাকোক মরম্বু চিংঙ্ নংনা ওগদাইবীবা ওইবীয়ু। নচিল মনাও অনিনা কংলৈ অসি ফনবা মরম পুম্বা তাম্মহুনা য়াউক মুংডাইনবা তৌওম্মু।"

মরম পূম্বা তাক্লগা ও অতিংঙা গুরুসিদবানা পোংলম পোংখাংনবী খেম্বা চম্বু লৈসিরেনগা লোইননা মচা অনিবু পহুনা রাংব্রেন লাইকোম্মুংদগী কংলৈ পংমাইয়োন কোম্মুং তাম্না লাকুনা মচা পাখংবা নিংথৌগী পানওম্নবা ফালম লম্বা থৌরাংলকই। পাখংবনা ময়াম্বা অসবগী মসক খংঙনদবা অসিবু খংহলগে, তাইবং নিংথৌ মহাক্কী শলাই থম্বীগে পক্লিং রাখল তৌরহুনা "পারি কোন্দে ভনৌবা মালেম লৈমাই থক্তা তাহুনা লৈরিবা নয়াম্বগী শক্তি ৭ অসিবু ইপানা য়েংবদা য়েংঙনদ্রে. তাম্নবং হায়বা মসক অহু শাহুনা ইপাদা অমুক্তা উহল খংহল্লুবা।" অম্মনা য়াইবীরেম্না হায়রক্লে।

পাখংবনা অতিংঙ সিদবগী নোংদম তাবদা মসক ৭ থক শাহুনা পুশিল্লকই। মাহুদা গুরুনা হায় "মসক অসিনা তাইবং মসক লেপতুনা পানওমহৌবা য়াওমলোই, অহুবু ইচানা সেম্লুরবা মসক্কী হয়াচক্তা তাইবং মসক তিন্নহুনা তাইবং মতেং পাংওম্নবা

মসক ওইনবা উরক ৱারক্তা থাদোকুনা থম্মুরো।" মসক অসিদি য়োংগুম্বা মসক্তি হায়না হায় মাহুদা জীব মসক ৭ অহুবু য়োং মরম তরেৎ হায়না মিংহুল্লে। অমুক মশক তরেৎ অম সেনহুনা পুরকই ;

গুরুনা হায় "তাইবং সেম্মু হায়রগা হঙেঙাইগুম্বা সেম্নক-পসিবু করিনো, ম'সিনা তাইবং মী ওইবা য়ারোই, তু-খোংদা থাদোকখো, মখোই অসিনা মরোল মরিল থোকপা মতমদা কুমজা পাজ অহুগী কুমদম নোংতাবা হৌওয়্নি খংনবা থুদম ওইনহৌরসম্ন।" অম্মুম্না হঙেঙাই হায়না মিংহুন্দুনা তুখোংদা মরম ৭ অহু থাদোকখ্রে। মতুংদা মখল অয়াম্বা শা, উচেক, শাম্‌, নোংশা, কৈ, ইরোই, শগোল, যণ, শন্দং, ওক, হামেং, হুই, খুম্নু, এল হৌদোং লৈকংদা লৈবা জীব মসক কয়ামুক, ঈশিংদা লৈব মশক কয়ামুক শাহুনা পুশিন্দুনা মিৎয়েং তাহলবদা

"পারি নংনা শাবা মসকপুম্বা অসি তাইবং মসক লেপ্পা য়াবা অমতা য়াওদে, মা মাগী মতিক মওম লোইনা তম্মীবা অসিনি। লৈকংদা লৈবনা লৈকংদা থাদোকলু, পারি নং অসি খঙেড় ইপানা, নতিকনওম নতমদি য়াওজদবা মুংঙাইবা অতোংবতা নংগী ওইজনিংবা ইচানি। ইগাগী মশিল মওম নত্তবদা থৌদা নোংদম্বু ইপানা তম্মুরমালে, নতিক নওম নত্রে, লাকও তাইবং মসক শেম্বা" হায়না কৌসিন্দুনা কংলৈ পুংদা লৈহল্লে।

# ওঁ অতিংঙা য়াইবীরেল সিদবগী ময়াথংদগী ওঁ অসিবা লাইনা তাইবং মসক সেম্বা

"পাগি চৈরহল অসিবা ইপানা য়াখল থেলবদগী থোকওমগ্রবা মালেমথক্তা তারিবা অসিবু ইপানা করম্না য়েংহনা লৈঙমসিবা; অসিবু তাইবং মসক ৭ তং সেমহনা ইপাদা উহল্ল খংহল্লু।"

মতুপ ৭ না তাহনা লৈবা অহবু গুরুনা য়েংবা মতমদা উওন্মি হায়বগী "উগ্রা", মফম অসিদা তাহনা লৈবা অসিবগী লাংওন শক্তি মতুপ ৭ পু লৌহনা সাথি "শামাং" মফম অসিবু "উগ্রা শামাং" য়াইবীরেল মেরুবনা তাইবংনা হ্রীঁ রীঁ শ্রীঁ গুরু অহুম অমুম্না মিংহনখি। অসিবা লাইনা গুরুগী নোংদম ফংবদা মতুপ ৭ অহনা তাইবং মীগী মসক পুথোকুনা সাগদবগী "কনাবু তম্না তাইবং মীগী মসক সেমসিবা" হায়না খন্দুনা কোয়না য়েংবদা অতিংঙা য়াইবীরেল সিদবগী সনা হকচাং ঐহাক হায়বা অহগী মসক ওইবা মহাক হায়বা মসক্তা মালেম থক্তা লৈওম্বহু উরে; মসক অহু উবদা "উম নোংদম অসিগী মতুংইন্না মসক অসি তম্না সেমসাবা তারে" হায়না মপুক্তা লেপলে। গুরুগী সনা হকচাং মণ্ডাম্না তাবা মসকপু তম্না সাবা মপুক্তা লেপখি হায়রহনা মফম অহবু "মীতমপুং" হায়না থোনগ্রে।

মতুপ ৭ অদুবু পুসন্দুনা তাইবং মসক সেম্লে। মফম অদুবু মাখোই মতুপ ৭ তগী তাইবং মসক সেম সাখিবা মফমনি হায়না "সেম্নপুং মসেমপুং হায়না থোল্লে। মতুং অদুদা লাই অসিবনা তাইবং মীগী মসক সাবা লোইরদুনা মসক ৭ প পুরকুনা অতিংঙা য়াইবীরেল সিদবগী মফমদা "সনা মিৎয়েং তাবিয়ু, নয়াথংবু ইন্না সেম সাবা লোইঙমজরে" হায়না পাওদম্মী।

## অঙ্গো অঙ্গা পান্নবা খোরাংবা

মসক ৭ পু উবদা গুরুনা হায় "পারি সনাহল অসিবা ইচানা সাঙম্নক্লিবা মসক অসি তাইবং মসক লেপ্পা য়াঙম্ননি; মসক ৭ অসিনা মথংলেম্না শমথনা পানঙমজবা ওন্ননি। অঙ্গো অঙ্গা পান্নবা তৌঙম্মু।"

তাইবং শাবা লোইরদুনা কংলে পুংদা পুসিন্দুনা গুরুনা মিৎয়েং তাদুনা তাইবং মসক লেপ্পা য়ারনি হায়দুনা লেপখিবা মফমনি হায়বগী মীরেপপুং থোনঙল্লে। অতিংঙা গুরুসিদবগী ময়াথং তাবদা অসিবা লাইনা "অঙ্গো অঙ্গা পালবদি গুরুনা নোংদম ওইবীয়ু হায়জখি!

মচাগী মন্না তাবদা ও অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা "পারি ইবুংঙো মুংঙাইদা, নংতনা ওম্বা নথৌ নওম অদুদা ঐবু ইচানা থাঙমলোইদবনী ইপাগীসু ইথৌ ইওম ইচানা তাকওম্বা অসি, ইচাগী ননিং থুংনবা ইপানা নতেং পাংলগে। মসক ৭ অসি সম্বোং গুরুং মুংম্নিং লমদা থমওম্মু" হায়না তাবপীরে।

তাকওম্বীবা ময়াথং মতুংইন্না মুং সিং পুবা শুরুংগী নক্রা মসক ৭ পু থম্ম; মাদুনা হৌরকনা "পারি সনাহল ঈসিংপুবা শুরুং ঈরমদগী লৌদুনা ঈরম তোংচম সেমদুনা চাপওম্মু ।"

অসিবনা চাপওয়ে, তাইবং মসক্কী য়েংলানা পাংনা থমওয়ে অমুক হৌরকনা "পারি থৌরন থৌরাংবা মেপুবা শুরুং মৈরমদগী মৈগী মসক ওইবা মওৈল্দগী হেন্না সাবা মসকপু লৌদুনা চাপওম্মু ।"

ময়াথং মতুংইন্না অসিবনা মৈগী মসক ওইবা মহাক্তগী হেন্না সাবা মসকপু লৌওম্লকুনা তাইবং মসক্কী থোইদবা পাংনা থম্লে । মতুং অছুদা ও অতিংঙা য়াইবীরেন সিদবনা মচাগী তৌওমদবা থৌরন থৌরাংবা উবনা পেন্নদুনা নহাক্কী মসক ৫ পুথোক্লগা "পারি সনাহল অসিগী মসক অমা ব্রাংগ্ন্নবা অসিদি নথৌদাং নওম্মী; নংমু লৈকিওন চংওম্লকউ ।" হায়রম্লগা তাইবং মসক ৭ অছুগী লুমাই কৌকাসল্লা হৌরকী খুদোম্বীনা মমদুনা খুনাওবীগী খুজিন্না থায়দুনা সক্তি মসক ৫ লোইননা চংথ্রে । ক্লীং সক্তিনা থোইদৌগী মথক থজিল লাইপক মকন ২ বু থমুনা লৈরে । অনঙ্গ উনঙ্গ অনিগী মসক্কা মিং ২ দা থমুনা লৈরে । অজ ২গী মসক্কা নাথাং, নাতোন চিন্নবান লৈয়েং থোনাও মফম ৫ তুনা লৈরক্লে । শ্রী হায়বা মসক্কা সাদোন অনি থোংজাবী তুনা থবাক্ত লৈওম্লে । হ্রী ক্লী হুঁ ঐঁ মসক ৪ না সদোন, থম্মোই ইঙ্গলা পিঙ্গলা শুষুম্না সিংদি ওবু সোকনা পুদুনা লৈরক্লে । যঁ হাঁ চীঁ মসক্কা শুষুম্না সোক্না কুণ্ডলিনিদা লৈথ্রে । শক্তি পূর্ণবা অসিনা মফম থুদিংদা ফম্বাল লাংদুনা লৈরবা মক্তদা অঙ্গো অঙ্গা ৮ নবা য়াওমদ্রে ।

## ওঁ অসিবা লাইনা তাইবং মসক্তা চংবা অঙ্গা অঙ্গো পানবা

অসিবা লাইনা মহাক্কগী মসক ৩ পুখোক্লে ( মাহুদি মঙাং লুরাং, থুমল ) হিঁং রিং শীং কৌবা মসক ৩ মকপু পুরুনজরিঃ সনা এনসিদবা গুরু ভরেংবা মোংবা বীজগী হৈরোং মথাদা মরম পুন্বা ভাংনসি, হ র স অহুম লেংকদে ঐ চংজরক্লে" হায়হুনা অসিবা লাইনা খোইজি✽ খাদগী তরৈ হংসং লৈপুনবা নঁ সঁ হায়না খোইদৌ মথাদা লৈহুনা শৌজ খোংদগী শাজুম্বগী ময়াইদা হ র স অহুমম্মক্কী মরক খাইনা থুপ্পুনা লৈঙম্বা মতমদা অঙ্গো অঙ্গা পান্দুনা তিংলি য়াংলিরে হাকাম চল, হাকথি খন্দুনা লৈঙয়ে।

তাইবং মীগী হকচাং মনুংদা লৈবা লাইগী মসক মহাক মহাক্কী য়াইবীরেল মেরুবা ভমদাই মিংথে মসক অসি থংনা ভমদাইরবদি পুন্সি মুংসাং য়ানি।

( তাইবং মসক ৭ অহুগী হকচাং মনুংদা লৈবা মসক ) তাইবং ৭ অসিবু অসিবা লাইনা সেম সাগদবগী য়াথল তৌবদা মালেম থক্তা গুরু অহুমগী মসক ওইবা সেনথা মতাও কৌবা শায়া ব্রহ্মনা তাহুনা লৈববু তম্না তাইবং পোংখাংনবু সেম্বদগী মী মসক কৌরে। সেম্বা মতাও কৌবা শায়া ব্রহ্ম অসিগী মচাক মউ ওইবা থকচিন্দা থম্মী। মউ লেমফু ৬ লৈকা ১১ সেমহুনা

---

✽ খুজিন খাদগী অম্বুম তাহোই। ইজবদদি মথক্কী অম্বুমাইজরে।

থোংলোন ৯ ফাত্তুনা শিংলিনা সো ব্রাইথুগী মসক ওইতুনা শক্তি মসক পুম্ববু থোকখিদনবা কন্না লোন্দুনা থম্মী। থোইদাগী খুদোল ৫ কাখৎলগা অতিংঙা য়াইবীরেল সিদবনা সনা ফম্বাল ওই; মহাক্তি বুদ্ধি কোবা ঈশ্বরগী মসক্নী। থোইখা খুদোল মথাইগী ময়াদা লৈসিরেন্না সনা ফম্বাল ওই। য়াইবীরেল মেরুবনা ওঁ যাইবী সিদবা তিল্লক্রুবী হ্রুঁ ঈরৈমগী মসক্নি। পাখংবনা ওইগী খুিং মথাদগী চংলক্কুনা থোইগী মথক্তা খুদোল ২ কানা সানাফম ওইতুনা লৈ; মেরুবনা ক্লীঁ জ্ঞান কোবা ঈশ্বরনি "মীহিং তরৈবা" কৌই। সনা থোংনাং লৈমনা থুৎকি খুজেং খুবী মরু তমনা চংলক্কুনা থোইরি নাওদিং এৎ ওইদা সানাফম ওইতুনা থোইমখা য়েৎলোন পাংনা লাক্কুনা কমথোংতম্না থুংতুনা লাংবুং হায়বা মফমদা সনা ফম্বাল ওই মেরুববু ওঁ দ্রীঁ স্রোঁ হ্রোঁ ঈরৈমগী মসক্নী। ওঁ অসিবা লাই ভাইবংমী সেম্বা মতাও শেম্বনা খুজিন খাদগী হৌনা চংলক্কুনা থোই নখা খুদোল ৩ কুম্বা মফম অসিদা সনা ফম্বাল লাংলগা হকচাংগী মফম খুদিংমক্তা সান্নফম ওইতুনা মসক পুম্নকপু ওইনা লৈওন্মী। থোইদগী খুদোল মঙা কানা লৈরিবা ওঁ অতিংঙা য়াইবীরেল সিদবগী মসকনা ওইবা বুদ্ধি কৌবা ঈশ্বরগী সনা ফম্বাল ফাংথোং কোইবা ওইতুনা মফম খুদিংমক শোকনা লৈ। মৈ ঈশিং মুংশিংকী মসকপু মানা ওই। মিৎ, নাকোং লাইপক, খুজেং, থকচিন, থোমখা, ডকসম লাকা, থোইদৌ মখা য়েৎকি খুজিনখা অসিনচিংবা সিম্বুংনা লৈ। অতিংঙা য়াইবীরেল সিদবগী ময়াথং পুতুনা লাই মথোই খিবিকনা মাগী

শিন্না পুন্না লৈবগী মিংলেন মেরুবনা তরে হংশং কৌই। ও অতিংঙ: য়াইবীরেন সিদবা নৈসিংবেন লৈপনবা ও অসিবা অহুমনা তিন্নবা লৈবা মেরুববু সনা লৈহিং শং শং লৈপনবা কৌই।

ওরাহুমদোই শুবা

লাংগুল তাইবং খুন্দা অহানবা ওরাং কৌক্ৰ
অমুম্না চারি পান্দো লিংথিবা নোংদম মউ থাখিবগী
অহানবা থৌরিমদগী খুনম থমথিবা।

তাইবং মসক ৭না মালেমথক্তা সনাগী থরো থম্বাল সাংলেনমনা লৈওম্বা অহুবু লৈবাক অসিগী লাই পুমমকনা কোইসিন্না কমহুনা মানা মানা পাম্বা বাইনা মসক ৭ কী মতিক মডাল হায়মহুনা য়েংনরকই। লাইথিবিকী মরক্তগী তাইবং নিংথৌ ওইগদবা পাম্বা নিংথৌনা মরক অহুদগী চংখিহুনা মসক ৭ কী মকোক থংবা নায়া অহুবু মালেম থক্তগী লৌথংলগা ফেবমনা পামহুনা কংলে পুম্নাইয়োন্দগী মপালথোংদা থোক্তনা মালেম থক্তা কম্নগা তিলুক মাইয়োকহুনা কংলৈগী লাংওল তেংবাংনবা হায়হুনা সিন্নহুনা লাংওল নায়া অহুগা মুংঙাইমিন্নহুনা লৈমিন্নরে। মফম অহুবু লাংওল তাইবং অহানবা তিলুক ওকপুং মফম অসিদা য়ুম অমা সাহুনা থম্মী — য়ুম অহুগী মমিংবু ওকশং মেরুববু সং কৌ হায়না তমখি।

পাথংবনা তাইবংনিংথৌ ওইগদবগী মতৌ অদু উবদা লাইয়াম পুন্নমক ওল্লদুনা কোয়মা য়েংনদুনা লৈঙমী। মদু উবদা অসিবা লাইনা য়েংবদা মনাওনা থৌরাংবা অদু উদুনা মনাওগী মনাক তম্না থোরকই। ময়াম্বনা লাকপা অদু উবদা তাইবং নিংথৌ ওইগদবা পাথংবনা নাব্রা শৈদম শৈরেংদ্রিবা অদুবু পুদুনা মাইকৈ লাকপা ওমদনা কোইনা চেনখ্রে।

অসিবা লাইনা "হি করিনো! পাথংবা নিংথৌনা লৈবা অদুবু মফম অসিব্রাইদনি, অদুগা করিনো মাদি লৈতেনা, ঐনা নিংবা লম্বী থৌরাং কাইরেদনা; মাগা তিলুক ওইগে হায়রিবোরে" হায়না ব্রাখল ওাইহাক তৌওয়্রগা হায় "মফম অসিদা ঐনা ইনাওবু উনদুনা তাইবং নাব্রা অদুগী ময়াইক মুংঙাই নোংদম ব্রা খরা ডাংনগে থোকওয়কপা অসিদি থুওওবা ওইদ্রেদনা, মফম অসিদি নিংবা থুংহন্দবা ওম্বা মফম ওইরে, অসিদা চংবা শোকপা য়াদ্রে খংনবা লম্বী থনমদ্রবদি তাইবং পালওয়কপা মতম্দা চংও পায়রুদুনা মশাগী মতিক মঙান পুম্বা মাংনব্রনি, মাসিদি ওইদবা চৈথেংপুং হায়বদুনি হায়দুনা মফম অদুবু অসিবা লাই মহাক্লা মফম অদুদা থৌরাং নোংদম পিওমগে লাকলপু নাব্রা অঙ্গো অঙ্গা পানবদা ওাইবনা লৈরমদদুনা নিংলকপা থৌরাং অদু থুংদনা কাইদুনা তোকখিবা — নিংবা থুংদাপুং নিংথৌ ওইদপুং হায়না খংনখি।

## প্তাখংববু কোইনা থিহুনা উনবা।

## কৌরুচীংদা অঙাংগী খুবম খঙ্গা-নুমিৎ হুম্‌নি শুরদা।

পাখংবা নিংথৌনা মারাবু পুহুনা মাইকৈ মক্ষম খংদনা মাংখিবা অহুদা লাইয়াম পুম্বনা পাখংবগী হৈনা খেংগুন লীহুনা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈবাক্তী চিরা চিথেক ৪ শিন্না চত্তুনা কোইনা থিডম্নে। লাইয়াম্না কোইনা থিরকলিবা অসি পাখংবনা খঙডা উরহুনা লৈবাক্তী চিরা ৪ দা কোইনা শাম্নরম্বদগী অঙাংগী লোংদম্বু লাইনা হ্বালখ্রগনি হায়হুনা অরাং কৌনাচীংথক্তা কাহুনা অঙাংবু রৌহ্নমথক্তা লোংনা হিপহন্দুনা লৈগ্রে। লাইশিংনা কোইনা থিরকপদা মুমিৎ ৩নি শুবা মুমিত্তা থেংএং চীংদোম্না পাখংবা নিংথৌগা তিন্নুক কম্বাল লাংদনা লৈরম্বা অহুদা পাখংবগী পুক্নিং অহুবু উহুনা "নিংথৌ ওইবগা ল্যাংওল নাবা অসিগনা মসক অমত্তা ওইনা লেপ্পসি নারা হুমনিদা ডাইরিবা অসিগীদমক মুম অমুক তোপ্পা লিংওয়মুসি, মক্ষম অসিদা নারা অসি লৈওমজবা ওমজনবা ঐখোই পুম্বনা নাবা কোম্নোই লিয়োল ওমহুনা প্যারুঙ্গবা থৌরাংসি।" ভাংনহুনা চীংগী চীংদোম্দা অঙাংগী শারকম শেমগৎলক্লে।

(অরাং কৌনচীংদা লাংওম তাইবং খুম্বো কহনবা)

লোইবা খেজ্রুম মস্তোন্দা অঙৌবা থাকল মখোল ৭ খম্নুনা মাইকৈ ৪ অকোইবদা অঙাংবা ফিরাল য়ুংহুনা নারা হুমনিগী তুববু অঙৌবা থাকলগী মখাদা অঙাংবা ফিরাল মরকতা নারাবু ল্যোংনা হিপহন্দুনা কোলোই মিংহল তম্নক্লে।

( কৌনা থেংগ্রুং মথক্তা লাংওল খুবম থম্বা )

"অল্লাং কৌনা থেঙ্গ্রুং অম্বুম্বা লৈফুরেল খুন্দা অহালবা চারি মপাল থাখিবা নোংদম মউ লিংবিবা, নাল্লা কোরৌ মুমিং হুম্নীদা ঙাইরিবনা ল্লায়েল নোংদমনবু পাল্লিবা; মপা কনাগী মচানো; মমা কনানা পোকপনো, হয়িহে ল্লাহা, লাইনা থাবা চারিনি, নোংদমগী মউ লিংবনি। তাইবং লাংওল শেম্বনি, লৈতা খুন্দা হানবনি; হয়িহে ল্লাহা."

নল্লা হুম্নীদা ঙাইবনা পানজহৌই থংনবা অঙাং কোলোই মমিংনা ওঁ চিংরিং মিংহুল্লে; হয়িহে ল্লাহা, শেম্বা মতাও অসিবনা লাংওল শেমজবা নাল্লা অঙ্গো অঙ্গাদা পানবদা ঙাইববু লাই ন্নিপা পুম্বনা খুজেং পালোইননা কোয়শিন্দুনা কোলোই মিংহুল শোন্দুনা লিয়োল ইশৈ শক্লখি। লাইয়াম্বা লিয়োন ইশৈ শক্তুনা অঙাংবু লংনহুনা কোলোই মিংহুল তমলিঙৈদা অসিবা লাইনা নাল্লা অপিশক অহৃগী শাল্লকম ওইজনবা হায়হুনা খুদক্তা পুখিং অমা তৌহুনা লোইশিন্দুনা থম্মী। পুখিং অমা তৌথিবা উবদা লৈসিরেন লৈপুনবী থেম্বা চম্লনা মহাক্তগী লাইজ ইশিংবু পুথোক্তুনা পুখিং লৈমাইচোম্না তনিক তনিক তৌনা লৈহল্লি। লাইজ ইতুংবা উবদা সনা খোনাংলৈমনা ইশিং মম্মুংদা চোংথাখিহুনা ময়াইদা ফাওগংলক্তুনা ম্নাগী থম্বাল ওইনা শাংহল্লি। লৈরাংনা লকা ফল্লা শাওুনা নাল্লা হুম্নী গুববু চিংনা চিংনা য়েংহুনা নাল্লা নাওকোনজগে হায়বগুম্না খুদক অহুদা লৈরক্লে। থম্বাম্না লৈকা ফম্না শাংপদা নাল্লা হুমনিদা ঙাইরিবনা মিংথমফম্বু ওইহুনা

পলেমগী ফৈরাথক্তা ফম্বাল লাংলগা নংথরকপ খোম্নাং অমৃত য়াবগুম য়াহ্নুনা খেক্লা শেক্লা নোক্তুনা মথু মথক্তা য়েত্নুনা অরাম্বা খৌরাংবা খংদনা শান্নত্নুনা লৈরকলে।

(লাওল তাইবং মসক ৬পু মিংহুন্দুনা মশাগী মথৌ মঙম হায়্না)

অঙাং অসিগী মতৌ উবদা লাই মাখোইখিবিক্লা পেল্লত্নুনা মানা মানা তৌবা ওম্বা শক্তি লাংওল অয়াম্বা অঙাংগী মফমদা পীঙমত্নুনা অব্রাংথেংঙ্; অস্নুপপা লৈফুরেন খুন্দা অহালব লাংওন লৈময়োল খুম্হোকপা হায়না মফম অত্নুদা থমত্নুনা লাইয়াম পুম্বা কংলৈ পুংমায়োন্দা হল্লক্লে।

হুঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা “পাঁরি সনাইল অসিবা লাংওল ১দি ননাও পাথংবা নিংথৌগী ওইখে ; লৈহিবা মসক ৬ অত্নু লৌশিল্লু, মসক মমিং নাইনা মিহুন্দুনা মা মাগী মথৌ মঙম পীঙমগে।”

গুরুগী য়াথং মতুংইন্না অসিবা লাইনা মুংশিংলম গুরুং মপান্দগী অঙ্গা অঙ্গো লাংওন মশক ৬ পু লৌরুত্নুনা মীরেপপুংদা পুরক্নুনা থম্লগা গুরুবু মিংথ্নেং তাহনখি। ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা “মসক ৬ না পাথংবা নিংথৌগী প্রজা ওইত্নুনা নিংথৌগীদমক লেপ্তুনা লৈঙম্মু ; নিংথৌ ওইবা পাথংবা নংনা মখোই খিবিক্কী য়াইফ নোংদম পিঙমত্নুনা মখোই মসক ৭ না কংলৈ লৈপাক অসিদা লৈঙমগদবনি, অত্নুগা মখোই ৬ মক অসিদি শক্তি লাংওল মথং অনি গুবদা মীতম্বা নংদি নমিং ইঙৌগ্নাবা মৈরুবা মিংলৈম্না কুপ কোপো কৌবা তাইবং সমথগদবা মসকপু ওইত্নুনা নোংপোক

লৈহৌচীংদা পানওম্মু মাইকৈ অসিগী মথৌ মওম নংনা থৌদা নোংদম ওইদনা। অতুগা অতুমগুবা লাংওল শক্তি মসক্কা নমিং 'আশনবা" মেকুবনা "তেদে" হায়না মখারমদা লৈঙম্মু, মাইকৈ অতুগী থৌদা নোংদম ওইদনা। (৪) মথং নংনা 'ইমুরাবা' কৌতুনা মেকুবনা তাং" কৌবা মসক ওইতুনা থেংগুম চীংদোল পাংবা মাইকৈগী থৌদা নোংদম্বা ওইতুনা লৈকরো। (৫) মথং নংগী মিংলেন্না "খেমানবা কংদিরোং" হায়না নোংপোক খা মৈরম স্থপ্না লৈকরো রায়েল থৌদা নোংদমতুনা। (৬) মথং লাংওল শক্তি নংনা "মুরাং" মেকুবনা "রোং" কৌবা মসকপু ওইতুনা থাংহি ভাংভোই চীংলম পাংবা মাইকৈদা রায়েল নোংদম থৌদা থোপ্পুবা ওইনা পানওম্মু। মথংলোম্বা লাংওল মসকনা লেপখিবা নংদি কোলোই মিংহুন্না "চেংলৈভৌবা" য়াইবিরেল মিংহুন্না "হেঁা" মসকপু নংনা ওইতুনা চাংয়াং তময়াং কোইবা অসি নোংদম থৌদাবা ওইনা লৈঙম্মু। অতুগা নসা পুম্বা পুমতিং তিংনা মালেম থক্তা কোংয়াং চৈনা তাবগুম্না পোক্লকপা নসক খংনবা মৌতিংঙু পাংখংবা মিংথোলশি। য়াইবিবেন মেকুবনা "দিতারং" মসক্কি।

ভরামরি শুবা

## মীতিংগু পাখংবা নিংথৌ ফম্বাল তোংবা।

মীতিংগু পাখংবা নিংথৌগী প্রজা ওইবা নখোই ৬ কি মসক মিংহুল অমত্তুদা মীতিং প্রজা ওইবা মিংলেন অসিনা মসক ৬ নখোইবু খংনহুনা লৈপাক অসিদা মসক ৭ অসিনা লেপ্তুনা পানবা নখোই ৬ কি ব্রায়েল খৌদাবা নিংথৌনা মীতিংগু পাখংবা কংলৈ পানবনা ওইনা মথংলেংনা লৈনারো। মীতিং শাখা ৬না পাখংবা নিংথৌগী প্রজা অওম্বা ওইহুনা আশাই অশম্বা চোং শেকপিন থান্দুনা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈপাক্তা মুমিংকি শাগৈ (সুর্য্যবংশ) নিংথৌ তাংগম্বা ওইনা লেপ্তুনা নিংথৌ ফম্বাল তোংলে। ইবেম্মা সনা খোংনাং লৈমানা নিংথৌগী ওইথংবা মাইকৈদা ফম্বাল লাংহুনা মহারানী হাপলে। নিংথৌ ফম্বাল মিংলেনবু "দিতরং" মহারাণীগী ফম্বাল মিংলেনবু "তরৈহংসং দিতরং তরৈশং রাঁ" হায়না নিংথৌ মহারাণী অনিবু নাওম্নম্নহুনা ফম্বাল ফমহুনা কংলৈ পুংমাইয়োল লৈপাক শাখা শলাই ৭ নিংথৌ পানবা হৌরে।।॥।।

লৈবাক নিংথৌপানবা মসক্কা লেপ্পবা অসিদা ও অতিংগা য়াইবিরেল সিদবা গুরুনা অসিবা মচাগী মফমদা "পারি চরৈ অহনবা ননাও ভাইবং নিংথৌ পাখংবা অসিবু কংলৈ পুংমাইয়োল অসিদা ইচানা শেমগম থমগমলিবা খুবম অসিবু মশক মমিং

খংনবা ইচানা ননাওদা তাকওম্বীয়ু। ইচানা খুবম শেম্বদা তুরম লাইরম, লাইরম তিল্লম, খোংলম তাইওন্নখিবা লৈরবস্মু তুথৈ তুম্মীহ্নুনা শেম্বীনবা তৌজম্বীরো। লৈপাক অসিদা পানবা নিংথৌদি ইচানা শেম শাখিবা কংলৈ নত্তবা মফমদা নিংথৌ কোম্নুং শেমফরোই। নিংথৌ ওইবা মহাক্না মফম অসিদা লৈবা খুবস্মু মশকখংনা চেকশিন্না থমজগদবনি। লৈপাক্কী থৌদোক লাংথোক অন্না অনা লাকওম্লবদা খুবম নশক খংনা অমাইবা অমাইবীনা থৌরম মওং চুম্না লৈতাই ওমদাই লাংদাইনবা পুরুম ইরাৎ থৌনিরগা অনা তিনকোকপা, অন্না লৈথম লাইকোক্নুনা সুংঙাই য়াইবী মরা তম্না পানজবা ওমগদবা মওম মশিন তম্না ইচানা নহাক্কী লৌথোক্নুনা শেম শাহ্নুনা কংলৈ পুংমাইয়োল্দা মউ উরাংথম্বা খুবম অসিবু খংদনা ননাওবু কমদৌনা পানবা ওমগদরিবা মরম পূম্বা খংদবা য়াদবা ঙাক্তনি।

ওঁ অসিবা লাইনা পাখংবা নিংথৌদা তাকপা॥
কংলৈ পুংমাইয়োল মন্নুংদা লৈবা খুবম মশক খংনবা থৌরাংবদা অসিবা লাইগী ফম্লেল মিংহ্নল তম্বা।

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগী ময়াথংবু তাবদা ওঁ অসিবা লাইনা "তাকওম্বী নয়াথং অচুম্বনি। অহুদা খুবম অসিবু নচানা লৈশেম্বদা হয়িচক অসিগী ঙাক্তা মিংহ্নন্দুনা শেম্বা ঙাক্তা ওইঙমখিদ্রে॥ মতম মতম অহুগী থৌরম থৌদোক মতুং ইন্না

মিংহন্দুনা লৈতাই ঙমদ্রাইফম্বু লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবী মহৈ অসিং অহুন মরা তাবনা থিঙমজনা খুবম মিংহুন তমববু য়াইফ মুংঙাই প্যানুঙমবা ঙমদ্রাই লৈতাইনরা মশক ওইনা শেমমে। চক অসিগীদি গুরু লৈরি খঞ্জরদগী — মসিবু মুতম অসিদা করম্না হায়ুঙম তাকঙমুজো হায়বনো, নয়াথংবু অমুক্তা মরম পুম্বা কাইদনা তাকঙুম্বীয়ু নয়াথং ।।

প্রজাগী মরা অবদা ওঁ অভিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা তাংজ-লুক্তা রাংলেল মিকুপ মর্তাগী য়াখল খল্লুরগা "পারি চরৈ অহুলবা মরম পুম্বা খঙেও। অহুবু লম্বী পুম্বা অসিদি লৈবাক অসিদা প্যানবা নিংথৌনা খংনবা থিজনদবা য়াবা মরমসু নত্তে, নিংথৌ প্রজাগী মুংঙাই য়াইফনবা মরা তপ্না পানঙমজনবা ঙমদাই লৈতাই থৌনি ইরাং পুরুম লৈপাই লম্বী পুম্বা খংবা ঙম্বা মসক সংলেল ফম্বাল রা রায়েল থৌদা নোংদম্বা মাই-পুরেল লুচিংবা হায়বা মশক অহু ঙসিদগী ইচানা ওইহনা হয়িচক, হয়া চক, খুনচক অমসুং লাংবচক চক ৪ অসিদা নংনা থোকঙমহনা নিংথৌ প্রজাগী য়াইফনবা শেমঙম্বীবা মশক অহু পারি নংনা ননাওগীদমক ওইঙম্বীরো। পারি নংনা রায়েলসংদা ফম্বাল লাংহনা মিংলেন্না "খাংজেংনহা" য়াইবিরেন্না "ওঁ ও হ্রীং ক্লীং শ্লীং শ্রীহরি মঞ্জুরি আনঙ্গ তনঙ্গ হরি বিন্দু নাম ক্লীং" হায়না লৈবীয়ু। কংলৈমেন্দা লৈঙম্বীয়ু মিংলেনবু "গুরু মিরেন চন্দ্র কংলা মেন শাংলেন পুবা" হায়না লৈঙমু। নংনা লৈবা য়াইবিরেন্না "ওঁ হ্রিং স্না থাং মনিক অঁ ও র র"। মফম মওং য়েংহনা মেন ফম্বাল শংলেল শাঙমসনু। লৈপাকে

অসিগী নিংথৌনা লৈনবা মকমদা পারি' নংনা লৈবিয়ু। নংগী ফিজুপ, মওং, থিদুনা মসাইকোল মযুম লাংবু লৌনজসদু না পাগ্রি নংগী মচান্নেনবু ওক মিরেনচন্দ্র সনা সঙ্গাই কয়ানবা য়াইথিরেন্না নোংপোক মথা মোইরাং কোইব্র অরাংশ হ ম স হরি হরি শ্রী ত্রী রাম রাম (চিংথৈ মেরম) হ্রী ক্লীং শঙ্গাই মনুংদনা হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ ২ হরে হরে হরে রাম রাম রাম হরে হরে হায়না শক্তি মশক অসি ওইনা লৈঙম্বীয়ু। মুংকে অনিগী মরক্তা লৈদুনা লৈপাক্কী থৌওং য়েংদুনা লৈঙম্বীয়ু মিংলেনবু "মুংকে হনবা" মেরুবা য়াইবিরেন্না "শ্রী হ্রী শ্লী ভ্রী দ্রী" হায়না শঙ্গাই শম্বোং মাংশোক লাংদা হায়জ-মিজ-চংজফম ওইবিদনা মিংলেনবু নহাক মহাক মহিরেন্না ওঁ ক্লীঁ ওঁ গ্রীঁ গ্রীঁ ক্লীঁ গ্রীঁ গ্রীঁ শ্লীঁ শ্লীঁ গ্রীঁ য়াইবিরেন ওইদুনা "মহি বৃন্দা মহিরেন মঞ্জুরি মহিরেন অথুপ্পা মহি সনারেম্ব খরমহি মহিতা মহিরেন হো মহি র মহি স মহি অঙ্গ অনঙ্গ মহিরেন অনঙ্গ মহিরেন" কৌদুনা চক ৪ মক্তা সিন্দুনা শংলেন হনরা অমাইবা পুরেন (বৈদ্যনয়ান) ওইদুনা মরম পুম্বা ত্যাকপ্পীদুনা তাইবী ওমদাইবীদুনা লৈঙম্বীরো।

— x —

তরামণ্ডাওবা শরুক

## ওঁ অসিবা লাইনা পাথংবা নিংথৌগী মকমদা কংলৈ পুংমাইয়োল পাকল লোনজা অরিবনা তুবী লৈরোং শানা পনণ্ডাকপা য়ায়েল হায়হৈদবরু ময়াথংদগী তাকপা

গুরুগী য়াথং অসি তাবদা অসিবা লাইনা তাকওঙ্বীবা ময়াথং ইয়া তৌওমত্রবা য়াত্রেনা—গুরুনা ইশানৌ তাইবং নিংথৌ ওইরগদবা অসিগীদমক সনা পুক্লিংদা য়াপ্রবোয়ে। ময়াথং মতুং ইয়া ঐ তাকওঙ্বা তারে” খন্দুনা মরম পুথা তাকওয়বা মনাওবু কৌথোকলে।

“ইশানৌ তাইবংনিংথৌ ওইওয়কদবা পাথংবা লৈয়ুংলোনজা অরিবা লৈবাক অসিদা লৈবা থুবম মসক মমিং শিজিন্নগদবা থৌরম অহু অভিংঙা য়াইবিরেল সিদবগী ময়াথং মতুংইয়া ইনাওগী নকমদা য়ামনা অহুক থংওম্বা শাহনা তাকওমগে; মকম থুদিং ইচিল ইনাও অহুক কোইনা চত্তুনা য়েংওয়সি” হায়না পাথংবা নিংথৌগী থুজেংপালোইননা কোইনা পুহনা থুবম মসক থৌরম তাকপা হৌখি।

১। অকোইপুং— ইশানৌ ইবুঙেঙা তাইবং নিংথৌ শমথনা পানওমগদব। অভিংঙা য়াইবি--সিদবনা ইমা লৈপুনবীগা অনিমক্লা লাংওল থরা শামক্লমগা, ইমা লৈশিয়েন লৈপুনবীনা

নিংশিংতুনা কংলৈ পুংমায়োল হায়বা লৈপাক অসিবু শেমগত্তুনা চিঙঙ্ লাইগী খুবম্নু থমহুনা তাইবংশমথনা পানবা য়ানবা মরম্নু শেয়ম্বা য়াগদরা হায়না মফম অসিদা লেপ্তুনা মাইকৈ মরি শুংদাই ৪ শিম্না কোইনা য়েংভি। অকোইপুং—মফম অসিদা গুরু অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা লৈরনি। নংনা হুংজনিংবা হুংঙমজো। মহাক নহাক ঐহাক্কী লৈফমনি

২। খুম্বোকয়াই. খুম্বোকয়াই— অকোইপুংদগী থোরকুনা মফম অসিদা অনিমক্না ফমহুনা লৈপাক অসিদা লৈবা তারে হায়না লেপ্লহুনা লেঙিঙ পাল্লিবা অচৎ চত্তা পূম্বনা খংহৌ-নবা হায়হুনা মফম অসিদা থোকুনা মাইকৈ লাই-পাখংবা ৮ গা উনহুনা খুম্বোকপা হৌই। মফম অসিদা নিংথৌ নংনা তৌগদবা থবকপূম্বা লেপ্লগনি, থৌরম পূম্বা শিনগনি।

৩। শঙ্গাই ইম্ফম, শঙ্গাই য়ুম্ফম— লাই নিপা নিপী পুম্নমক্না তাম্নহুনা অনিমক্কী লৈনবা মফম শেয়ে। শঙ্গাই য়ুম্ফম হায়না মফম অসিদা নিংথৌ ওইবা নংনা লৈনবা মফম শেমগনি। কংলা শেম্বা লাইগী হুকচাংনি।

৪। নোংলেনপুং, নোংলেনপুং—মফম অসিদা লাইমুপা মুগী ভিন্দুনা নিংথৌ মহারাণী হাপ্লবা মরমদা নোংমা চুপ্ল রা তাম্নহুনা খরৈ। মতুংদা খম্নবা লোইহুনা ও অতিংঙা য়াইবীরেল শিদবগা লৈশিরেন লৈপূনবীগা অনিবু নিংথৌ মহারাণী হাপ্তুনা—মাথোইনা প্রজা ওইনা লৈরম্বা অসিগী

মরমদা খন্নথিবা মকমনি। নোংলেনপ ুং—নিংথৌ ওইবা নিংনা করিগুম্বদা থৌরম অকনবা অমা তৌবা তারবদি মফম অসিদা অহে অসিংগী। লোইননা খন্নহুনা থৌরম অছু লেপ্লজৌ। নপ ুক মপ ুক হোংবা হৌনরোই। লৈপাক মরা তপ ্ পালঙমজ্জনিংলবদি প ুরুম চুকফা লৈফাজৌ। মফম অসিদা মাদি নোংলেনচিংশু মহাক্নি।

খোংশংগুরু, খোংশংগুরু—মফম অসি কংলা সেম্বা লাইগী মনাতোম্নি। মফম অসিদা মৈ, ঈশিং প ুবা মুংশিং থোকই। অচিকপা, অয়িংবা, অশাবা মতমখাইনা শ্বরগী মতৌগুম্না হোন্দোক হোপ্তিল শান্নহুনা লৈ। নিংথৌ মহারাণী অনিগী ফম্বাল তোংফমনি। মফম অসিদা ফমত্রিবা নিংথৌদি লৈপাক ঙাকপা কৌই। প ুন্সি নোংদম চাংদম্নফম ওইবা মেনর্বর য়াংবী হায়নস্থ কৌই। নিংথৌ মহারাণী অনিগী ফম্বাল মিংহুনবু মফম অসিদা থোমগনি।

৬। শিদবা উপাল, শিদবা উপ্পাল—মফম অসিদা অতিংঙা গুরু য়াইবিরেল সিদবনা লেপ্পুনা লৈপাক অসিগী লাইগী থুবম শেম্নবা হায়বগী লাংঙল শক্তি প ুথোকলবগী প ুক্নিং য়াথল তৌহুনা লৈবা মফমনি।

৭। থাপুং, থাপ ুং—মফম অসিনা নয়াম্বা এইন গুরুনা প ুথোকপা মতমদা লৈখিবনি।

৮। ন্নুমিৎপ ুং, ন্নুমিৎপুং— হায়বা মফম অসিদা ঈশানৌ নংবু গুরুনা প ুথোকপা মভমদা পাথংবা নংনা লৈখিবা মফমনি।

৯। কোকপ ুং, কোকপ ুং— অসি কুরুম চীংগী উরাংনি। মেরুবনা থেংগ্র ুম উরাং হায়না কৌবনি। মেরুবনা উঁং চিং রিং কৌবনি। লাংবচক (কলিযুগ) গুইরকলবদা ভানুমতিনা নোংলুম্বু কোনবদা তাইবং মশক ওলবা ঙমত্রবদা লৈকক লৈয়ারেনবীনা অমুক কোনহন্দুনা চাংদম য়েংলগদবা মফম্নি।

১০। লাংপ ুং, লাংপুং—মফম অসিনা ইশানৌ নংনা লাংওল ফমলেন লুচিংতান্নবা শান্নবা মফম কুরুমচীং খুবমগী মউ উরাং ঙৌফম্নী; মেরুবনা উঁং রিং কৌবনি। লাংবচক্রা লাজোনচীং কৌনরনি।

১১। ন্নুংশিৎপ ুং, ন্নুংশিৎপ ুং— মফম অসি থাংহি ভাংঙোই চীংগী মউ উরাংনি, মেরুবনা ওঁ হিংস সৎ হিং হায়না নাওথেম নাওগুম্নবনি।

১২। ঈশিংপ ুং, ঈশিংপুং—মফম অসি তুরৈ খোংলম (তৃথগী) মরু পুম্বগী, ভাপ্রম চীংচেংগী মউ লেম্ফ ু উরাংনি, মেরুবনা ওঁ নোঁং হোঁং কৌবনি।

১৩। ফমতোংফম, ফমতোংফম— হায়বদি কুচু কৌই। মাসিদি কংলৈ প ুম্নাইরোল শেম্বা লাইগী মচি চিরকনি।

মফম অসিদা রায়েলশং শাগনি। লৈবাকী অসাই অসমনা রায়েল থোঙমলক্রুবদা নিংথৌ নংনা শংলেন অত্থুগী ময়াইদা ফম্বাল লাংও, ওইদা অসাই অসম্না থৌগল ফম্বাল লাংনা নিংথৌ ওইবনা রায়েল নোংদমফম্নী।

১৪। ঈপুং, ঈপুং— মফম অসি ঈরম খোংলম্ পুম্নগী মউ উন্নাংনি। লাংবচক্কী চৈকোক হয়িচকী প্পান্দোমদা মীং হুল্লগদবা হিয়াংথাং চীংগী মউ লেম্ফু ওইবুনি। মেরুবনা "ওঁ হুঁ রোঁং রীঁ স্বাহা" "ওঁ ক্রীঁ রোঁং হোং স্বাহা" হায়না নাওশুম নাওথেমগনি।

১৫। থাপুং, থাপুং— থাবাপুং কৌই। মফম অসিদা লাইকোম্নুং থাকপা থুবমগা মউ উন্নাং অমত্তনি। লাংবচক্কা মিংহুলবা কারোক থোংগম্ মউ উন্নাং অমত্তা ওইগনি।

১৬। হয়েংপুং, হয়েংপুং— মফম অসিদা মতিক মঙম হৈঙম শিংঙম্নবা লৈপাই চাংয়েংফম্নী। লাংবচক্কা মিংহুল্লগদবা হৈপোপচীং লাংথবান ফমলেনগা অমত্তনি।

১৭। লাইগী নোংদম চাংয়েংপুং, লাইগী নোংদম চাংয়েংপুং— লাইগী নোংদম চাংয়েংফম কৌই। মফম অসিদা ইশানৌ নংনা চাক ওইনহনা হংবা হায়বা অমত্তা ত্রাবা থুম্বা জোদনা ওহোইনা লৌছনা ফমলোন লুচিং তানকংনবা লম্নী তাকশ্বীনবা লৈথিকা মফম অত্থনি। মফম

অসিদা ইমানা নুংগী য়াখলবু খংহুনা নিংজবা থুংনবা পাওতাকখিবা মফম অহুনি। মফম অসিগা তাংপা গুরু ৩ ভিন্নক পুংগা অমতা ওইখুমথুবনি। মা তাংগা লুপা তাংগা থাহুনা মোনখাংচেংনা য়ুম কৌহুনা পুক্রম থৌরিক্‌মনি। ওমদাই মেরুববু ক্লীঁ গ্লোঁ কৌবনি।

১৮। গুরুসিদবা পুং, গুরুসিদবা পুং— মফম অসিদা ইশানৌ নংগী নফমদা পাখংবা মিংহুন্দুনা নিংথৌ খুবম শিন্নরম্নগা গুরুনা থুপখিবা মফম অহুনি।

১৯। লাংলেন লাওল ৭ কী শিন্নপুং লাংলেন লাংওল ৭ কী সিন্নপুং — মফম অসিদা লৈশিরেন লৈপুনবী ইমানা মহাক্কুগী থৌওম থৌরাংবী মপোক ৭ লক পোক্কুনা ময়ুম খুল্লিংলগদবা অমা পুথোক্কুনা নোংপোক অঙাইবদা থনম্নগা ইমানা গুরুগী তুংইল থুপ্পুবা মফম অহুনি।

২০। ওমদাইপুং, ওমদাইপুং— মফম অসিদা য়াম্বনা তাইবংপান পূম্না ৭ লক কোইবগী অহৌবা অরোইবা মফমনি। মসিদা লাকয়েন লাংদাই ওইনজৌ।

২১। ওসিপুং, ওসিপুং— মফম অসিদা ইয়াম্বনা লেপ্পুনা গুরুগী মা ফম্বাল তম্না য়েংজবদা ইনাওয়ীনফমদা নিংথৌ পোৎলোই গুরুনা শিন্নরম্মী হায়বা খংদবদগী ইশানৌ নংনা তাংবল থক্কা ফম্বা অহু উবদা য়াম্বনা ইনাওবু তাথিবা ওইরম্মী। অঙাং মতিক চাদনা গুরুগী তাংবন্দা ফম্বদি

মচোং মপাক নাইদবা লমচৎপ হৌওম্লে ওসি কোরৌ অসি দা সনা কোনজব তুথোকপা অসি মাংহনখ্রগে হায়না য়াম্বগী পুক্তা থন্দুনা ঐগী অশাউবা মিৎয়েং উবদা ইনাওনা তাংবম থক্তগী কুমহুনা চেনগে থৌরাংবদা লাইরেম্বী ৮ না কনগনি হায়হুনা লিরোন ইসৈ কেক্রেক কে শৈহোনা শকপা তাবদগী ঐনা ননাক্তা চংলমদনা থাংহি পাংনা চোংখিবা মফম অহু অসিনি, ঐনা লাংওন শক্তি মাংননব। পুথোক্লবগী থোরা'বু মফম অসিদগী হৌখি ; মফম অসিগী মউ উরাংনা ওমদাই-পুংদা লৈবনি। মেরুবা ওমদাইদি পপ পপ, হু হুপ, হায়না হৌদোক্তুনা রে রে হায়না তাইওমজৌ।

২২। কোন্না য়াই নাপুং, কোম্না য়াইনপুং—মফম অসিদা ইনাওনা ঐঙোন্দা শাওবা ফনবনি হায়হুনা নখোং নামা থাঙ্গৎনা নমিৎ পাংমা উইশিন্না ঐবু নংনা নাওথেম্বদা ঐনা য়াশ্রিত্রবদা নংনা গুরুবু কৌবা মফম অহুনি। খুরাই কাংবা শোংবু চিরাই তাংবা হায়না মিংহুনবা মফম্নি।

২৩। থোক্লপুং, থোক্লপুং— মফম অসিদগী গুরুনা চোং-থোকলক্তুনা লৈপাকপ নিংথৌবু কন্নবা তৌওমখিবা মফম অহুনি। অনিমক্কী মেরু ওমদাইনা (সং) খ্রীঁ হ্রীঁ তোং লৈরা মীং হ্রীং তোংনানিক তে তে হায়না থেম্না ওমদাইখিএ।

২৪। উন্দ্র, উন্দ্রা— উন্দ্রা শামাং কৌই। গুরুনা অসুম য়েংখিবদা শক্তিশিংগী মতুপ ৭ না তাহুনা মফম অসিদা

লৈরম্বা উবদা মতুপ ৭ অহুবু তাহ্না লৈবসি য়েংবা মুংঙাইতে, শেম শাহ্না তাইবং মশক পুখোকউ তাকওমখিবা মফম্নি।

২৫। মীতমপুং. মীতমপুং— মফম অসিদা তাইবং মশক কমদৌনা শাগদগে হংবদা নয়াম্বা ঐগী ইমিনা তাবা মফম অহু গুরুনা য়েংলগা মালেমদা তারিবা মশক অহু লৌহ্না তমহ্না থকচিন্দগী পুথোক্নুা শাও তাকখিবা মফমনি।

২৬। মাসেমপুং, মাসেমপুং— মফম অসিদা শক্তি মশক-পুম্ববু মফম অসিদা পুশিন্দুনা মীতমপুংদা উবা মশকপু শেমশাবা মফম্নী।

২৭। মীরেপপুং, মীরেপপুং— মফম অসিদা তাইবং মশক্কি হায়দনা শেম্বা মশক অহু লোইহ্না অতিংঙা য়াইবিরেল শিদবগী নাক্তা পুশিন্দুনা তাইবং মশক হায়বা অহু অসিনা ওইগদয়া য়াম্বনা হংজবদা গুরুনা মশক অসিনি লেপ্পখিবা মফম অহুনি।

২৮। অঙ্গো অঙ্গা শুরুং নুংশিং পুং.—অঙ্গো অঙ্গা শুরুং নুংশিং পোকক্ষম কোই। তাইবং মশক ৭ না তিংলি য়াংলিদে হকাম চন্দে হাকথী খন্দে। অঙ্গ অঙ্গা পান্দনা লৈববু মফম অসিদা পুশন্দুনা অতিংঙা গুরু শিদবনা শক্তি ৫ পুথোক্নুা তাইবং মশক পূম্বগী লুরাইদা খুদোনবাগী খুজিম্না য়াংলগা খুংনিংথৌগী খুদোম্না নমহ্না তাইবং মশক

পূম্বগী মফম খুদিং শিম্থুংনা সনা কম্বাল লাংথুনা ভাইবং অঙ্গ অঙ্গা পানখিবা মফম অতুনি। মেরু তাইনবনা "পংবা শেনবা মতাও গৌরমঞ্জরি সনা অম্থিংবা" কৌবনি। ক্লীঁ শ্লীঁ হরেনা প রুম লৈতাইনগনি। মফম অসিনা নুংশিং পোকফম হৌফম ওইথুনা লৈপাক অসিগী মেরু চুকলেন ও গী অমনি।

২৯। নুংশিং পুবা শুরুংখোং, নুংশিং পুবা শুরুংখোং— ঈঙ্গনাগী মরি কৌই। মফম অসিগী মৈবীনা নুংশিংলমদগী নুংশিংকা লোইননা থোকওয়রুবদি নিংথৌ প্রজা অশাই অশম পূম্বা মৈশা লাংগুনি। কংলৈ মৈবী পাইবা হায়না খংনরনি। মেরুবা তাইওম্বনা "শং শ্লীঁ ক্লীঁ হরে তোংনানিক তে তে তোংলৈরা" অসিনা তাইওমজৌ।

৩০। অয়িংবা ঈশিং পুবা স্বরলম শুরুং, অয়িংবা ঈশিং পুবা স্বরলমশুরুং ( পিঙ্গনা শিংলিগী মসক ) কৌই। মফম অসিনা মৈগুম্না শাবা নুংশিং থোক্লবদি অওম্বা প্রজা রাখল পুক্লিং চুনারোই। মাইকৈ মরি শুংদাই মরি তুনা মশামরেং খাইনা রাওম লম্বেল তাননগনি। ওমদাই মেরুবদি "মালেম লৈবা লৈপাক নংগী নমিংদি কং কৌএ। নোংথৌ নংগী নমিংদি কোং কৌএ। গুরুগী ফাংখোং নংগী নমিংদি হী সনা মনিক তপশেংবা পুরেম্বা কৌএ। লাইস্না নংগী নমিংদি অচিবী, অচিবা কৌএ। শাও খ্বাই পুরেম্বী

পুরেম্বা"। বিজ লাইশোল অসিনা চাজা য়ুম কৌও। অহুগা মাইকৈ শুংদায় তুনা সনাতাংগা লুপা তাংগা কোনয়াই থাউও। খংগনি খুদক্তা হে পণ্ডিৎ।

৩১। খুপপুং শুরুং,— খুপপুং শুরুংদি শুষুম্না কৌবা শিংলিগী মশক্তি। মফম অসিদা লাইফম পুম্বগী থুংনফমনি। মপা অসিদা নোংথৌ পাংবদা লৈচিম্না শাংথ। লেমথনা তারবা তুবিয়াথোক তম্না থোক্লবা, কৌক্রদগী লৈচিম্না মপা অসিদা শামখিবদো নোংথৌ তুবি তিলুক্লবা কৌএ। অচৌবা শোকই; লৈপাক কাই, মণ্ডান নাইবা অমং থরৈ কুমগনি। হে পণ্ডিৎ চেকশিল্লু।

লৈপাক ফাবা য়্রারনি, থৌদোক পাওতাক তাক্লবনি, ওইথোক্লবা শোইফদবা খুদম্বু মফম অসিদা পাওজেন্নি। অচিক অশা খোংশং শুরুংগী মউ উরাং লেমফুনি। ঙমদায় মেরুবা কুমজা থাজা কাংফদবনি।

"উঁ ওঁ টুঁঙ। ম্রীঁ হ্রীঁ তেংলৈরা মীং হী তোংনানিক টে টে। (শাও) মনি নোং য়্রাইরোক। লে শা ও হিংনপফা। কং কোং হি সনা মনিক তপ শেংবা অচিবী অচিবা"। য়্রাহৈ অসিনা সনা লুপা তাংগা ৮ থাহুনা সেনগী চুক ৮ থাহুনা মোংখাং চেং অকুম্না লফোই ওমপোৎ হৈ মনম নাইবা শঙ্গোম থোইহি চুণ্ডৌ মহি অসিনা চাজা

অনৈ য়ুমকৌদনা অঙৌবা ফিরোন কমেংশাবা ফিরোন ফি-
রাংজি অঙাংবগী মথক্তা থাদনা পুরুম থোকাইগনি।

( মশক ইশক তাকপা )

৩২। পামেল গুলামজাৎ মখোংদা মঙাং গুরুগী পুংনি।

৩৩। পামেল থমং মখোংদা লুরাং গুরুগী পুংনি।

৩৪। লৈরাং শংগুরৈ মখোংদা খুমন গুরুগী পুংনি।

রা অসি তাবদা ওঁ অতিংঙা গুরুসিদবনা হায়রকই "পারি নংদি মঙাং লুরাং খুমন মশক মমিং অহুমমকপু তিন্না ইপানা নহাক অসিবু থোকঙম হনখ্রবনি অহু নোংগিব ইপানা নংগী তমকপু থনমলিবনি। ঐনা খাবা তোংবদি নংগীনে। ওসিদগী ইচানা তোংবা ওইথরো, অহুগা গুরু অহুমগী মশক অহু ইপাদা অমুক্তা পুথোক্তুনা মফম নাইনা তাক্তুনা থম্মু"। অস্নুমনা মোংবাচিংগী হৈবাং মথাদা চিকনা তাকপিরকই। মাহুদা অসিবা লাইনা গুরু মপোং অহুম কৌনা মশক অহুম পুথোক্তুনা থমলে।

৩৫। ওক্লপুং— মঙাং, লুরাং, খুমল ( ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর ) ( বিষ্ণু - মহেশ্বর - ব্রহ্মা )। ( হ র স ) ( হিং রিং শীং ) ( হহিং ররিং সশীং )। য়াইবিরেল মেরুবনা অসিনি। ইশানৌনা ভাইবং লৈসেম খুন্দা অহানববু পমহুনা পুত্রগা তিলুক ওইগুম্না কম্মী থংনহৌসনু।

৩৬। ওইদপুং— মফম অসিদা ইশানৌ নংন্না তিল্লুক গুক্কা ফম্বাল লাংতুনা লৈবা অতুবু কৌশিঙ্গগে ঐনা লাকপদা ইশানৌ চংঙমখ্রে। ইচিন ইনাউ উনবা ফংব্রে মাতুদা মফম অসিদা লেপ্পুনা ঐনা য়েংবদা ইশানৌনা থৌরম অমা শিন্দুনা কোইনা পুবা মরম অতু য়াম্বনা উড্রমলে। অতু নোংগিদমক ইনাওগী নিংবা থৌরাংবু থুংখ্রসনু ঐনা তৌ-ঙমগে নিংলম্বা থৌরাংনা থৌঙঃদবা ওইজরসনু হায়দনা মফম অসিবু য়াম্বনা হায়রম্মী। মফম অসিদা চংউরবা শোকউরবা মশক অতুদি মা মানা থৌঙমগে নিংবা থবক অতুতদি পাংঙম্বা ওইদবা ওইশনু হায়না হায়রম্মী অতু নোংগীবু অওই ওইদবা পুং হায়না চক ৪ শীদমক মফম অসি থমখি। ( ব্রা মরম লৈবনি।" )

৩৭। গুরুগী ফাংখোং ৪ কৌএ মংলেনসু কৌএ। গুরুগী




ফাংখোং ৪ কৌবদি চিরা অমদা লাইনিংথৌ কোনফংলেম্না লাই কিংনাইবা কৌনা ফম্মী। ওাকপদি কোকতিংলেয়ে।

চিরা অমদা লাইয়িংথো অপুম্বা রাএল হায়কমদবনা "পোকপী শানোই শিংখাতং" কৌনা ফম্মী।

ভাকপদি য়োইভাইবনে। চিরা অমদা লাইয়িংথৌ স্বরারেন সনাগী থম্বান্দা ফম্বা অশিবনা নোংফুরেল কিংনাইবা কৌনা ফমএ। চিরা অমদা কোংচিংলেন্না লৈকিংলাই কৌনা ফম্মী। ভাকপনা কোংটিংখৌনানি। গুরুগা অপাম্বগা অনিনা কৌনবা উয়ুংময়াই লৈপাক নোংথৌ তুবগী মতোন্দা হায়বদি গুরুগা অসিবা লাইগা অনিনা ফম্বনা ফম্বাল লাংবগী মমাংথানা লৈপাক নোংথৌ তুবগী মতোন্দা লৈপাকপ্রজা অভম্বা পুম্বগী মখুংদা মকোক থোংনা নোংনাংলেন অপোকপা কৌনা ফম্মী। মরম অসি মশক মমিংখংনা নিংথৌ ওইবা মংনা সনা ফম্বাল লাংবা মতমদা ফাংখোং অসি শেমচুনা কাখোংবু মশক খংনা ফম্বাল লাংগনি। ফম্বাল মফম থুদিংদা ফাংখোংগী মশক পুম্বনা হৈনা থৌগল ওইনা লৈজম-থ্রবনি। মরম অসি খংনা সনা ফম্বাল লাংলবদি নিংথৌ ওইবা মুংশাঙ্গেও, লৈপাকস্তু মরা লেম্ফু চেংনা তানা পানভমএ! লাংবচক্তা নোংদা লাই পাখংবগী মচা মৈদিঙু খুয়োই তোম্পোক্লা পোকপা মচানুপী অমা চুকশা মৈথাবা য়াদবদগী মফম অসিদা ফুম্মগনি। মতুংদা তিনমচা মচা য়াম্না পোকনি মমিং লৈমা নিংহুন্দুনা য়োকুনা কাব্রং লংবু ফংনৈ অচু নোংগীবু লৈমা পোকলেনপুংবু কৌনরনি। মৈদিঙু অমগী (তোনাম্বা নিংথৌস্থু) চুকশা মৈ থাখিরগনি

মচু নোংগী নিংথৌ মংলেনপুং হায়নসু মফম অসি কৌরনি। য়েক্লবনা হাংখিবা নিংথৌ মচাগী মকোক মিখুং চল্লুরবা সিংদি মফম অসিদা চুকশা মৈথাগনি। মতুং অমুক তেকসন হনজনবা তৌদনবা মফমনে।

৩৮। তাওরোইনাইপুং, তাওরোইনাইপুং—মফম অসিদা স্না কোনয়াই থাদনা পুরুম লৈপাইজৌ। থোকওম্লকনি। মিংলেন অসি হায়না কৌ "সনাহিং মিকোনবা, সনাহিং মিকোনবা, সনাহিং মিকোনবা, সনাহিং মিকোনবা"। হায়নিংবা হায়গা "রে রে" হায়না তাইরম্মু।

৩৯। শজিকপুং, শজিকপুং— মফম অসিদা লা মতোন অহুম থারগা "তাওরোইগী মমিৎ অনিনা শজিক থাবা ওইখিবনি নপাম চাক চারো চাজা অনৈ থকও" হায়দনা কৌথোকউ। লম ২ চখোক্লুনা য়েংউ উগনি। মৈগী মতৌগুম্লা। অতুগা।

৪০। চরাইপুং, চরাইপুং— মফম অসিদা কোনয়াই হুল্লু। নতুং ওম্থোক্লুনা "হিং হিং" হায়না য়েংজৌ। চরাই গুরু উগনি। মতুং

৪১। নুমিৎপুং, নুমিৎপুং— মফম অসিদা চায়রেন পুখমদা হুপ থরা হাপ্লগা য়াম থরা চাইদন। থারগা "তম্ফা য়াই অহনবা" হায়না ৮ লক কৌরম্লগা লম ৮ চখোক্লুনা য়েংঙ লৈপাক সেম্বা গুরু থোকওম্লকনি নংনা পাম্বা হায়নিংবা

নিনিংবা নিজরো। অহানবদা হায়খিবা গুরুগী ফাংখোং মরি কৌবা মংলেন অচুদগী হৌনা অহানবদা পুরুম্বা হৌগনি। মফম অসিদগী পুরুম লোন্দি "সনা লৈম্বী থোরকলে। খুবাক লৈকা শাবিগে নাহুম কোন্দে শেমবিগে পপ, পপ, হু হুপ," হায়দুনা খুবাক ও লক খুরম্নগা মফম অসিদা কোন-য়াইলোল হায়ঙমদনা কোনয়াই থারম্নগা মথংদা তাওরোইনাই পুংদা থাগনি।

৪২। গুরু নোংশাবা পুং, গুরু নোংশাবাপুং— মফম অসিদা গুরুগী শংলেন শানি। ইশানৌ নংবু পাখংবা মিংহন্দুনা তাইবং নিংথৌ শিন্নরগা অতিংঙা য়াইবিরেল সিজবা গুরুনা থুগুনা লৈখিবা, ইম্মাদগী তৌঙমদবা ঙাকুবা ইশানৌনা গুরুবু কৌরকপদা গুরুনা চোংথোকলকপা মফম অদু অসিনি।

৪৩। য়ুমজাওপুং, য়ুমজাওপুং (লাংওল লৈশিরেন পুং)— মফম অসিদা ইমা লৈশিরেন লৈপুনবীগী শংলেন য়ুমজাও শাগনি।

৪৪। নোংদোন লাই পাখংবাপুং, নোংদোন লাই পাখংবা পুং— মফম অসিদা নিংথৌ নংগী শংলেন ফম্বাল শাকমনি।

৪৫। লিলাখোং, লিলাখোং— খোংলম অসিগী মতুং ইমা য়াম্বনা লাংওল নোংগা খোংলম চৎলম ওইগদবা মফমনি।

৪৬। **পুরুমখোং** পুরুমখোং— মফম অসিদা গুরুবু পুরুম লৈপাইনহুনা পাখংবা নংগী চৎলম ওইগনবনি। নংনা গুরুগী খোইজি খাদগী খোংকঙম্লকপদা মালেম লৈমাই থক্তা কোংয়াং চৈশুগুম নশা কোঞ্জন তুথোকনা পুরুম লৈপাইনা খোকঙমখিবা মফম অহুনি।

৪৭। **গুরুখোংলম,** গুরু খোংলম— মফম অসিদা ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা নোংগা খোংলম ওইগদবা মফম্নী।

৪৮। **শামুখোকপুং,** শামুখোকপুং— মফম অসিদা করি করিগুম্বদা শামু অঙৌবগী মশক ওইনা কংলৈ শেম্বা লাইনা খোকঙমহুনা কংলৈ মিংয়েংতানি। মাহুদি কংলৈ নিংথৌ অঙম্বা মহুৎ মরেং শিনগনি। নিংথৌ কাংলাবদা মানা নিংথৌ থিহুনা নংগী খুবম মাংদনবা মউ চারি থাহুনা তাইবং নিংথৌ মউচারি থাবিনি। লৈতাই ঙমদাই হৈশিংঙু ফাংখোং ৪ পুরুমহুনা তাওরোইনাইপুং ইরাৎলগা শাজিক-পুংবু মাইয়োক থাগোম্নহুনা চরাইপুংদা কোনচন্দুনা মুনিং পুংদা য়ুম কৌদনা তাইঙম হায়ঙম্না পুরুম লৈপাইজহুনা থৌকাইজৌ।

৪৯। **রাংগোনপুখ্রি,** রাংগোনপুখ্রি—মফম অসিদা রাংগোন পুখ্রি তৌগনি। মরমদি মফম অসিদা কংলৈ শেম্বা লাইগী মচি চিরোং অরাংবা অমা থম্মী।

৫০। স্নাহিথাংপুং, স্নাহিথাংপুং— মফম অসিদা স্নাগী হি অমা লৈবনি। করিগুম্বা চুমথাং ওইনা লৈবাক্তী মশক মওং তাকনি মরম অসি থোকনি হায়বা।

৫১। নুংগোইবী পুং, নুংগোইবী পুং— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মমিং ওই লৈবনি। মফম অসিদা লৈবাক্তী অরা অনা থৈনগনি।

৫২। লুচামচাং, লুচামচাং— মফম অসিদা কংলা সেম্বা লাইগী খয়াং লৈ। লাংবচক্তা গুরুনা ষন য়োংমানবী ওইনা তাওথরকপদা মৈদিংগু তাওথিংমাংনা লোকুনা গুরুগী হকচাং শরুপুম্বু মফম অসিদা চাম্বনি।

৫৩। পুং ও— মোংবা চীংগী হৈবোংমথা— মঙাং পুং, লুরাংপুং, খুমনপুং কৌঅ। মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা লৈ। মচিনা অহু গুরু অহুমগী চুক মখোং অহুম ওইনা লৈ। গুরু অহুমনা চুক মখোং অহুমদা ফমদুনা গুরুগী রা তারকমনি; রাদি হ র স নি।

৫৪। থুম্নাপুং— গুরু অহুম থুম্নাপুং কৌঅ। মেরুবা বীজনা "হিং বীং শীং কোপা মপু তরংবা সনা রেনশিদবা" গুরু অহুমু পুরুম লৈপাই থৌনি রানে।

৫৫। গুরু লাংওল পাং, গুরু লাংওল পাং— মফম অসিদা ওম অতিংঙা মাইবিরেল সিদবগা লৈখিরেল লৈপুনবীগা

লৈপাক অসিদা থোংদারকপা মতমদা মপ্ অনিমকনা লাংওল য়ুম পাল লোলবু শান্নদুনা অহানবদা লৈওন্নদুনা খুনথোক উকোন লমলেম্মী। নিংথৌ নংগী হয়াও মখোই লমথোক লময়েংবদি মফম অসিদা য়েংগনি।

৫৬। য়ুমকৌপ্‌ং— অনৈচাজা য়ুমকৌপ্‌ং চাকশৌ ঙাশৌ য়ুমকৌপ্‌ং কৌএ। অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগী লৈশিরেন লৈপ্‌নবীগা অনিনা লাই পাখং ৮ গা লাই মুরা ৮ গা লোইনদুনা লৈবা মতমদা অচা আথক লৈবা খিবীকপ্ অরাংপা লৈতনা পুথোক্‌না পিজপিথকপা মফমনি। লৈপাক্কা তাংওন্নবদা মফম অসিদা ইমা লৈশিরেল লৈপুনবী আহোং অচাওবীবু পুরুম লৈপাইজদুনা চাহোং ঙাহোংনবা তৌঙমগনি। লাংবচক ওইরক্রবদা লাইস্না মহারানিনা লমতা থাংজা নোংমা পানবগী মুমিৎয়ুংবা মতমদা উমংলাই শগোল কাংজৈ শান্নবা পুন্নমকপ্ অনৈ চাজা য়ুম কৌরগদবা মফমনি। লাইগা মীগা চামিন থকমিন্নগদবা মফমনি।

৫৭। লাংলেন লোকমাই ৭ কী মফমনি। নিংথৌ নংগী লৈপাক স্না কৈথেল শেন্নবদি অহানবদা লাইরেম্বী ৭ অসিগী লোকমাই পোৎফম হান্না লেমজদুনা কাহনগনি। মফম অসিবু স্না কৈথেলগী শৌরোল কৌএ। কৈথেল ইরাং তৌরবদি মফম অসিদা প্‌রুম থৌমিগনি। অমনা কাং-পোকপীদা ঈনা লাংকনি। হৈ পানা থাগনি। লাইরেম্বী

৭ কী লোকমাই মফম ৭ তা স্না, লুপা, কোরী সেন, পিথ্রাই য়োৎ, কোকঙৌ অসিনা চুকফা নাওশুমগনি। নত্রবদি লৈপাক কাইবা ইশৌ ইরাং তোইবা ওই। মেরুবা মিংখৈ ৭ না "য়াঁং চাঁং খুঁং খ্বাঁং সেঁাং শুঁং নেঁং কৌএ।

৫৮। স্না কৈথেল শেমগদবা মফমগী লৈপাক্কা মফম অসিদগী লৈপাক্কা তিন্দুনা পোৎফম ৭ থোন্দুনা সেমগনি। সনা কৈথেল্দি ১০ নি। মউ লুচিংবা সনা কৈথেল্দি খ্বাঁং কৌএ। সনা কৈথেল অসিদি লাংলেন ৭ কা লুচিংবা ইমোইনু অহোং অচাওবী চাক-শৌবী, ঙাশৌবী অকোং তক্তা অরাই কংদবী সনা লুপা খোংনেৎনবী লৈশিরেল লৈপুনবী মিংলেন ৮ মিংছুনবীনা সনা কৈথেন্দা ফমহুনা লুকমাই ৭ পু লুচিংহুনা লোকমাই লাখানা থোগল লাংদনা সনা কৈথেল কাববু নোংদম মপা মপুরেন অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা খাবা শাদোং ওইহুনা ইমাগী হৈনা তুংইন্না ইমা মহাক্কী মহাক ওইহুনা সনা ফম্বাললাং তিনমু লাইমু ফত্তবা চংদনবা ঙাকশেন্দুনা সনা কৈথেলবু মিৎয়েং তাদুনা লৈঙম্বনি। লৈপাক নিংথৌ পানবদি কৈথেল ১০ থমগনি। মাইকৈ পুবা ৯ নি। মাইকৈ ৪ শুংদাই ৪ পুবনা অমনি। মরম অসি য়েংহুনা নিংথৌ নংনা লৈপাক ঙমদাই পুঙম্বা অখংবা অহৈবা মশকপু শংলেল চাংদম ৫ বু শিন্নহুনা থমজগনি। কৈথেল ১০ গী মমিংনা য়াঁং, চাঁং, খ্বাঁং, শুঁং, মেঁাং, কৌং, নেঁাং, থেঁাং, লাঁং, খুঁং কৌএ। সনা কৈথেল পোৎফল ফম্বাল মফম্ হায়গে খংও।



সনা কৈথেল পোৎফম

কৈথেল কাবদি ২ তনি লোকমাইদি ৮ নি

ইমোইনুগী মফম

মনা ক্বা

পোংফম অসিদি কাইফদে পোংফম

অতৈদি কৈথেল লৈতেংনি

মৈরমদি সনা, লুপা, কোরি খোংনেৎনবনি

মোইরাং শন্থোং ঙারৈমনে

থুমলৈমা য়োংলৈমা।

সেনলৈমা পিথ_াইগী পোংফম

চিংখৈদি চেংলৈমানে

কৌক্রু লিকলম ফৌরৈমনে

৫৯। **লুরাং নোংন্থমশাং**— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইনিংথৌ অসিবগী ময়া য়ারেল ১০৮ থমনৈ। লাইনিংথৌ অহুনা তাইবং শেম্বা লোইরগা মফম অসিদা অঙ্গো অঙ্গা পাম্ববা থৌরাংনৈ। ময়ম অহুনা নিংথৌ নংগী খুৎশু খুৎলাই মফম অসিদা থমফম শেমউ।

৬০। **নোংখাকপাপুং**— মফম অসিনা কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা থম্মী। লাংবচক্রা মিতিংঙ_না (খাগেম্বনা) মবুধো

পাখংবদা কৎনবা শংলেল অমা শারনি ; মাতুগী য়ুমগী য়াং লৈবদা য়ুমকুপ্পা নিপা অহু ওস্থতুনা শিরনি। মতুংদা লাইদা কৎপা য়াদহুনা পেরে সিংগা খোংহুনা মীকৌনবা মফম ওইরনি। মফম অহুগী নোংপোক পাংবদা লম খরা থৈদোক্তুনা শংলেল অমা শাহুনা তোপ গারোৎ হায়না মিংহুন্দুনা নবুধৌ থাংজেংনহা পাখংবদা কৎলনি।

৬১। শোরোকখোং— মফম অসে কংলা শেম্বা লাইগী ওইথংবা নাকোংনি। লাংবচক্রা নিংথৌ অমগী (চরাইরোংবা নিংথৌগী) পোকফম ফুর্জুশংগী ময়াদা লৈবা খোংনি হায়হুনা চিরাইখোং কৌরনি।

৬২। নুপীখোং— কংলা শেম্বা লাইগী য়েৎথংবা নাকোংনি।

৬৩। লানশং শংলেল— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা থম্মী।

৬৪। কাংপোক্পিখোং— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মরৈ লৈতোললৈ। স্না কৈথেন্না ইরাং তোইরবদি মফম অসিদা তাইগনি। লাংবচক্রা মিতিংঙুনা (কার্ত্তনা) মফম অসিদগী বীজবু লৌহুনা লাই অমগী (নিত্য আনন্দগী) খোইদোদা চল্লনি। অসিবা লাই সনামহিগী বীজনি।

৬৫। লাইগী শিংজং লৌনপুং— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা থম্মী। চিরোংলেল ঙাংঙাং অতিংঙা গুরুসিদবনা মপুংস্থ পুংলাই ওইহুনা ইরাত্তুনা থমখি।

৬৬। চিংথৈরোনপুং— মফম অসিদা ইমা লৈশিরেল লৈপুনবীনা খোমলাং অমৃত শুমথত্থনা থমখিবা মফম অসিদা পুখ্রি অমা শেমত্থনা থমজৌ। মফম অসিদা থোকপা মাইজদি অনৌবা শঙ্গোম মাল্লনি। মুমিং অত্থু ইমাগী খোমলাং পিনবা মুমিংনি খংও।

লাইয়িংথৌ অসিবা লাইনা পাখংবা নিংথৌগী মফমদা মাংদা মিংত্থনখ্রবা অমদি তুংদা মিংত্থল তম্লগদবা খুবম পুম্বগী মউ লিংত্থনা থমখিবা পুম্বা লোইনা তাকপিবা পনদোম লোমত্থনা কংলৈ পুং মাইয়োল শংলেন্দা হঞ্জিল্লক্লনা ময়াম্বনা তাকওম্বা ময়াংথং মতুংইন্না শেমত্থনা পুনশি মরা তানা চেৎনা হায়হৈ লাওনা তানথোং ময়ুংশাংনা পাক্লা পাল্লে।

—x—

য়েংবিগদবা— (     ) কোইশিল্লিবা পাবদা সুংডাইনবা অমদি খংবদা থুদোং চানবগীদমকনি।

মতম অসিদা সনা-খোংনাং লৈমা ইবেম্মা মহারানিনা রাখল তৌদুনা থম্মোইগী থোংলি রাখলগী মিংম্নানা য়েংলকপদা নোংদম মপা ওইবা লাই অহুম্না থুপকদবগী র। তান্নবা মরম অদুবু উদুনা মরাই তাংজ লুকনা মপ ক্তা লাংলম্বদগী মপ ক্তা তাথিবা লম্বী অমা থোক্ত না মহাক্কী মহাক ওইবী নহাক্কী নহাক ওইবী লাইরেম্বী হৈশিং থোয়াংবী রায়েল করা রাফাওবী হুইয়েন লাংজেং শাফাবী মশক অমা প থোক্ত না কোলোই মিংহুনবু লৈফুরেলচনু লাইরেম্মা থিংবা ঙম্বী হায়না মিংহুন্দনা ঔরাং থেংগ্র ং পানফবগী মফমদা প রক্ত না শিন্নে।

"ঔরাং কৌক্র অম্বুপ্পা তাইবং খুন্দা অহানবা নোংভম মউ থারম্বা চারি পান্দোং লিংখিবা নাওরা হুমনি চনবনা শোরারেল লৈপাক রায়েলবা নহাকনা লৈফুরেল থিংবা ঙম্বী অসি নফম লাংদা নাওকোন্দুনা থমউ। মতুংদা কংলৈ প মাইয়োন্দা পান-ফরবা পিবা নিংথোগী মফমদা পিঙম্মু" হায়না তাকঙম শিনঙম্নরমলগা মফমলাং কংলৈদা হল্লক্ত না লাই অহুম্না রা তান্নবা য়াওরে।

পাখংবনা ময়াম্বগী নোংদম তুংইন্না চিংগৈ খোমইন পুখ্রি তৌরে। ইবেম্মা সনাখোংলৈমা থাজ কুমজা শুরকলদুনা রাঙ্গোল শং শারে। শং অসিদা কুমদুনা মচা নিপা অমা পোকলে। মদুদা

ওঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা মচা অনিবু লৈশেম্বা তোকহল্লে। নখোইগী নঙম শিনবিলবা লাকঙম থোকঙম্লে, হৌজিক্তি মহাক্না থৌরাং পূম্বা তৌঙমবা মতিক মঙম হাপ্পুনা তাম্থোং ময়ুংপাক্না শনংনিবা থৌরাংবিঙমলো।" ময়াংথং মতুংইন্না লাই অহুম তাম্নহুনা খংদবা উদবা লৈতবা, উমদবা লৈতবা মথৌনাবু পিঙমলে। অহু নোংগীদমকপ নাওয়া অঙ অঙা পাম্লিববু পাখ্রংবা হুঁমচি উম হুক অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবগী শুনাথাং পিংতা থাং মিংহুন তমহুম্না কুপশেং মীরাং থাং কৌববু পিনহুনা নিংথৌ প্যাংলোইগা লোইমনা শিন্নরে। পাখ্রংবনা য়ায়েল থৌদা উমজ্রবা মতমদা পোং থুনতি তাইবং পানবতগী নোংথৌশাংমা খোঙ্গা খিঙমা য়োইময়াই মালেম অঙাংলবগা তিল্লুক কমবাল শেইথরে। অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবা পাখংবা লাই অপাম্বগা অমিবা নোংজম মপা মপুরেনগী মহাক্তী মহাক ওইবা লাই সিদবনা লৈশেম্বা নোংখোং অহালবনা লৈবা মফম লাংদা লাকুনা লাংওল ফালম অয়াম্বা মথংলেন্না তাকঙম হায়ঙমহুনা খংহন্নগা লোইতম্লে থাজগা তিল্লুক ওইহুনা লোইতাম থাজনা লৈবা মফম লাংদা থুপঙমহুনা ফালম লিগা লাংওল্ল শেমঙম শিনঙমহুনা তেংবাং মতম ঙাইহুনন্না লৈখ্রে। হেরিলে।। ×।।

মসি হংজবদা পাখ্রংবা হায়না অহুম হায়বিরম্লে।

—————

# হস্তিচক্কী অনিশুবা নুমিৎকি শাটৈগ ( সূর্য্যবংশ ) গী নিংথৌ

পাখংবা নিংথৌনা পান্দুনা লৈপাক থৌদা ব্রায়েল্লবদা ঔব্রাং কেক্রু অসুপ্পা লাই লাংওল তাইবংনা লাইরেম্মা থিংবা ঙ— পুবক্কুনা লৈবাক্কী মমা ওইনবা মশক্তি অর্সিনি হায়না থিল্লক্কুনা নিংথৌগী তাপ্লোই মহারানি হাপ্তুনা সুংঙাই য়াইফনা পাল্লক্লে। ইবেম্মা লাইবেম্মা থিংবা ওন্দী, পাখংবা নিংথৌগী মোংদমদগী কুমজা থাজা শুবতুনা থামকম হায়বদি ব্রাঙ্গোল শংদা কুমতুনা মচা কংলৈখোম মুহি পাখংবা পোকলে। পাখংবা নিংথৌনা মচা সনা কংলৈখোম মুহি পাখংবনা পুংকক চাওরকলবদা মচাগী মথৌনা মবৌশিং লমচৎ য়েংগে হায়তুনা কংলৈ লৈপাক অসিবু শিন্নৈ। "পারি নংনা লৈপ্যাক ঙাক্কুনা মতম থরা লৈরম্মু। ইপা চিংঙু নোংপোক নিংথৌগীদা চৎলুগে" হায়তুনা লৈপ্যাকপু শিন্নরম্নগা কৈলাস চীংদা চৎখে। পাখংবা নিংথৌ লাকপা উতুদা চীঙঙু নিংথৌনা ( মহাদেবনা ) মফম লাংদগী থোক ঙমতুনা পাখংবা লাইবু ওকঙমলৈ। "নোংদম মপা লাকঙম্বীবা অসিবু করি তাকঙম হায়ঙম লৈঙম্বা? চিংঙু নফমলাংদা ঐগী লাংওল মবম থরা তাকঙম থংহল্লমগে লাকঙমলিবনি।" হায়না তাক্লঙমতুনা লাই অনিনা তিল্লুক ফম্বাল ল্যাংলিন্নৈ। মতম অসিদা ঙ্গা নিংথৌ মহেল্লিম্নু মফম অতুদা লাক্কুনা—হায়রকই "ল্যাংওন পাখংবা ল্যাইগা চিংঙু মহাদেবগা অনিনা কৈলাসুগী চীংদোল অসিদা তিল্লুক

ওইঙমলিবা অসিবু করি মরম ওইঙম্বা, ঐবু চংঙম লাকঙম্বা য়াগদ্রা ?"

পাখ্ংবনা— "মহেন্দ্রি চংলকউ নংস্থ লাকঙম্বা মতাংচারে। ঐগী লাংওন ফালমগী রা তাম্নরিবনি।"

মহেন্দ্রি— অদুদি লাংওন অসি ঐস্থ মতম থরদদি তেংবাং য়াওঙমজবা তম্বীয়ু।

মহাদেব— মহেন্দ্রি নখোই খ্বাইনা তাম্নদুনা চিংঙু মহাদেব ঐগী লাংওল ফালম অসি মুংঙাইনবা শিনঙম তৌঙমগদবনি। অদু নোংগীদমকপু পাখ্ংবস্থ মক্কম অসিদা লাকঙমলিবনি।

লাংওল তেংবাংলম্বী পূম্বা চিংঙু মহাদেবনা নিয়ম হায়ঙমদুনা মরম পূম্বা ঙাংনবা লোইদুনা নোংদম মপা মপুরেল লাইয়িংথৌ অসিবা লাইনা লাইগী খুবমবু থাদুনা শেমলম্বা কংলৈ লৈপাকপু য়েংউশি হায়দুনা লাই অহুমমক কংলৈ পুংমাইয়োন্দা লাকলে। মফম খুদিং কোইনা চত্তুনা য়েংলকপদা চিঙঙু মহাদেবনা হায় "নোংদম মপা মপুনা মরম অমত্তা রাত্তুনা সেমদুনা থনমলেদনা নখোই ঐখোইনা সেমগদবা মরম অরাংপা লৈত্রে। থোকঙম থোকঙমদনা লাংওল শান্নাদুনা খুবম লেপকদবদা মঙাইরে। কংলৈদা মউ১০৮ থারে। লৈপাক্কী অকোইবদা ৭০০ কা ৭ থারে মসিদা খুবম ১০ দংদি মিংছল তমদ্রি অদুস্থ নং ঐগী খুবম নত্তে। লাংবচক্তি তাইবং লাইসিংগিনি। কংলৈ পুংমাইয়োম্মা লৈবা মউ ১০৮ অসিনা লৈবাক লৈবাক খিবিক্কী চীংউ খুবম মউশক্কনা

গুপনা শেমলবনি নোংতম মপা মপু অথংবনা মরম পূম্বা অসি কাইদনবা মথং লেংনা নখোই ঐখোই শাম্নাদবা য়াদ্রে” হায়না তাকওম হায়ওমত্নুনা পাখ্রংবা নিংথৌদা খংহনখি।

হুঁ (ওঁ) কংলা পাফল অরিবা তুবি মথেক্লা লৈরোং শানা লৈপাক ভাক্তুনা চীঙগু খুবম থমলিবা. ব্রাখল হায়হৈতবা ব্রাবু হায়জগে। নখোং খুয়ালেল লৈভাং লৈকানা তমজববু পুক্রম লৈপায়নজনা ইজরি। ব্রায়েল হায়হৈত্তবু লুব্রায় কোইরেন্দা হাপচববু ফিগাও শানা নিজরি।

## কংলা চৎলম

হে নিংথৌ মপা মপুরেল ভেংবানবগী মপু কংলা চৎলমদি কংলৈ পুমাইয়োল কংলা শেম্বা লাইগী থবাকনি। খোংথাফম্না থবাক্কী লু হুমদাং য়ানফম য়াংনি। তুবনা নোংচুপ নোংপোকনি। খোংথাফম্না কংলৈ মায়াইনে। অরাং পাংবদা।

১। আকোইপুং ॥
২। নোংলেনপুং ॥
২। ঈপুং ॥
৩। মুংশিৎপুং ॥
৫। ঈশিংপুং ॥
৬। মীতমপুং ॥
৭। মথারোমদা গুরুশিদপুং ॥

৮। শজিকপুং— লাংবচক্তা মবুধৌ পাখংবনা স্না মচুমান্না শজি ওইনা থোকখিবা মফম।

৯। থাবাপুং— লাইয়িংথৌ অসিবা লাইনা নোংগাখ্রবদা নোংতম মপানা কৌণ্ডম্লকপদা নোংথৌদগী মালেম থক্তা খোংদাবা মফমনি। ম্না য়াম্না লৈখি।

১০। তাওরোইনাইপুং— হয়াচক লাংবচক অনিগী লোম্নবা মতমদা লাহাংওস্নবা অসিবা লাইপুং পুরুম থৌনিজবদা পাখংবা লাইনা তাওরোইনাই ৭ময়াম্বগী শদোংবু থারক্তুনা মেন্দে চাংদা তাতুনা মেন্দে চাং থুগাইতুনা লাইনিংবা থুগাইরম্লগা লাক্তুনা মফম অসিদা লাইনিংথৌনা থাবা তুবি শাদোং থমখিবা মফমনি। ম্না লৈবনি থিজিল্লু।

১১। সনাপুং— হায়াচক্কী মুমিৎকি সাগৈ ( সুর্য্যবংশ ) নিংথৌ ৫ শুবা নিংথৌ অপাম্বগী মহারানী সনালেম্বীনা তাওজিং ওইনা লাংওল লুবাদগী তাইবং ওইনা লৈবা মফমনি। লাংবচক্তা লাই পোইনৌতাবু নোংদা লাই পাখংবনা সনা মহি হান্নবা মিংহুল তম্বা মফম পুংনি।

১২। মরেপপুং॥

১৩। লুপুং— নিংথৌগী তালোইবু মহারানী হাপ্পা লোইবদা মফম অসিদা ফমতুনা ডাইহাক পোৎথাহনগনি। কংলা শেম্বা লাইগী শেম্মী।

১৪। লাংপুং ॥

১৫। কোকপুং— মফম অসিদা নোংলুমগী মশক ওইনা পীরঙ্গা নোংদা লাই চন্দ্রবংশগী মৌ ভানুমতিনা পুরক্লুনা লৈশিরেন লৈপুনবীবু কোনহন্দুনা নোংদা লাই পাথংববু (ভিতরংবু) মপোক মিঙুল মফম অসিদা তমএ।

১৬। শৌপুং— হয়িচক্তা লৈশিরেন লৈপুনবীনা লাইনিপা নুপী ১৬ না লুচিংবা পূম্ববু অচা অথক অৱাৎ অপা লৈতনা পুথোক্লুনা পিজবা মফমনি। হয়াচক্তা মবুধিবনা পানবা মতমদা মচানুপী শৌবোন লাইরেম্বীনা নোংপোকনিংথৌগী (মহাদেবগী) মোরশা খাও তুম্বা অনিদা ৱাক্তা পাদনা পুথোক্লুনা চাকএনশাং ইশিংবু মপুকথন্না হাপ্পু না থনহল-খিবা পুংনি।

১৭। মসেমপুং ॥

১৮। হয়েংপুং — মফম অসিদা মহাদেবনা থুপচান্নহুনা লাংওল লৈরম্বা পূম্বা ইবেম্মা শৌবোল লাইরেম্বীনা য়েংঙম্বদা খংঙম্বা পুংনি। খুৱাই মুংজেং পীবানা মথুৎচুম্মী চুমদে চাং য়েংনবা পুংনি।

১৯। ঙসিপুং ॥

২০। নুমিৎপুং— হয়াচক্তা স্নাখোংনাং লৈমনা মালেম অঙানবগা থারৈ লোয়ানবদা পাওরৌ তাম্নবদগী কোরৌ হলবগী মিংলেন ৭ থোনখিবা মফম পুংনি।

২১। **মহাদেবপুং—** হয়াচক্তা মহাদেবনা লাইথুং থুংবা অনাবা অশোনবা শাতুনা মফম অসিদা লৈতুনা সৌবোল লাইয়েম্বীগী মীয়োক মীচান, অশোল অনা, লৈতা লাইরা পুম্বা তুক্কা হঙ্গোইচাবা লৈতনা মীগী মুংঙাই য়াইফনবা থৌরাংবা লম্বী য়েংতুনা লৈখিবা মফমনি।

২২। **অঙ্গ অঙ্গাপুং—** পোথম পোলিপুং কৌএ। মুংশিৎপং কৌএ। তাইবং ৭ কী তিংলি হাকাম হাকথিপুং কৌএ। মরম ৱারি চাওখ্রে।

২৩। **খোংশং শুরুং—** উশোই শুরুং কৌএ। কংলা চৎলমগী নোংচুপ পাংবদা লৈএ খংও। মেন ফম্বালথোং কৌএ। কংলা শেম্বা লাইগী মনাতোম্নি। মৈ, ইশিং মুংশিং পোকএ।

২৪। **ইশিং পুবা অয়িংবা শুরুং—** খোংশংদগী অৱাং পাংনা লৈবনি। পিঙ্গলা শিংলিগী মশক্নী মসিগী মরক্তা মফম অমা লৈবনি। মফম অসি পুন্সি শুকানৌনিংবা ঙম্বা ৱানে।

২৫। **থুপ্পুং শুরুং—** শুষুম্না শিংলিগী মশক্নী। কংলৈ লৈবাক্নী থুবম পুম্বগী হৌফম মরুনি। মৈপুবা শুরুং কৌএ। মফম অসিদা লাই শারারেল অহুম্না নোংদা লাইবু উনতুনা পুরুম লৈপাইনতুনা ভানু মতিদা পিনবা মফম্নী।

২৬। নুংশিৎ পোকপা শুরুং— ঈঙ্গলা শিংজিগী মশক্কী। ইরুমপুবা শুরুংশু কৌএ। চৎলমগী লাইজি প্যাংনা লৈবনি।

২৭। শুরু কাংখোং চুক ৪ উমুং মায়াই— লৈপাকথোং খোপুবা উশোই ইরাংকম চিরা ৪ পুবা কৌএ। লাংবচক্কা মংলেন কৌএ।

২৮। চাংয়েং নোংদমপুং কৌএ।

২৯। চরাইপুং কৌএ। চরাইরোংবা মুংফান কৌই।

৩০। খুমনপুং কৌএ।

৩১। লুরাং পুং কৌএ।

৩২। মণ্ডাং পুং— পুং অসি নোংপোক থংবনি। চরাই-শুরুগী তুফান্দগী অরাংপ্যাংবা চিংজেংনারন প্যাক্লবগী খোংনেং মুংগী মহুন্দা পয়েং কাইনবা লৈবনি।

৩৩। শিদবা উপাল— মফম অসিদা শুরু সিদবমা লৈপাক অসিবু শেম্বা হায়দুনা নিংথৌ পাননবা হায়বগী লাংওল শক্তি পুথোকথি অদু নোংগীদমক লেংদবা মপাল শিদবা হায়না কৌএ। অসিবা লাইগা তিল্লুক ওইনা ফম্বা মফমনি।

৩৪। থাপুং কৌএ— শিদবা উপালগী ওইথংবদা লৈএ।

৩৫। নুমিৎ পুং— শিদবা উপালগী য়েংথংবদা লৈএ।

৩৬। য়াইপুং— নুমিৎপুংগী নোংচুপতা লৈবনি। লাংবচক্কা নোংদা লাই পাখংবগী হাজক্কা লাই শিদবা সনা

মহিরেম্না স্বরনা কাম্বদা মফম অসিদগী হিয়াইগী মসক ওইবা মুমিংকুম্না মণ্ডাল চাওবা মতুম অমা মফম অসিদগী পাইথোকরকুনা লৈকাই ৪ গী মিংহুলথি অহু নোংগীদমক্তা য়াইপুং কৌএ। লৈকাই ৪ দি খুবাই, খুরাই, রাথৈ, য়াইস্কুল অসিবু কৌএ।

৩৭। শোরোকথোং— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী ওইথংবা নাকোং লৈ। মতুংদা চিরাইথোং কৌথি।

৩৮। ফুজরু শংলেল— মফম অসিদা চরাইফক থাহুনা নিংথৌ চরাইরোংবা পোকখিবা মফমনি। শঙ্গাইগী শম্বোং পাংনা লৈবনি। খুৎলাই লোৎফম থমফমনি। কংলা সেম্বা লাইগী মচি অমসু চিরোংলেল ভাঙাং অতিয়া সিদবনা মখুৎশু খুৎলাই ওইনা লোত্তুনা থম্মি।

৩৯। লাংলেল লাংওল ৭ কী পুং— কংলা চৎলম খোংগী খোং ময়া ওইনা লৈবনি অরাং পাংবদা।

৪০। গুরু অহুম থুপ্নপুং কৌএ।

৪১। নুপীথোং— মফম অসিদা কংলাশেম্বা লাইগী নাকোং য়েৎথংবা লৈ।

৪২। য়ুরেনপুং—লাংবচক্তা নোংদা লাইপাখংবনা উমং লাইশিংগা অহিং অহিং থুন্দিম্নবা মফমনি।

৪৩। লিলাখোং— মফম অসিদা লাই অসিবগী লাংওল শান্নবা খুদিংগী থুপ্লফমনি।

৪৪। হীরুশং— নিংথৌনা শিবা মতমদা মফম অসিদা খাংলেম্নফম ওইগনি।

৪৫। খূমনখোং— পূরুমখোংস্থ কৌএ।

৪৬। লুরাংনোংফংশং— লৌউশংস্থ কৌএ। মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী ময়া থম্মী।

৪৭। শামু অঙোবা পূং কৌএ।

৪৮। গুরুখোং— গুরুনা নোঙ্গাবা মতমদা মফম অসিদা খোংদনলে। নোংপোক খোংগী মখা থংনা লৈবা খুবম ঙাকলি। খোংগী অরাং থংবদা।

খাগী মীরেপপূং — মিতিংঙূ খাগেম্বনা মংগোন শাবু পূশিন্দুনা মাগী মরমদা রা ঙাংনতুনা মফম অসিদা চাকথাক নোংদম লেপ্লখিবা মফমনি। হিচম য়াইচমপূংস্থ কৌএ।

৫০। কুয়াপূং— পূরৈরোম্বস্থ কৌএ।। নোংলুমগী মশক ওইনা নোংদা লাইপাথংবস্থ পূরক্তূনা লাকপদা মালেমদা ঙাবা মফমনি।

৫১। রাঙ্গোল্ল শংলেল কৌএ।

৫২। চিখৈ পূখি কৌএ।

৫৩। মহাদেবপুং— নোংপোক নিংথৌপুং ইঙৌ মহাদেবনা ঈশিং চিথোকপা লোইরগা হারাওবা শান্নবা হৌবা মফমনি।

৫৪। লাইরেম্মা শংলেল— হায়াচক্কা খুনচক্কা চক ২ গী লাকয়েন্দা ইঙৌ মহাদেবনা নোংপোক লোইরাং পানফবী উমা লাইরেম্বী মশক অসিনা ইশিং চিথোকপা মতুংদা মফম অসিদা লৈঙম্নগা হরাওবা লাংওল লাইনিপা অমা লাইরেম্বী অমা শুপাং ওইহনা শান্নবা হৌখিবা মফমনি। লাংবচক্কা মিতিংঙু খুয়োই তোম্মপৌক্লা মফম অসিদা শিবা দুর্গা ২ গী পূজা হৌখি। হয়িচক্কী মঙান শামলক্লবা মতমদা শিবা দুর্গা অনিনা অমাইবা অমাইবী হায়না মফম অসিদা লৈহনা অনাবা লাইথুং ১০৮ য়েনবা হৌই। সিবা হায়বা লম্বী অসি নোংদম্মী। চুকশা মৈথাবা উক্রোং হোংবা থৌরম অসিবু তাইবংশিংদা তাকঙম্নগা তাইবংশিংনা পাম্মা য়াহনা পৌহৌনবা লমবেলবু মথংলেংমা শিন্নখি। মফম অসিদা লৈহনা। হায়চক্কা নিংথৌ সনা খিংখিং ঙাংবগী মচা সনা মনিক কৌববু মফমসিদা লৈহনা মহাদেবনা মৈতৈময়েকপু লাইরিক ওইনা তম্বীখি।

৫৫। গুরু অহুম মা ভান্নবা খুন্দিলপুং— গুরুগী মখোং অহুমপুং কৌএ। খুমনপুং, মঙাংপুং, লুরাংপুং কৌএ। মফম অসিদা কংলা লৈম্বা লাইগী মচি অমনা গুরুগী চুক ফম্বাল মখোং অহুম ওইনা লৈখি। মওং ফমলেন

গুরু অহুমগী ফমফম অসিবু লৌড়ুনা ফুংগা য়োৎশাবী হায়না শাড়ুনা খুদম ওইনা থমখি।

৫৬। রাঙ্গোল পুখ্রি— ডুর্গা পুংগী মথাপাংবারোমদা লৈ। মফম অসিদা কংলা সেম্বা লাইগী মচি অমা লৈ।

৫৭। সনা মহীথোকপুং।

৫৮। খুম্বোক য়াইপুং।

৫৯। গুরু নোংকাপুং— অভিংঙা গুরু সিদবগী শংলে পুংনি।

৬০। লৈশিরেনপুং — য়ুমজাও লাইরেম্বীগী শংলেনপুং হায়নসু কৌই।

৬১। নোদোল লাইপুং।

৬২। শঙ্গাই য়ুম্ফম— থাপুংগী অরাং পাংনা লৈডম্বী।

৬৩; লাইরেম্বীগী কৈথেল লুকমাই ৭ থাফম— শঙ্গাই য়ুম্ফমগী অরাং পাংলপ্না নোংপোক নোংচুপ পুরেং পরেং নাইনা লৈগনি। মফম ৭ অসিগী লৈপাক্লা সনা কৈথেল মফম ৭ তা চুকফা নাওশুমগনি। কংলা পনবাল অকোইবগী শোরোক থোংগী নোংচুপ মোইরাং হারম পাংবদা।

৬৪। কুচুশংলেল— কংলা শেম্বা সাইগী চিরকনি। শং অসিগী ময়াইদা নিংথৌগী ফম্বাল থাগনি।

৬৫। নোংমৈ কাপ্পা শংলেল— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা থম্মী। চগী কুমজা খুদিংগী আপাক অরাও তাগদবা খুদম য়েংনৈ। মশিং অসুপ তানি লেপনৈ। থুবম অসিদি লাইকোম্নুংদা লৈবা খাবা থুবম অত্তুগী মশানি। লাংবচক্তা মিতিঙঙু খাগেম্বনা মাবুধৌ খাবদা শংলেল অমা শাত্নুনা কৎকে হায়বগী শং অসি শাই। শংলেল অসিগী য়াং লৈবদা য়ুম কুপ্পা নিপা অত্তু তাত্নুনা শিরে। মত্তুদা শং অসি মবুধৌদা কৎপা য়াদ্রে হায়ত্নুনা বাজায়শং হায়না থমখি।

৬৬। লুচামপাং— নোংমৈ কাপ্পা পুংগী খাদা লৈ। কংলা শেম্বা লাইগী মখায়াৎনি। লাংবচক্তা মিতিংঙু খুয়োই তোম্পোক্কী হাক্তক্তা তাংজা লিলা পাখংবনা লিল ওইনা শাইওল তৌত্নুনা থেলোংদা লৈবা ফৌগী মথক্তা তোংত্নুনা লৈরম্মী। লিন অত্তুবু হাত্তুনা ফুমজিনখ্রে। মতুংদা কুরুমপা পণ্ডিৎনা লাইসিদবা থোকঙম্নক্নুনা থৌরম্নমাল্লে হায়না তাকপিত্নুনা ফুমখ্রবা লিল অত্তুবু অমুক লৌথোক্কুনা মরু ময়াংনচিংবা মফম অসিদা ইরুজথোকই, ফক্তহাওদি পকপা অত্তু চামথোকই। মতুংদা পণ্ডিৎ অসিনা পুরুম থৌনিত্নুনা কংলা য়াইবিরেন্নচিংবা শেমখি। মিতিংঙু তাওথিংমাংগী হাক্তক্তা গুরুসিদবনা শল য়োংমালবী ওইনা ঈশিংদা তাওথরকই। শন অত্তুবু ঈশিংদগী নিংথৌনা লৌখৎতুনা গুরুনা মংলানচান্দা তাকপিবা মরম মতুং ইন্না য়ুম শলাই ৭ মক্তা য়েন্দুনা চুকশা

মৈ থাহুনা গুরুগী উক্রোং হোংঙি মরু ময়াং ক্ষৎত হাওদিবু মফম অসিদা চাম্মী। গুরুগী হকচাং শরা খরা চুকশা মৈ থা-নবা য়েল্লববু খংদহুনা চা-নবা য়েল্লিমাল্লে খন্দুনা চেংলৈ য়ুম্না মৈদা থারগা চাগদবগী থোয়াং তৌহুনা চাবা হোরে। নিংথৌনা গুরুগী হকচাংবু য়ুম খুদিং কৌহুনা চুকশা মৈ থানবা লাকপদা মচেৎ ৭ গুদ্রবা অহুদা থি-নবদা চেংলৈ য়ুম্না হাই "ঐখোইগী শরুক চাও হায়হুনা য়ুম খুদিংদা পীরিমাল্লে খন্দূনা ইচিনচাকশু নত্তবা মশকপু নিংথৌ য়াথং থৌওইদবা তাওমখ্রনি খন্দুনা মৈদা থারগা চারমলিষনি মসিবু কমদৌ-গবনো" হায়না খূম্মী। মাহুদা নিংথৌনা লৈরম্বা খরা অহু পুখৎলগা মাখোইগী মফমদা "নখোই চেংলৈ য়ুমদি চুকশা মৈ থাবসি য়াওরম্লু, মশক অসি নখোই য়ুম মখৈনা চায়ম্লবনিনা তুংদস্থু খংনবা খুদম ওইনহৌসন্নু। নখোইগী নচিঞ্চাক ওইনা অহুমমক মচাজরুরো হায়না পিথোকখিহুনা চৎহনখ্রে। মতুংদা য়ুম ৬ না গুরুগী হকচাংবু চুকশা মৈ থাহুনা উক্রোং হোংহুনা থৌমিখ্রে।

৬৭। ঈকোক মরু অহুম— লুচানপাৎকি নোংচুপ পাংবা মফম অসিদা ঈকোক ঈরেল খুদিংগী মউ য়াংলমনি। মফম অসিদা ঈরেল খুদিংগী পুরুম থৌনিগনি।

৬৮। কংলা রাপোক পুং— নোংমৈ কাপ্পা শংগী নোং-চুপতা লৈ।

৬৯। **লুক্ৰৌ লুঙ্গোইবী**— মফম অসিদা খাগী মঙ্গোলশাগী মরু ময়াং থম্মী। পুং অসিগী ঔরাং কংলা মনুংগী নোংচুপ্তা।

৭০। **কৈথেল পুংলমপুবা**— মফম অসিদা লমপুবা কৈথেল ১০ গী মউনি। মীংলেল ১০ লৈঙম্মী।

৭১। উত্রা শামাং।

৭২। কোনয়াইপুং।

৭৩। থোকপুং।

৭৪। ওকনাশং।

৭৫। ওইদাপুং— নিংবা থুংদবা পুংসু কৌই।

৭৬। উনাপুং— উনপুং। মফম অসিদা উ অমা হৌরম্মী। লাংবচক্তা নোংলুম ওইনা লৈরম্বদগী তাইবং মশক ওইনা থোকওমত্নুনা মফম অসিদা যবিষ্ঠ পাখংবনা লৈ। মাইকৈ ঙাকপা লাইনা কোইনা য়েংলকপদা উ অদুগী মখোংদা থোকপা অদুবু উরত্নুনা পাখংবগা মরম খিবিক ঙাংনরগা নোংখৌ পাখংবা যবিষ্ঠ পাখংববু খুপপং শ্বর হায়বা মফম অসিদা থুংশিন্নত্নুনা ভানুমতি মহারানীদা লম্বী পুম্বা তাক্লুনা শিন্নখি। উগী মমিংমা উরৈরোন - মফমগী মমিং উনাপুং— উনা ওকনা থোকপুং অসুম্না মিংলেন ৩ তুনাসু কৌই।

৭৭। থোমইনপুং— হয়াচক্তা তাংজা লিলা পাখংবনা অঙম্বা মন্নাম অনৈ চাজা য়ুম কৌত্নুনা পিজৈ। মাত্নুদা মচা ইবুঙেঙা শেন্দ্রেং নিংথৌ অপামবদি তুমখিত্নুনা চাবা

অহু য়াওহৌদ্রে। লাই খ্বাইনা চানা থক্লবা লোইরবা মতুংদা হৌদোক্লনা লিঙবদা চাও থকউ হায়বা য়াদনা কপ্পুনা লৈরে। মাতুংদা মিতিংঙু নিংথৌ তাংজ লিলা পাখংবনা মচা শেন্দ্রেং অপাম্বু পমদুনা কংলে কোইনা চত্তুনা থেম নৌবদা কপ্পা মতোকখিদ্রে। মফম অসিদা মচা পল্লা পম্না লেপ্পুনা "ইপাগী চরৈ অতোনবা কোন্দে নৌনা লমহৌবা ইপান। লিরোল ইশৈ তম্বাগে, অমৃত মতুম সিবিগে খোবোম থল্লা চাজহৌ" হায়না মচাগী মথন্দা পোপ পোপ য়ৈফুনা "লোইদাম থাজ পাখংবা লকাদুংদা লৈঙম্বা মহৈনা অমৃত ওইরিবা পামেল শিদনাদবা পামেলগী উহৈ অমত্তা পীওম্বীয়ু ইচাদা, হয়িহে রাহা, থা থা থাবুংটোল নচা মোরাম্বী পোবীগে পোম্বী সনম নম্বীগে, হয়িহে রাহা তাওথবিও, ফৌশু অনৈ চাজা পিজগে. চাজা অনৈ থৌরাংগে. থানা নিল্লিঙৈ নিনহৌরো ফুমিংনা কারিঙৈ কাহৌরো তিং তিং চাওরো, সে সে লৌজরো খোবোং থল্লা চাজরো" হায়না মাচাবু লংনদুনা অনৈ চাজ ইন্দুনা পিজা পিথকই। লাংবচক্তা মিতিংঙু পাইখোম্বগী মনায়ও ইবেম্মা, মনাও ইবুংঙো তোনাসেমওম্বগী ফুপীনি; ঙাংবম চন্দ্র ঙাইখোংম্বীনা পোকপা মচা ইবুংঙো চরাইলোংববু ইবেম্মা মহারানী হাওবম চন্দ্র পোংলেন খোম্বীনা লোল্লা পুপ্পগা মফম অসিদা অঙাংগা লোইননা ফমদুনা লোইতাম থাজাদা অমৃত খোমলাংবু নিঙমদুনা অঙাংগী খোবোং থল্লা রাত্তনা ইনথি। অকুপ্পদি পুয়া অচৌবদা য়েঙঙু।

৭৮। য়াবীরোক— খোমইনপুংগী মৈরম ওইদপুংগী নোং-পোক, কংলাগীনা অরাংপাংনা লৈঙমলে। লাংবচক্রা নোংথোদগী নোংলুম পুতুনা লাইয়িংথৌ অসিবগী শাদোং খাব। তাওরোইনাই পুরিংলেল হায়না শাইওন্দুনা ভানু-মতিগী মফমদা নোংলুম অতুগী মরম পুম্বা তাক্লগা পীবদা ফিগাও শানা য়াতুনা তাকপিব। মরম্ভু তৌঙমগনি য়াতুনা নোংলুম অতুবু মফম অসিদা লৌহৌই। মিতিংঙু তাওথিংমাং য়োইমোংপা মচিন মনাওনা গুরুগী লাংওল শনগী খোই-রিলপু গুরুনা তাকপা মতুংইন্না মফম অসিদা থমখি। মরম অকুপপদি পুয়া অচৌবদা লৈবনি।

৭৯=৫১। পুঙ্গোইবীপুং— মফম অসিদা লৈপাক্কী থৈনা ফম্মী। কংলা শেম্বা লাইগী মিং থম্ফম্মী। মফম অসিদা প্যাং ওইনা অমা লৈঙমগনি।

৮০। গুরু মোংশোং সংলেল— নুংগোইবী পাৎকি চিংথৈ. নোংপোক খোংতিংলেনগী অরাং, মুপী থোংগী কৌব্রু লাইজি উতোংলৈ মখোং ওইনা লৈঙম্মী। উঁ অতিংঙা য়াইবিরেল সিদবনা মফম অসিদা ফম্বাল লাংতুনা লৈশিরেল লৈপুনবীগা চীঙঙু লাইয়াম পুম্বদা অচা অথক অথুম অহাও পুথোক্কুনা পিজ পীথকপা মরম্ভু লোন্না য়েংতুনা থোকঙমখি।

৮১। কৌপুং— মহাদেবপুংগী অরাং — মপান্দা অনৈ চাজাবু লৈশিরেল লৈপুনবীনা হয়িচক্তা লাইপাখং ৮

লাইরেম্বী ৮ বু মুমিং খুদিংগী পীজফম ওই। লাংবচক্তা মহারানী লাইস্নানা পোইরৈতোন চহাওগী চেং অকুপ্পগা লফোই ওমপোৎকা সঙ্গোমগা চুহিংগা থিত্তুনা নোংথৌ খানবা মতমদা কাংচৈরোই উমংলাই পূম্বগা কাংজৈ কুম্মৈ য়েংবা পূম্বগা লোইননা লাইনে তাইবংনে চামিন থকমিন্নখি। অস্মুম্না লমতা থাংজা অহানবা অরোইবা অনি অসিদা উমং লাইশিংবু শাগোল কাংজৈ শান্নহল্লগা নোংথৌ থনবা মতমদা পিজফম ওই।

৮২। **উমংলাই চাকতাপুং—** অনৈ চাজ্জা য়ুমকৌফমগী নোংচুপ কৌক্রপাংনা লৈঙমগনি।

৮৩। **গুরু মংলেনপুং—** গুরু মংলেন মাখোং অহুম হায়নস্থ কৌই। লাংবচক্তা গুরুনা ওলবা ষনয়োংমালবীগী মশক ওইনা তাওথরকপা মশা অহু মফম অসিদা চুকশা মৈ থাহুনা লোইশিনখি য়ুম শালাই ৬না সেবা তৌহুনা।

৮৪। **গুরু সিদবা পোৎথাপুং—** ষণগী মশক ওইনা তাও থরকপা ষণবু ঈশিংদগী চিংখৎলগা মফম অসিদা থমহুনা অহৈ অসিং তিন্দুনা গুরুগী মশকপু য়েংনাখি। পাওনম ইরেনগী মখাপাংনা লৈঙমগনি।

৮৫। **লেমথোক্লাপুং—** উনপুংগী নোংচুপ পাংনা লৈঙমগনি। লাইখোংগা মরোং খোংগা লোম্নবা মরক্তা য়ুমজাও লাইরেম্বীগী নোংপোক চিংথৈ পাংনা হয়িচক্তা পাখ্রংবা নিংথৌগী হাক্তক্তা

ঙা নিংথৌ মহেন্দ্রিনা মহাদেবগা লোইনদুনা লাকই। মাদুদা মফম অসিদা মাগী ফম্বাল ওইদুনা লৈখি। লাংবচক্কা পঞ্চযুক্ত মৈদিংঙু কাবোম্বা হাক্কক্তা কাবোরু শাবা হৌদুনা কৎলৈ। লু অসি মফম অসিদা থমদুনা নিংথৌ অমসুং অঙম্বা ময়াম তিন্দুনা য়েংলৈ। খুদক অদুদা মফম ইখং খংহৌদনা লৈকং অদুদগী ঙা চোংথোক্লুনা লুগী মনুংদা মপুক থন্না চংখি।

৮৬। গুরুগী মখোং ৩— মরোংখোংগী অরাংদা লৈগনি অম্বাং হারম পাৎবদা।

৮৭। নোংমাইপুং— লাংবচক্কা মৈদিঙঙু নাওথিংখোংনা ইবেম্মা থমশুরোল চিংয়াইশু কৌবীবু মহারানী হাপ্লুনা ফম্বাল তোংদুনা লম থোকলিভৈতা নিংথৌগী থরাইবু কল্লকপী নোংমাই পেতঙঙানা মাবু মহারানী হাপপিংগনি হায়খি হায়দনা ফম্বাল লম থোকভৈদা চংলক্লুনা মফম অসিদা লেপ্লুনা নিংথৌবু য়েংদুনা লৈরম্মী। নাওথিংখোংনা "নিংথৌ ঐবু থরাই কনখিবী লাও! ঐগী য়েংশংবা খুগী নাক্তা ইদাইরেম ওইবী নংগী ফম্বাল ওইঙম্লো" হায়না কৌরম্মী। ইবেম্মা নোংমাই পেতঙঙানা "করিব্রানো তাকঙ্ঙীবা নয়াথং অদুদি হায়বীখিবা নয়াথংগীদমক মফম নত্তে; অদুদি নিংথৌ প্যোকপীতনা ফমগদবনি। ননাওদি রাসক্কা খংজগে লাকচবনি।" মাদুদা নিংথৌনা "ইবেম্মা নংনা ঐবু অমুক

পোকপিখ্রবনি। ইমাশকপী ইদাইরেম ওইবী নহাকনি।" হায়না খুম্বদগী ইবেম্মা অসি অশাওবা মুংঙাইতবনা লুবু কুপখিহুনা মফম অসিদা নোঙ্গাখ্রে। য়ুমজাও লাইরেম্বী খুবম হায়নসু কৌই। মতম অসিদা নিংথৌগী মহারানী খমগুরোন চীংয়াইগুনা (চীংয়াইগুনা) "চেকলা পাইখ্রবদা পোম্বী কোইজাইনরকপা চেকলাগী লৈকম খংলবদা পোম্বী কোইজাইনহনখিবা হা কল্লকই, কল্লকই দে" হায়না তেংথা লিরোল ওইনা কপ্পুনা ইবেম্মা নোংমাই পেতওভাগী অরাবা পোপ্পা ওইখি।

৮৮। রাকাই পুং— লাংবচক্কা যবিষ্ঠ নিংথৌ পাখংবনা লাইগা মীগা তিন্নবা য়ারক্রুবা রায়েল বিচার তৌওভ্রক্রুবদা পুক্রীং অরাবা ওইহুনা মফম অসিদা লৈওম্মী। মাহুদা উঁ অসিবা লাইনা লাইশিদবা পোইনাওতা হায়না মিংহুন্দুনা থোকওমলক্কুনা নিংথৌগী অরাবা রাখল অহুবু মরম খংনা লম্বী খাইনা তাকপিখি। নিংথৌগী পুক্রীংদা খল্লম্বা রাখলবু থাদোকহন্দুনা তৌগদবা থবক্কী লম্বী খংহনখি হায়বগী মিংহুন অসি হুনখি। মফম অসিদা থৌনি পুক্রুমলবদি রাওম্মী; রা কাইয়ে হায়না হনবসু ওমজৈএ। মাখা পাংবা মৈরমদা গুরুগী মাখোং অহুম অমসু লৈওম্বনি।

৮৯। রায়েল কাতি— রাকাইপুংগী নোংচুপতা যবিষ্ঠ নিংথৌনা লাইসিদবা পোইনাও তাগা লাংওল মশক অমমম

মুংওইনা পুথোক্নুনা থম্মী। রায়েল বিচার অরুবা তৌওমদবা লাকপদা রায়েলনবদা আচাল মীরাই তাওম্বা বুদ্ধি লম্বী থোকওমদবা মরম পুম্বা কোরুবা হায়বগীদমক রাথোক লামথোকপা মথোইবু খুবম অনি অসিগী মরক্তা চংহল্লগা মানা মানা ঙাংনিংবা রারম ঙাংহন্দুনা পাও তারগা অরালবা মশক অতুবুদি মুং অনিাসিনা চপ্তুনা থম্মী। অসুম্না লাইগী সাক্ষি রায়েল নোংদম য়েংই। মতুংদা মিতিংঙু নিংথৌ লোইয়ুম্বা স্না হাক্তক্তা লাইগা মীগা খৎনতুনা মফম অসিদা বিচার তৌই। লাই থাজিন্দূনা "রায়েল কাতি! লাই ঐগী সনা তাংগা অসি তাইবং অসিনা লৌথিবা অশেংবা মক্নী" হায়রম্লগা থোরকলে। মতুংদা মীবু থাজিল্লি। তাইবং অসিনা চংলমদাইদা রাগী চৈশু অমগী মনিংদা লাইগী লৌরুবা সনা অতু হাপ্তিল্লগা "ঐগী চৈশু অসি ঙাইহাক্তা পাইরম্মু" হাইতুনা লাই অতুগী মখুত্তা পিরম্লগা চংখিতুনা "লাইগী নোংদম রায়েল কাতি লাই মঙ্গাক্নী সনা অতু মখুত্তা পীতুনা শিংলবনি, রায়েল নোংদম্বা নংনা উরি খঙিঙবা অসিনি। মাসি ঐনা লৌথিবা অশেংবনি পিত্রি শিংত্রি হায়রম্বা অসিবু নংগী নোংদম তম্বীত্রবরা" হায়না চংঙম্লগা থোয়রুনা লাইদা পীরম্বা চৈশু অতু মানা পুতুনা ময়ুমদা হনখ্রে। লাই মী পুম্বনা হাই "রায়েল কাতি অসি বিচার তৌবা ঙমদ্রে লাইগী নোংদম পীবা তোকখে।" হায়না ঙাংনরে।

মাহূদগী তাইবং মরৌশিং চাওমনখে, মাসিদা রায়েল ওম্বা হৌনম্রে হায়না য়ৈশিন্দূনা লৈখে। অওম্বা নিংথৌনসু মফম অহূদা লাইগী নোংদম য়েংবা তোকখে। লাল্পূপ কারম্বা লাইশিংশু মাখোইগা তাইবংগা তিন্না তোৎনহূনা লৈওম্বা মতম নম্রে হায়না মাইকৈ শিন্না নোংমা নোংমগী খরা খরা চেনখিহূনা লোইশং কাবা পুম্বা তোকখি। তাইবংনা লাইগী মহুৎশিন্দুনা লাইফম পানা হায়না লাল্পূপ খোঙ্গাখি।

৯০। নুংকেশেকনিং— লৈনুং লোঙ্গা অরিবা সনা কোনজন তুথোকপগী য়াথোকফমনি।

৯১। মিৎয়েং পুখ্রি— (বিন্দুসরবর) — নুংজেং পুখ্রি — লৈপুং কোইরেম্বা পাখংবনা য়াথোকফমনি। লাংবচক্কা মৈতিংগু চরাইরোংবগী হাক্তক্তা ইবেম্মা মহারানী শাপম চনু নুংথিল চাইবীনা পোকপা মচা ইবুঙেঙা পামহৈবা গরীবনীরাজ হেক পোকপগা ঈপুম নাইপুম চামদনা থাংগাল হাও খুল্লাকপিদা পিহূনা পুহলখ্রগা মাইবী মাইবনা নুংগী অঙাং অমা পুথোকুনা ইপুম নাইপুম তৈশিন্দুনা ইবেম্মা মহারানীনা নুংগী অঙাং অমা পোকুলে হায়না নিংথৌদা হঙ্কং হল্লি। মাহূদা নিংথৌনা শাওহূনা পুখ্রি অসিগী মনুংদা থাদখি নুংগী মূর্ত্তি অঙাং অহূবু। হায়াচক্কা লাংএল তেংবাংনবা নিংথৌ খিং খিং ঙাংবগী মহারানী

অতোনবী পেন্নুরৈমানা মচা ইবুঙেঙা অমা পোকচৈ সনা মনিক কৌই। অঙাং অসি নিংথৌ মহারানী অহন অনিবু তাহন্দনা ইবেম্মাশিং ৫ গা অমাইবা অমাইবীশিংগা তান্নহুনা প্োকপগা লোন্না পুখিহুনা হুন্দোক হনখ্রগা মুংনা শাবা অঙাং মতুম অমা ইহং নাইহং তৈশিন্দুনা নিংথৌ অমসুং মহারানী অহনগী মফমদা ইবেম্মশিং ৫ না পাওদমহুনা য়েংহল্লি। মাহুদা নিংথৌনা স্না পুক্লিং ইকাই মুংশি অরাপোপ্পা হুনবগা লোইননা পুখি্র অসিগী ময়াদা লৈবা মরোংখোংলেল শ্বরপুবা কুহাগী মমুংদা থাদখি। মরম অসিদগী পুখি্র অসিবু বিন্দু শ্বরবর হায়না খংনরম্মী।

৯২। নুংজেং কুহা— মরোখোং শ্বরপুবা কোম হায়না কৌই। মুংজেং পুখি্রগী মপাল মখা মৈরম পাংবদা লৈঙম্মী। মরমদি মথক্তা হায়খে্র লম্বী অমত্তনি। ঙাশৌ ঙাথোকপুংগী কৌব্রু পাংবনি। মুংজেং পুখিগী অরাংদা

৯৩ (৫৫) লৈতা লাংওল হৌনাপুং — ওঁ অতিংঙা গুরুসিদবা ওঁ পোকপী ওঁ পিতু লৈশিরেল লৈপুলবীগনা লৈপাক অসিদা লৈহুনা থুনসেম লৈশেমগদবগী লাকপদা মফম অসিদা লাংওল য়ুম্বাললোল শান্নহুনা অহালবদা মফম অসিদা লৈবা হৌখি। অকাওনিংশিং পুং হায়নসু কৌই। অরাংয়াংবী ঙমখৈদা।

৯৪। লাইশুংদাই পুং— মফম অসিদা মাইকে ওাকপা লাই অহুম্না লুচিংহুনা মাইকে ৪ শুংদাই ৪ মক্না লাই পুম্না রাতাম্নবা খুনদিনফম ওইহুনা লে। লাই খুনুদ্রিনপুং হায়নম্ব কোই (১) কোবু (২) হাওগা সরারেল (৩) থাংজিং অসিনা থুবন লুচিং ওই। লাই কোল অসিগী মোইরাং সম্বোং পাংনা।

৯৫। লাইখোংমরু পুথ্রি ময়াদা লৈঙম্মী। মরোংপোংগী মথ, খাগী থোংগী মনাক্তা।

৯৬। লানশং— কংলা শেম্বা লাইগী মচি অমা থম্মী। গারোং হায়নম্ব কোই। মারোংখোংগী অমদি খাগী থোংগী ময়া অরাং প্লাংবদা নিংথৌ কাংবা শাংলেল সৈ। মাসি শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর খাগেম্বা সু হাক্তক্রা মফম অসিদা হোংলক্লুনা তোপ গারোং হায়না থমখি। হোগাইবী থোংজাওগা রাংমা থাংভাপাংকি নোংচুপ কৈথেল অচৌবগী নোংপোক।

৯৭। নুংমুংবী— মফম অসি লংদাই থুবম য়েংফমনি। অহিপ্পা মুংনা য়ুংবগুম মফম অসিদা য়ুংঙনি। অরুপ্পা য়োংমুংবু লাইজ মুংদা তাওবগুম তাওরিয়ে। ইরমলেম্মা মুংয়োংকুম লুপঙম্মী, তাওঙম্মী মহ সনা য়োংপী চাও-পমানবী কোঅ। তাইঙম হৈঙম্মদি ইরম লেনবু ত্রাওঙম কৈথোই পানকা ঙমজে। হোপাইবী থোংজাওগী মথা নিংথাই পাংথকী নোংপোক অরাংদা

৯৮। **থিজিনপুং** — থিডিংপুং হায়না খংনৈ। পূবদি পাখংবনা পুঙম্মী। স্নানা চেংহৈজৌ। থিঙম থোকওমগদবস্থু মহাক্কী।

৯৯। **খারাং থাংপুং** পাখংবা খেরাং থাংস্না চেংহৈচৌ নিংথৌদা খেবা ৫ কোন কৌই। হাপ্তা মন্নুং হায়না খংনৈ। মশাই কোন্দা চারাইপুংস্থু লৈবনি। তাইফম্মী।

১০০—(২০) **লৈহৌ লংদাইপুং ঙমদাইপুং**— কৈদাপুংস্থু কৌয়ে। মফম অসি ওঁ লাইসিদবগী মফম অসিদা তাইগনিং; কাইগনি লৈপাক্কী থোং হাংকম থোংথিফমগী কেক্রেক ক্রেক সনা য়োৎপী চাগুপ মানবী হৌরনি। থোংখিং ঙমদাই হৈত্রবদি মতোল চুপ্পা থৌবু রাঙম্বা থোকনৈএ। চাগুপ মানবী চাগুপ চাগাইশু মানা ওই। অসিদি য়োৎকি পোৎলোই লাইগী সমজেৎস্থু ওইরিয়ে। চপূদি কংলা য়াইবী লৈমুং কোনচিরেম্বা সনা লিক্লাই তগুপ তরংবনি।

১০১। **ঙমদাইস্বোর শুরুংথোং**—মারোংখোংলম্বীগী অরাং, কাংপোকপীগী মোইরাং সম্বোং লাংদাইপুংগী কৌবু হারমদা লৈঙমগনি।

১০২ (৬৪)। **কাংপোকপী**— মফম অসিদা কংলা শেম্বা লাইগী মরৈ লৈতোল লৈঙম্মী। মাপান লাইখোং সোরোক্কী ময়া নোংচুপ পাংনা লৈঙম্বনি। লাংবচক্কা মফম অসিগী

পুথি মপান্দা লতাকোতি পাম্বী অমা হৌরম্মী। লাতাকোতি অসিগী মনাদা লাইনিংথৌ অসিবগী বিজ পক্‌না লৈরম্মী। মৈদিংগু কার্ত্তানা ফংজখি।

১০৩। হৈক্রুমখোং লাইনিংপুং— নাগী তুরেলগী ময়া মথাপাংবদা লৈঙম্মী। লাই সন্নারেল অহুমগী থাঙডাপাংনি। অন্নাং গুরু খোংনাং থাবগী লাই নিংফম ওইনৈএ। মফম অসিদা গুরু অসিগী মতম্বাক্তা লৈথক লৈথারোল পুয়াবু নোং লৈনা পুরক্কুনা লৈঙমখি।

১০৪। তোকপুং— হয়িংকতা নাগা তুরেল হৈক্রু মখোংগী ওই অন্নাংদা লৈগনি। গুরুগী মাখোং ৩ কাইদোং গুরু ৩ কৌনৈ। নোংচুপ্তা

১০৫। চাথবা য়াথোকপুং— পুং অসিগী কৌক্রু হারমদা

১০৬। চৈখেৎ পুং— লাইচৈখেৎপী সনা খোংনাং লৈমা লৈঙম্মী।

১০৭। কাইবীখোং— কেক্রু পাংকি অন্নাং নাগা তুরেলগী মথা লাইখোং শোরেক্কী নোংপোক্তা লৈঙম্মী। তাইনা থানফম অমনি। চিংখৈ পাংনা থোংগী অন্নাং পাংবদি

১০৮। খুদোনপাৎ— কংলা শেম্বা লাইগী খুদোল থমখিয়ে। মফম অসিদা কংলৈ পুংমাইয়োলগী লাইফম ১০৮ লোমখি। খুবম ১০ লৈঙম্মী মসিদি চুকশেল কৌই।

খংঙম্মু হায়মলগে।

১০৯ (১)। মিনু টৈলমাঙখোং।

১১০ (২)। কাওরেল লাংওল ইরেল — নোংচুপ পাংনা চেম্বা ঈহৌফম ইরেন্নী। মফম অসিদা উয়ুংপান্থী অমা লৈবনি। মফম অসিদগী গুরুনা ষণ য়োংমানবী ওইনা তাওথখি।

১১১ (৩)। লোইমোমপা পাসেল— কেক্রুপাং হায়না কৌই। মফম অসিদা য়োইমোমপানা শোই নাপুনা ভা ফাই। গুরুনা তাওথরকপদা কাওরেল অসিবনিথন্দুনা ঈশিং ফাত্তোক্নুনা তাওথহনখি। মরম অদুনা মফম অসিগী ঈনিঙ্গা খর ঈকুং লৈওমখি। ঈরেল শাংথ লেমংবা হায়নস্থু কৌই। মফম অসিবগী মীপুংলনা ঈরেল কাওবা খেরা থাং পাখংবা স্না চিরেন নিংথৌদা চেংহৈচৌনা ঈরেল লাইপ্পাঙবা ওইনা কোইনা চত্তুমা লৈঙ্গমী।

১১২ (৪)। তুবীয়াথোক— ঈরেল নোংপোক পাংনা কোনবা ঈরেন্দি তুবী হিদেল ৭ য়াহিপ চাত্তাবগী য়াথোকফমনি।

১১৩ (৫)। গুরুক্লোকপা পুং — মসিগী চিংখৈ পাংনা চেলবা তুথুপ ঈরেল্লা নোংপোক খা মৈরমপাংনা চংখিএ। মাগী লোব্রবা মপুক ঈন্নাংমদা চারোং ৪ লোংবা অমুবা শাগোইদাক অমা হৌওমগনি। মাতুদা হম্নক্রে খংওম্মু। মফম অসিদা মৈদিংগু তাও থিংমাংগী শোই নাপুনা ভা ফাকম ওই। গুরুনা ষণ অসিবা ওইনা তাওথরকপবু ইনচিংবগী পৌরানা কোংশিন্দুনা গুরুবু পৌরামা নমহুনা লৌখংলি হায়বগী পোওনম প্যাওনম ঈরেল হায়নস্থু কৌই।

১১৪ (৬)। লাংলেল ৭ কী য়াথোকপুং— অরাংপাংনা কোনবা ইরেন্দি মাখোই ৭ কি ইরাই ইফু শান্নফমনি। তুথুপ মখা ইরোং রাংমদা তেরা অঙোবা লৈঙমগনি। অরাং চিংথৈ পাংবদা খুমফংলেনপুং উরৈরোম লাবা হৌঙমগনি। চেংলৈ ইপান লাম্বা নিংথৌনা ফম্বাল লমথোকপদা ইবেম্মা মহারানী লম্বালগুগা রাইনা রাঙমখি। মফম্না সেংলাবদি থুংনৈয়ে।

১১৫ ( ৭ )। থুংফংলেন থুংলাইপুং— মফম অসিদা লেপতুনা মাইকৈ ৪দা চিং খিবিকপু য়েংবদা নশাগা রাংবা চাংদম মান্নবা উঙমগনি। তাইনফম অমনি।

১১৬ (৮)। রাংনা থৈনাপুং— লৈকাই অমগী তাইনফমনি।

১১৭ (৯)। য়াইথুনপুং — মসি লৈকাই অমগী তাইনপুং অমনি। থংদবা য়াদবনি।

১১৮ (১০)। খ্বাই পানশাপুং— মফম অসি ওঁ অতিয়া য়াইবীরেল সিদবনা সনা ফম্বাল ওইখি। গুরুগী শাদোং খাবা তাওরোইনাইবু তোংহনা গুরুগী মাংদা ইমোইন্নু অহোং অচাওবী অকোং তত্তা অরাই কংদবী চাকশৌবী ভাশৌবী সনা খোংনেৎনবী লুপা খোংনেৎনবী লৈশিরেন লৈপুনবীনা ফম্বানহনা তাইঙম সাংমানাবগী কাউম্মী; লৈকাই ৪ গুংদাই ৮ ফাফম্নী। মথুম মরাং লৌকদে লৈপাক ঈথৰ ঈপোম চাওগল্লি।



( লোইজরে )